"ওঁ নমো গণেশায়"

শ্রীমদ্ভাগবত অশীতি-তম অধ্যায়

# শ্রীদাম চরিত



শুভাকাঙক্ষী :-

ফুরাইলাৎপম গুণেশ্বর দেব শর্ম্মা

কর্ম্মকাণ্ড শাস্ত্রী

শিংজমৈ ৱাইখোম লৈকাই।

ওঁ নমো গণেশায়

শ্রীমদ্ভাগবত অশীতি-তম অধ্যায়

# শ্রীদাম চরিত

শুভাকাঙ্ক্ষী—

শ্রীফুরাইলাৎপম গুণেশ্বর দেব শর্ম্মা

কর্ম্মকাণ্ড শাস্ত্রী, ইম্ফাল।




অফোংবশিং :—

১। শ্রীফুরাইলাৎপম ওংবী পুর্ণিমাসি দেবী (মমা)
২। শ্রীফুরাইলাৎপম জয়দেব শর্ম্মা, ব্যাকরণ শাস্ত্রী।
৩। শ্রীফুরাইলাৎপম দেবানন্দ দেব শর্ম্মা।
৪। শ্রীফুরাইলাৎপম জিতেন্দ্র দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী।
৫। শ্রীফুরাইলাৎপম প্রেমানন্দ দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী।

লৈফম, রাইখোম লৈকাই ইম্ফাল।



কোপী মশিং—১০০০ (লিশিং অমা)

ফোংবা—তাং ১২। ১০। ২০০৭ ইং,

মেরাগী ১মা পানবা ইরাই সুমিৎ, (চাওরেন হৌবা)

মমল্—লুপা ১০০/-

স্বত্ব পুন্নমক অইবশীনি]

নমফম্—দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন্ প্রেস, বাবুপাড়া, ইম্ফাল।

# য়াহৌদোক

থৌজানগী মশক ওইরবা আদি গুরু পিতৃ দেব অমদি মাতা ইমাবু অহানবদা খুরুমজরি। শিক্ষা গুরু, দীক্ষা গুরু অমসুং ভজন-গুরুবুসু খুরুমজরি। ঐগী পোকমিন্নবা ইয়াম্বা অমসুং ইচে পুম্ববুসু নোল্লুকচরি। ফংঙমদ্রবা মী ওইপোক ফংহনবি, ধর্ম্মার্থবুসু তাকপি তম্বীরকপা গুরু ইপা ইমাগী শ্রীচরণবু তোল্লবনা হন্না হন্না খুরুমজরি।

শ্রীমদ্ভাগবত অশীতি-তম অধ্যায় অনি, শ্রীদাম চরিত কৌবা (মিংথোনবা) লাইরিক অসি নোংমা ঐগী পিতৃ দেবনা ইয়াম্বা শিষ্য অমবু তম্বিথি মতম অতুদা ঐনা তাবদা পুক্নিংদা হায়নিংঙাই লৈতবা ওন্থোকপা মওংদা লৈফম খংদনা পাবুংদা হায়জখি—পাবুং ঐবুসু খরা তম্বিয়ু। অসুম্না তম্বদগী ঐ মীমাংদা থোকপা য়াম্নগদ্রা য়েংগে হায়না তাকপিরকপদগী, ঐনা হোংনজরগা, হরিনা চানবিবগা পিতৃ-দেবগী মাংদা পাজে, তমজে। মতমমতুদা তাবদা পিতৃ দেব কপখি। অসুম্না অমুক তাকপিরক্লে—ইপাগী গুণেশ্বর নহাক হন্দকী লাইরিক অসি ফোংলোকো করি করিনো নহাক্না খংজবা হৈজবা হাগুনা। অসিগুম্বা তাঞ্জাসিদা পুকচেন চাওরবা F.U.P. দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস, বাবুপাড়া ইম্ফালগী মেনেজর, বাজি শ্রীঅকোইজম ইবোবী সিংহনা মতম চানা পুথোকহনবি 'সিগীদমক ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি অরোইবদা পঞ্জনিংবদি পাবুং শ্রীলোংজম ফাল্গুনি সিংহনা লাইরিকী কাচিন-কোয়া গুনা কুপ্না শেম্নবিবগীদমকসু তৌবিমল খংবা উচ্চরি। নচাবু চানবিরিবা গুরু পিতৃ অমদি ইমানা লাইরিক অসি শ্রীরাধা-গোবিন্দগী শ্রীচরন্দা কৎপিয়ু। ইমা ইপানা ঐবু শেম্বিরকপগী মাতৃ পিতা ঋন কোকচগে খুরুমজরি নচানা।

—গুণেশ্বর দেব শর্ম্মা

ওঁ নমো গণেশায়

## বিজ্ঞাপণম্ (অয়িবগী পার্থণা)

কর চরণ কৃতং বা কায়জং কর্ম্মজং বা,
শ্রবণ নয়নজং মানসং বাপরাধং চ,
বিহিত মবিহিতং বা সর্ব্বমেতৎ ক্ষমস্ব।
জয় জয় করুণা সিন্ধো দেব দেবমুরারিঃ ॥
নত্বা চ পিতরং ভূয়ঃ মাতরং চ করুণা নিধিম্।
শিক্ষা গুরুং দীক্ষা গুরুং চাপ্যহং তমুপাশ্রয়ে ॥
দুর্ল্লভং মানুষ মিদং যেন লব্ধং ময়া বপুঃ।
সম্ভাবনীয়ম্ ধর্ম্মার্থে পিত্রে মাত্রে নমো নমঃ ॥

## পঞ্জনিংবা অমত্তং

ননাইনা অরোইবদা পাবুংগী য়াথংনা য়াবিবদগী নুংঙাইজবগা লোইননা শ্রীপ্রভাস খণ্ডগী অহুমশুবা অঞ্জলীগী অধ্যায় কয়াম্ব লাইরিক অসিদা হাপচিঞ্জরি। অশোয়-অঙাম থিবিক চুমথোক-পিহুনা পাবিয়ু। মথংগী থুংনমদা চুমথোকচনবা তাকপিরকউ, খংজিন্নিবা ননাইবু চানবিগনি। হরে কৃষ্ণ—

ময়ামগী—

গুণেশ্বর দেব শর্ম্মা

# ত্রিপুষ্কর দ্বিপুষ্কর যোগ কথনম্

ভদ্রাতিথি র.বিজ্ঞ ভূতনায়ক বারে দ্বিশার্যমাজ চরণাদিতি বহ্নি বৈশ্বে। ত্রিপুষ্করো ভবতি মৃত্যু বিনাশ বৃদ্ধৌ ত্রৈগুণ্যদো দ্বিগুণ কৃৎবসুক্ষ চান্দ্রে। অষ্টাদশঞ্চ সংস্থাপ্য তিথি বার সমন্বিতঃ। তত্র সপ্তদশং দত্ত্বাৎ হারেমেত্রে হরায় চ। একেন বসতি স্বর্গে দ্বিতীয়েন চ ভূতলে। তৃতীয়ে মর্ত্ত্যলোকে চ পুষ্করশ্চ নিবেশয়েৎ।

ত্রিপুষ্কর অমসুং দ্বিপুষ্কর যোগনা হায়রি—থাংজ ৭, লৈপাক-পোকপা ৩. নোংমাইজিং ১, নুমিত্তা বিশাখা ১৬, উত্তর ফল্গুনি ১২ পূর্ব্বভাদ্র ২৫, পুনর্ব্বসু ৭, কৃত্তিকা ৩ উত্তরষাঢ়া ২১, (১৬/১২/২৫ ৭/৩/২১ নক্ষত্রনা পানবা থাবান্না ভদ্রা ২/৭/১২ তিথি শুক্ল পক্ষ অনিমক্তা ওইববু ত্রিপুষ্কর যোগ হায়না কৌই. অতুগা মৃগশিরা ৫, চিত্রা ১৪. ধনিষ্ঠা ২৩ না পানবা অসিবুনা দ্বিপুষ্কর হায়না কৌই। দ্বিপুষ্করদা মৃত্যু ওইরবদি (শিবা থোক্লবদি) ইমুং অতু থাংখাং অনিরক দুঃখ (অরাবা) ভাই।

খুদম —তিথি অঙ্ক মশিং অতুদা লৈখিদবা মুমিৎ অতুগী মশিং অতু তিনশিল্লু অতুগা অঙ্ক মশিং ৩৫ অসিগু তিনশিল্লু, অসুম্না মথং মথং তিনশিলবা অতুদা অমুক অঙ্ক মশিং ৩না য়েনথোকউ।

১ লেম্বা স্বর্গ। ২ লেম্বা পাতাল। ৩ লেম্বা মর্ত্ত্য (পৃথিবী) হায়রিবা মফম শিংসিদা লৈ। পুষ্করনা লৈবা মফম মফম অতুদা থোক্লরবতদা পুষ্করগী ফল পি অসুম্না থংনগনি।

---

খংগদবা—৩ লেম্বা হায়বদি ০ বুনি জ্যোতিষশিংনা করিগুম্বদা য়েন্নরকপদা অমত্তা লেমত্রবা অতুদসু য়েল্লিবা অঙ্ক মশিং অতু ওই।

## শ্রীমদ্ভাগবত অশীতি তম অধ্যায়

# শ্রীদাম চরিত

শ্রীরাজোবাচ।

ভগবন্! যানি চান্যানি মুকুন্দস্য মহাত্মনঃ।

বীর্য্যাণ্যনন্ত বীর্যস্য শ্রোতুমিচ্ছামহে প্রভো॥ ১

কো নু শ্রুত্বা সকৃদ্ ব্রহ্মণ্! উত্তম শ্লোক সৎ কথাঃ।

বিরমেত বিশেষজ্ঞো বিষণ্ণঃ কাম মার্গণৈঃ॥ ২

মণিপুরী অন্বয়ঃ— রাজা উবাচ = মহারাজ পরীক্ষিৎনা হায়খি, ভগবন্! = প্রভো! হে মুনি! অনন্ত বীর্য্যস্য = মপাল নাইদনা অসুক কল্লি হাঙ্গবা লৌভবা অথৈ লৈতলা কল্লিবা, মহাত্মনঃ = মতিক মগুণ য়াম্না লৈবা, মুকুন্দস্য = শ্রীকৃষ্ণগী, অন্যানি যানি চ বীর্য্যানি = মগুণ তৌবা ওস্বা শক্তি কয়ানসু তিল্লবা অতুগুম্বা কয়া অতুবু, শ্রোতুং ইচ্ছামহে = ননাই মুন্না তাজনিংই। হে ব্রহ্মণ! কাম মার্গণৈঃ = অপাম্বগী লম্বী অতুনা থৌরবা মচিন পারবা তেন-জৈশিং অতুনা, বিষণ্ণঃ = অরাবা ফংলবা, বিষয়েভ্যঃ = অতুগুম্বা অরাবা খিবিক অতুদগী, জাতগ্লানিঃ = অরাবা ফংলবা বিষয়গী রাগ অতুনা, বিশেষজ্ঞঃ = থোয়দোক্না, কঃ নু = করম্ব মীনা, উত্তম শ্লোক সৎ কথাঃ = ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শেংলবা লীলা কথা অসিবু, সকৃৎ = অমুক্তং, শ্রুত্বা বিরমেত = তারগা তোল্লগদ্রা। ১—২

---

মহারাজ পরীক্ষিৎনা হায়খি—হে ভগবন্! হে ইবুংঙো! অসুক কল্লি-থৌই হায়বদা 'সিদ্ধ লৈত্রবা, মতিক মগুণ কয়ানা

সা বাগ্ যয়া তস্য গৃণান্ গৃণীতে করৌ চ তৎ কর্ম্ম করৌ মনশ্চ।
স্মরেদ্ বসন্তং স্থির জঙ্গমেষু শৃণোতি তৎ পূণ্য কথাঃ স কর্ণঃ ॥ ৩

মণিপুরী অন্বয়ঃ—যয়া = অদুগুম্বা ৱাঙাং থোন্থোক অদুনা, তস্য = ভগবান কৃষ্ণগী, গৃণান্ গৃণীতে = ইবুংঙো মহাক্কী গুণ শক্লিবা-শোল্লিবা, সা—অদুগুম্বা মী অদু মতিক চারবনি, যৎ = অদুগুম্বা থবক তৌরিবা হায়বদি ভগবানগী পূজা অর্চ্চা শিল্লি-লাংলিবা খুৎ অনি অদুগুম্বা, করৌ = মহাক্কী পুন্সিদা মহৈ য়াল্লবনি কান্নরবনি, তং = ভগবানবু, স্থিরজঙ্গমেষু = চীং-মান-গিরি-গুহা পদার্থ পুম্নমক্তা বসন্তং = শিন-থুংনা লৈরিবনি হায়না খল্লিবা, মনঃ = পুক্নিং অদু মী অদুগী নাকোং অদু থাগৎনিংঙাইনি, তৎ পূণ্য কথাঃ = মী অদুনা ইবুংঙো মহাক্কী শেংলবা কথা অদুবু নিংশিংলিবা, মনঃ = পুক্নিং

---

তিনবা মুকুন্দ কৃষ্ণগী অতোপ্পা মখল কয়াগী থোইদোক-হেন্দোকপা ৱারি কয়া লৈ পুম্নমক তাজনিংইনে। হে ব্রহ্মণ্! অপাম্বা অদুমদি মচিন পারবা থোরবা তেন অদুগী চৈনা থোক্না অরাবা ফংলবা হায়বদি বৈরাজ্য পোক্লবা মরু ওইগ্রবা চাতুকী পক্ষিনা বর্ষা ঋতু লাক্লবদা তারক্লিবা নোংগী ঈশিং জলবু পেনবা নাইদনা থোরাংবা তৎলবদা কোক্লবদা, শ্রীকৃষ্ণগী কথামৃতবু হন্না হন্না তারবদস্যু অমুক তানিং লোইদবা করি লৈবগে অস্তুম তোকপ্রগদরাও। ১—২

মতৌ অস্তুম তৌনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী গুণবু শক্লিবা শোল্লিবা মখোই অদু প্রকৃতিনি, ইবুংঙো মহাক্কী পূজা অর্চ্চা শিল্লি-লাংলিবা কর্ম্ম তৌরিবা খুৎ অদু কান্নরবনি, পুক্নিং ঈশ্বর মফম খুদিং স্থাবর-জংঙ্গম শিন-থুংনা লৈবনি, মন্ নিংশিংলিবা কর্ত্তব্যনি, কর্ণ শেংলবা

শিরশ্চ তস্যো ভয়লিঙ্গ মানমেং তদেব যৎ পশ্যতি তৎ হি চক্ষুঃ।
অঙ্গানি বিষ্ণোরথ তৎ জনানাং পাদোদকং যানি ভজন্তি নিত্যম্॥ ৪

স্বূত উবাচ।

বিষ্ণুরাতেন সম্পৃষ্টো ভগবান্ বাদরায়ণিঃ।
বাসুদেবে ভগবতি নিমগ্ন হৃদয়ো হব্রবীৎ॥ ৫

থাগৎনিংঙাইনি ধন্যনি ভক্তত্বগী কোক অহু, তস্য=শ্রীভগবানগী, উভয়লিঙ্গ=শ্রীমূর্ত্তি শক্তমবু, পশ্যতি=উরি য়েংলি, ইতি=অসুম্না, আনমেৎ=থুরুমগদবনি, তৎ এব=অহুগুম্বা, শিরঃ=কোক অহু ধন্যনি, যৎ=অহুগুম্বা মিং অহুনা, তস্য=ভগবানগী দেহ শরীরবু, পশ্যতি=উরি য়েংলি, তৎহি=অহুগুম্বা. চক্ষুঃ=মিং অহু মহৈ য়াল্লবনি, যানি চ=হায়রিবা, বিষ্ণোঃ=বিষ্ণুগী, অথ তৎ জনানাং =ভগবদ ভক্ত ওইবশিংনা, পাদোদকং নিত্যং ভজন্তি=মতম চুপ্পদা হায়রিবশিং অসিগী সেবা তৌরি নিংই, অঙ্গানি=ধন্যনি। ৩—৪
শ্রীস্বূত উবাচ=শ্রীস্বূতনা হায়খি—হে সৌনকাদয় মুনি পুম্নমক! বিষ্ণুরাতেন=বিষ্ণুনা চানবীবা পরীক্ষিৎনা মতৌ অসুম্না, সংস্পৃষ্ট =হংজরবদা, ভগবান বাদরায়ণিঃ=শ্রীব্যাসদেবগী মচা শুকদেবনা, ভগবতি বাসুদেব নিমগ্ন হৃদয়ো=শ্রীভগবান বাসুদেবদা পুক্নিং চংশিল্লহুনা, অব্রবীৎ=হায়খরে। ৫

---

নাম তারিবা কর্ণ ধন্যনি। কোক অসিনা চীং-মান থুংনা লৈরিবা শ্রীভগবানবু থুরুমজরিবা কান্নবনি। ভগবানগী শ্রীমূর্ত্তি জগৎকী মশক্তি। মক্কম পুম্নমক্তা লৈবনি খল্লিবা উরিবা মিং অমদি ইন্দ্রিয় পুম্নমক অসি শ্রীভগবান মক্তনি খল্লিবা সেবা তৌরিবা মী বৈষ্ণবনি,

শ্রীশুক উবাচ।

কৃষ্ণস্যাসীৎ সখা কশ্চিদ্ ব্রাহ্মণো ব্রহ্ম বিত্তমঃ।
বিরক্ত ইন্দ্রিয়ার্থেষু প্রশান্তাত্মা জিতেন্দ্রিয়ঃ॥ ৬
যদৃ চ্ছয়োপপন্নেন বর্ত্তমানো গৃহাশ্রমী।
তস্য ভার্য্যা কুচৈলস্য ক্ষুৎ ক্ষামা চ তথাবিধা॥ ৭

মণিপুরী অন্বয়ঃ—শ্রীশুকঃ উবাচ = শ্রীশুক দেবনা হায়খি হে রাজন্! = হে পরীক্ষিৎ মহারাজ! ইন্দ্রিয়ার্থেষু = ইন্দ্রিয়শিং অসিনা ভোগ তৌরিবা বিষয় পুম্নমক্তা, বিরক্তঃ = অপাম্বা পোক্তবা অমসুং বৈরাগ্য পোক্রবা, জিতেন্দ্রিয় = ইন্দ্রিয়শিং খুদুম চল্লবা, প্রশান্তাত্মা = যাম্না ইংনা চিঙ্গা লৈরবা, ব্রহ্মবিত্তমঃ = ব্রহ্মজ্ঞ ওইরবা মুন্না খংলবা, কশ্চিৎ ব্রাহ্মণঃ = কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমা, কৃষ্ণস্য = ভগবত শ্রীকৃষ্ণগী সখা = মরুপ অমা, আসীৎ = লৈখরে। ৬ সঃ দ্বিজঃ = হায়রিবা ব্রাহ্মণ অসিনা, যদৃচ্ছয়া উপপন্নেন = নিংজবগী মতুং ইন্না নোংমগী বফজক্লিবা ভৈক্ষ্যং পোতুনা, বর্ত্তমানঃ = হৌজিক হৌজিক

পূণ্যানি থাগৎলিংঙাইমি অভাংবনি। সূতনা হায়খি—হে শৌনক-নচিংবা ঋষি পুম্নমক! ভগবান শ্রীবিষ্ণুনা চানবিরিবা, তাকপিরিবা থবাইমক ওইরিবা পরীক্ষিৎনা মতৌ অসুম্না হংজরকা ব্যাস নন্দনঃ শ্রীশুক দেবনা বাসুদেববু পুরিং লাকশিনগা হায়জরে। ৩—৫

শ্রীশুক দেবনা হায়খি—মহারাজ পরীক্ষিৎ ব্রহ্মবু মুন্না খংলিবা ব্রাহ্মণ অমনা শ্রীকৃষ্ণগী অচানবা মনাই ওইখরে। হায়রিবা ব্রাহ্মণ অসি ইন্দ্রিয় ভোগ বস্তু পুম্নমক থাদোক্তুনা বৈরাগ্য ফংলবনি। ইন্দ্রিয়বু জয় তৌবা অমসুং পুকচেন তপ্পা হায়বস্তু ওইরবনি। ৬

পতিব্রতা পতিং প্রাহ ম্লায়তা বদনেন সা ।

দরিদ্রং সীদমানা বৈ বেপমানা ভিগম্য চ ॥ ৮

জীবন ধারণ তৌতুনা, গৃহাশ্রমী=লাইরবগী য়ুম অহৃদা লৈখি, কুচৈলস্থ=লাইরমনবদগী ব্রাহ্মণ অহু অমোংপা ফী শেংজিদ্রইলি, ভার্য্যাপি=ভার্য্যা অতুসু. তথাবিধা=অতুগুম্না অমনবা অমোংপা ফী শেংলি অমসুং, ক্ষুৎ ক্ষামা চ=অরাম-খৌরাংবা অমনবা ফী শেতুনা ইন্দুনা রানা মতম লেনখি । ৭ সা পতিব্রতা=ব্রাহ্মণগী পত্নী অতুনা, সীদমানা=ব্রাহ্মণা য়াম্না রানা চাদ থকুনা লৈরিবা অতুগুম্না ব্রাহ্মণী অতুনসু পতিব্রতা ওইরিবনি. (নোংমগী মুমিত্তা) বেপমানা=য়াম্না রানা মশা নিক্না কিনা, দরিদ্রং পতিং বৈ অধিগম্য =য়াম্না রারতুনা মপুরোইবগী নাক্তা চংজররুগা, ম্লায়তা বদনেন= মকশিল্লবা মাইথোং অতুনা. প্রাহ=ব্রাহ্মণগী মফমদা হঙ্গংচখি । ৮

---

অসিগী মতুংদা গৃহস্থাশ্রমদা লৈরি নিংলকপগী মতুং ইম্না যতন থোইনা তৌরুদ্রবসু নোংমগী ভীক্ষাদগী ফংলকপা বস্তুনা বর্তমান জীবন লেনখি । মল্লবা শেগাইরবা ফী ইল্লতুনা শেংলতুনা ভার্য্যা-রমণী অতুনসু অহুম্না মতম অহুম লেনখি । ৭

নোংমগী মুমিত্তদি লাইরবা কৌবা চৈথেংনা. ফজগ্রবী পত্নীগী মাইথোং (ফিভম কাইরবী শক-ওল্লবী) অরাম-খৌরাং কয়া তত্তনা খাংজরবী মনাই ব্রাহ্মণীনা ফিজবনা মশা থক থক নিক্লতুনা খুরুম্নগা (মমাই মকশিল্লা) থোইদোক্না শ্রীভগবতকী সখানি নিংতুনা প্রণয় প্রেমগা লোইননা পতীগী নাক্তা চংশিলজররুগা হঙ্গংচখি— । ৮

মন্তব্যঃ—শ্লোক ১—৮ ফাওবগী অশুপ্পা কাহিনী—

মহারাজ পরীক্ষিৎনা শ্রীশুকদেব গোস্বামীগী মফমদগী ভগবান শ্রীকৃষ্ণ-বলরামগী লোক অসিদা ওইথোক্কবা লীলা, হরাও-তয়াম্বগী কাহিনী অসি তাগ্রিবনি। শ্রীভগবানগী মপান নাইদনা কন-হৈবা মানুষলীলা কয়া কোংদোকপা, মর্ত্ত অসিদা শান্নরিবা লীলা পুম্নমক খুদিং হুরানি ইনৈতা য়োৎনি। লীলা অসি পুরুষোত্তম ভগবান শ্রীকৃষ্ণ ভোগ মুক্তি অমসুং ভগবত প্রেম পুম্নমক প্রদান তৌখ্রে। মসিমক মহারাজ পরীক্ষিৎনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অমদি পুম্নমক তৌরবা ওস্না কনবা-থৌবা অমসুং গুণগী কথা কয়া ওইরি। পুম্নমক অসি তারগা শ্রীশুকদেবদা মসিবু বর্ণনা তৌনবা হায়জখি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণসে "মুকুন্দ" নি হায়রদি মুক্তি পিন-হৈবনি, পরমানন্দ দাতানি মহাক মহাত্মানি। মহাক্কী গুণ, মহিমা, জ্ঞান, শক্তি পুম্নমক অসি পুম্নমক্কগী অহেনবনি, মপান নাইদবনি অমসুং ময়েং তারা লৈতরনি, মহাক চাংদম্নরা লৈত্রবা অথোইবা ঈশ্বরনি অনন্ত-বীর্য্যনি, মহাক্কী পাঙল ভৌবা ওস্না প্রভাব অনন্তনি 'সিম্না লৈতে। শ্রীপরীক্ষিৎ মহারাজনা মুল শ্লোকতা "মুকুন্দস্য মহাত্মনঃ" অমসুং "অনন্তবীর্য্যস্য" অনিগুম্বা রাটহন্নিং অসিনা মরম ওইহনা পুম্নমক্কা থংনগ্রিবনি। ভগবান "কৃষ্ণ" সি করি অমুক হায়রগদি শ্রীশুকদেবনা "ভগবান" হায়রদি ইবুংঙো মহাক্কা পুম্নমক অসি চংশোক্না মথং অসি থংশ্নরে মরম অসিগী "সর্ব্বজ্ঞ"। মরম অসিদগী অনন্ত অতোপ্পা অমনা কনাগুম্বনা লীলা পুম্নমক অসিগী কাহিনী বারী অসি লোইনা বর্ণনা তৌবা ওস্নরোই। মরম অসিদগী শ্রীপরীক্ষিৎ মহারাজনা শ্রীশুকদেবদা "ভগবান" অসি হায়না সম্বোধন তৌখি।

মহারাজ পরীক্ষিৎনা অমুক্তসু হয়া হায়রকি—সংসার অসিগী মায়ানা পুল্লবা মীদি ইন্দ্রিয় ভোগ বস্তু অতুদা নুংঙাইখোক্‌না পুক্নিং চংহ্না নিংঙাইদনা মতম চুপ্পদা লৈখোকই। তৌইগুম্বসুং মশাগী নুংঙাইবদা ওইবা কুংনরগী খোরাং অতুদা হোৎনহনা অরেম্বদা মতম মাংহল্লিবনি। "বিষয় ভোগতুস্ক" অরাম-খোরাংবা অতুদদা খল্লিবা মায়ানা পুল্লিবা মী অতুগী থম্মোই থিনগাইহনা অমসুং মমাই মকশিন্না মী অতু রানা থাংল্লিবনি। মখোইনা নুংঙাইনবগী-দনক বিষয় ভোগকী লম্বী কয়া থিহন্না লৈরি। মখল-মখল কয়াগী উপকরনচিংবা অতুদা থন্দুনা থবক তৌরি, তৌইগুম্বসুং তশেংবদি বিষয় অরাবনি খক খল্লুদে। অতুবু মখোইগী অরাবদি লাপথোক্তে, অপাম্বগী মশক ওইরিবা তেন অহনা মখোইগী পুক্নিং লোশিংবু অরাবা পিরি থিনগাইরি। মরমদি কামনা (অপাম্বা) গী সঙ্গদা ক্রোধ, লোভ, মোহ, মাৎসর্য্য অসিনচিংবগী বেগ অসি মতম লৈবা খিবিক্তা লোইনহুনদা লৈরিবনি। অপাম্বা অতুদগী অশাওবা কয়া পোকই, অমুক অশাওবা অতুদা লৈরগা মোহ পোকই খংদবা ওইরকই অমসুং মতুদগী ময়াই কারকই, অমুক হন্না মোহ অতুদগী তৌগদবা অমদি তৌরোইদবা অসিগী মরমদা বুদ্ধি অসি ওননা-তৈরবা অমম্বা পোকই। নিংশিংবা মাংই অমসুং মমৈ থংদা অমাংবতা ওইরকই। অসিগুম্বা ক্রোধ, লোভ অমসুং কাম, রজ-গুণ অসিদগী অঙকপা পোক্লিবনি। বিষয় ভোগ অসিনা মরম ওইহনা মখোই অসে করিগুম্বদা পেনবা নাইদে। মখোই অসে ফজরবা মহাপাপকী মকারিদি জ্ঞান, শান্তি অসিমচিংবা ফংলিংলিবা মীহুম্মী নরমদা মাইকৈদা মখোইসীদি মহাপাপনি। মূল শ্লোকা

"বিষন্নঃ কাম মার্গণৈঃ" বাক্যাংশ অসিনা মরম ওইদুনা মসিমক হায়রি। ভগবান কৃষ্ণমকস্মু গীতাগী বাক্যদা মসিমক হায়খরে—

ধ্যাযতঃ বিষয়ান্ পুংষঃ সঙ্গস্তেষূ পজ্জায়তে।
সঙ্গাৎ সঞ্জায়তে কামঃ কামাৎ ক্রোধোহ ভীজায়তে॥
ক্রোধাৎ ভবতি সম্মোহঃ সম্মোহাৎ স্মৃতি বিভ্রমঃ।
স্মৃতি ভ্রংশাৎ বুদ্ধি নাশো বুদ্ধি নাশাৎ প্রণশ্যতি॥
কাম এব ক্রোধ এব রজ গুণ সমুদ্ভবঃ।
মহাশনো মহাপাপ্মা বিদ্ধেনমিহ বৈরিণম্॥
আবৃতং জ্ঞান মেতেন জ্ঞানিনো নিত্য বৈরিণা।
কামরূপেন কৌন্তেয় দুষ্পুরেণা নলেন চ॥

হায়বদি অদুগুম্বা মীওই অদুনা ইন্দ্রিয়গী ভোগ বিষয়শিং অসিদবু মতম পুম্নমক্তা নিংদুনদা লৈখরে। মহাকী অসিগুম্বা বিষয় অসিদা আশক্তি পুক্নিং চংলিবা অসিদগী অসিগুম্বা বিষয় অসি ফংননবগী-দমক হোৎনবদা অপাম্বা অদুদমক ফংলিবনি অমস্তুং পোক্লিবনি। অপাম্বনা অপাম্বা অদু মাংহল্লগনি অদুদগী অশাওবা হায়বা অদু পোকলকনি। অশাওবা অদুদগী অমুক অঙকপা পোক্লি, হায়বদি থবক্তা থবক অদুদা রাখল লৈতবা ওইরকই অমস্তুং অসিগুম্বা অঙকপা অসিদগী নিংশিংবা অদু মাংলক্লে (মাংখ্রে)। নিংশিংবা লৈতবদগী বুদ্ধি নাশ ওইরে অমস্তুং বুদ্ধি লোপ ওইবদগী মী মহাকী অমাংবা হায়বদু ওইরে, হায়বদি কান্নবা পুম্নমক লোইনা মাংপ্রে।

অপাম্বা অমস্তুং অশাওবা রজ গুণদগী ওইরকপা (পোক্লকপা) ওাক্তনি অমস্তুং অসিগুম্বা অপাম্বা অমদি অশাওবা হায়বা অসিনা

করিগুম্বা অফংবা অমনা হেক্তা পেম্থোকপদি ডমদেদো। মখোই অসে পাপকী মশকি থোক্নদোকপা মক্ষম ফংননবগী মরমদা কাম অমস্থং ক্রোধ অনিনা বৈরিনি হায়বসি খং গদবনি।

জ্ঞানী পুরুষগী অতৎপা চৈতন্য বৈরি ওইরিবা অসিগুম্বা কাম অপাম্বা নত্রগা অপাম্বা হায়বসি করিঙানা অপেনবদি ওইদরে। মতম পুম্নমক্তা মৈগী মতৌগুম্না চাকুনা লৈরিবনি। হাম্নরিবা অনিনা মরম ওইহুনা শ্রোত্র, ত্বক, চক্ষু, জিহ্বা, ঘ্রান, জ্ঞানগী মঙান অসি কুপশিন্দুনা থুমজিন্দুনা লৈরিবনি।

(হায়রিবশিং অসি শ্রীভগবত গীতাগী বানি)

তৌইগুম্বস্থং মখোই অসে বৈরাজ্ঞ ফংবদি ওইথোক্রে, মখোই অসি বিবেকী অমস্থং সারগ্রাহী অনিত্যানি মাংবা নাইবনি। মতম পুম্নমক্তা বিষয় পুম্নমক্কী মন্থুংদা অথোইবা নিত্যগী মশক ওইবশিংগী মনুংদা ডান্দুনা লৈরিবা আম্মানি। অসিগুম্বা আম্মাসে অশিবনি হায়না মখোইনা লৌখরে। মসিমক থংই মখোইনা "সারজ্ঞ" অমস্থং "বিশেষজ্ঞ" নি। শেংলবা কীর্ত্তি মিংচৎ "উত্তম শ্লোক" শ্রীভগবানগী তাগদবা শোনগদবা শক্তদৌরিবা অমত্তা ডাইরবা পুম্নমক্কগী অথোইবা পোৎনি। মসিবু মীওইবা সংসার অসিগী মরু ওইথ্রবা অজ্ঞান নত্রগা অবিদ্যাগী মশক ওইবা তম গুণবু মাংহল্লিবা অসি পিনবিগনি খল্লিবনি মীওইবনা (উৎগতং "তমঃ" সংসারোহ জ্ঞানং বা যস্মাৎ তথাভুতঃ শ্লোকঃ "যশো" যস্য সঃ উত্তমঃ শ্লোকঃ ভগবান—শ্রীবৈষ্ণব তোষণী) ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অসিগুম্বা যশো গুণনচিংবা মাধুর্য্য অমস্থং মহোশাগী ওইবা অতৎপা

লৈতনা ইনৌতা নৌবা অস্মুম অস্মুম কেঙ্কহুনা লৈরিবনি, করিগুম্বদা লোইবা লৈতে পুরাতনস্মু ওইদে। ভগবান্না হায়বনি (তাকপনি) "তদেব রম্যং রুচিরং নবং নবম্" (ভাগবত ১২—১২।৪৯) মসিমক অমুক্তং তাজবদা অমদি আস্বাদনা তৌবা-থকপদা পেনবদি অমুক লৈত্রবনি হন্না হন্না তাজনিংহুনদা লৈরবনি। মহারাজ পরীক্ষিৎ অস্মুম ওইহুনা লৈরিবনি। মহাক্না শ্রীশুকদেবগী মুখদা (চিন্দা।) কৃষ্ণ লীলাগী কথা (রারি) অসি কয়ারক তাজত্রবনি ভৌইগুম্বস্মুং মহাক পেনবা ওকপদি লৈখিদে। মহাক্না অমুক হন্না তানিংখিবনি। মসিমক রারি অসি ভাগবত্তা শ্রীশৌনকাশিংনা হায়খি—

কো বা ভগবত স্তস্য পূণ্য শ্লোকস্য কর্ম্মণঃ।
শুদ্ধি কামো ন শৃনুয়াদ্ যশঃ কলিমলাপহম্॥ (ভা. ১।১।১৬)
বয়ং তু ন বিতৃপ্যাম উত্তম শ্লোক বিক্রমনে।
যচ্ছৃ নৃতাং রসজ্ঞানাং স্বাদু স্বাদু পদে পদে॥ (ভাঃ ১।১।১৯)

হায়বদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মিংচৎ, গুণ, লীলা অমস্মুং কর্ম্ম পুন্নমক য়াম্না শেংবনি, পুন্নমক্না তানিংবনি তাগদবস্মু ওইরিবনি। অসিগুম্বা পুন্নমক অসিনা কলি যুগকী লোইবা নাইত্রবা দোষ অমস্মুং পাপ কয়া মাংহল্লিবনি। মরম অসিদগী অস্মুম্না লৈখরে আত্মশুদ্ধিগীদমক্তা অসিগুম্বা কথা অসি অরাম-খৌরাংবনা থকনিংহুনা চানিংহুনদা থল্লবা সংসার মায়ানে। মায়া অসিবু থদংপা মাংহনবা ওইরবদদা আত্মাশুদ্ধি ওইরক্তুনা অপেনবগী মশক ওইবা শ্রীভগবান ইবুংঙো ফংজবা নত্রগা থংজবা ওইরক্কদবনি। ১—৮

---

নমু ব্রহ্মন্ ! ভগবতঃ সখা সাক্ষাৎ শ্রিয়ঃ পতিঃ ।
ব্রহ্মণ্যশ্চ শরণ্যশ্চ ভগবান্ সাত্বতর্ষভঃ ॥ ৯
তমুপৈহি মহাভাগ ! সাধূনাঞ্চ পরায়ণম্ ।
দাস্যতি দ্রবিণং ভূরি সীদতে তে কুটুম্বিনে ॥ ১০

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—"ভগবান্ ! পতিরেক গুরুস্ত্রীনাং সর্ব্বত্রাভ্যাগতো গুরু" নুপী ওইবীশিংগীদি মপুরোইবদনা অরোইবা অথোইবা গুরুনি । অতিথি সেবা হায়বসিসু নুপা অমদি নুপীশিংগী ফংঙমত্রবা "গুরু সেবা" নি হায়নবনা মনাই ব্রাহ্মণী লাইরবীনা ভক্তিগা লোইননা নোল্লুরা "ভগবান্" হায়বা য়াহৈনা প্রয়োগ তৌজহুনা হঙ্গৎচখি—অমুক্তদি তাবিয়ুগবা ননাইনা হঙ্গৎচরিবসি দ্বারকাগী মবুংঙো লক্ষ্মীপতি ভগবান শ্রীকৃষ্ণ য়াম্না চান্নবা সখানি ননাইনা তাজৈ । ইবুংঙোহুদি "ভক্ত বাঞ্ছা কল্পতরুনি শরণাগত বৎসলনি" চংজরকপা তোল্ল-তারবা, লাইর-অনং, ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব, ভক্ত পুম্নমক পরম বৈষ্ণবনি লুনা চানবি নুংশিবি হায়নৈনে । ৯

হে পরম ভাগ্যবান্ আর্য্য পুত্র ! ননাইনা হঙ্গৎচরিবসিবু অচুম্বা ওইদ্রবরা অমুক্তদি লাইবক থিরবী ননাইবু চানবিয়ু হে মহাভাগ ! লাইবক ফরবা থরাইগী মপু ও । সাধুশিংগী চংজফম ওইবিরিবা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লেংবিবা পামজৈ, ননাই তুঃখিনী দি হঙ্গৎচরিবসি শোইদনা য়াবিরক্কনি খঙ্গবিবী কুটুম্বিনিনে, মরমদি—হিংননবগী কারণদি "অন্ন" নি । চরানা কুইনা চাবা ফংলক্তবদি নোংমদি করি ওইরক্কদগে ? "ভবন্তং প্রভুঃ বহু ধনং দাস্যতীতি মন্যে" জীবশিংগী চ জফম ওইবা মহাক্না শোইদনা লন-থুম কয়া পিনবিরক্কনি । ১০

আস্তেঽধুনা দ্বারবত্যাং ভোজ বৃষ্ণ্যন্ধ কেশ্বরঃ।
স্মরতঃ পাদ কমল মাত্মান মপি যচ্ছতি।
কিংস্বর্থকামান্ ভজতো নাত্য ভীষ্টান্ জগদ্গুরুঃ॥ ১১
স এবং ভার্য্যয়া বিপ্রো বহুশঃ প্রার্থিতো মুহুঃ।
অয়ং হি পরমো লাভ উত্তমঃ শ্লোক দর্শনম্॥ ১২

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—জগৎ গুরু ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি ভোজ বংশ বৃষ্ণি অমদি অন্ধক যদুবংশ পুন্নমকী স্বামিনি প্রভুনি হায়রুনা দ্বারক দেশসিদা নিংথৌ ওইদুনা লৈবিরিবনি মাংনা নুংশি পুকচেল চাওবনি হায়নরহুনা "চরণ কমল" বু কাওবা লৈতনা স্মরণ তৌজখি। প্রেমি ওইজরিবা মনাই ভক্তশিংগী অরাবা কোকপা ওইগদবা পুন্নমক পিনবিখি। অসুন্না জগৎ গুরু ভগবান শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্পা অমা নিংলুগদবা লৈত্রে। নিজরিবা পুম্বা মনিং-থুংনা পিনবিখি হায়না ননাইনা তাজে। ১১

অসুন্না ব্রহ্মণ্য দেব ব্রাহ্মণ শ্রীদামগী পত্নীনা বার বার হন্না হন্না প্রার্থনা তৌজখি। মরম অসিনা নোংমদি নপুরোইবা (পতি) শ্রীদামনা খল্লি—মহাক্না হায়রিবা রাকম অসিদি ঐগী ইবুংঙোদগী লন-থুম নিবিরু রারে অসিনি। হে দেবি! জগৎ পুম্বনাদি জগৎ গুরু ব্রহ্মণ্য দেব শ্রীকৃষ্ণবু নিংনরি, শোন্নরি, সেবা পূজা, কংনরি নহাকীনা······নিজরুবা অসিনিকো ভোনথরেদা ল.ইরবগী মপোক অদুবু ঐগীদি চৎচরুরবদি মতম কুইনা ইবুংঙো মাগী মুংশিবা কজবা শ্রীরূপ দর্শন ফংজদবা কুইরববু শোইদনদি ফংজরনি। ১২

ইতি সঞ্চিন্ত্য মনসা গমনায় মতিং দধে।
অপ্যাস্ত্যু পায়নং কিঞ্চিদ্ গৃহে কল্যাণি! দীয়তাম্॥ ১৩
যাচিত্বা চতুরো মুষ্টীন্ বিপ্রান্ পৃথুকতণ্ডুলান্।
চৈলখণ্ডেন তান্ বধ্বা ভর্ত্রে প্রাদাদু পায়নম্॥ ১৪

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—অমুন্না শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংজবদনা জীবনগী অথোইবা লননি খঞ্জরবা লাইরবা ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা—প্রিয়ে "অয়ং হি পরমো লাভ উত্তম শ্লোক দর্শনম্"। শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন ফংজবদগী অথোইবা ফংনিংঙাই ওইবা লন অমা লৈত্রবনি হায়না পুক্নিংনা নিংজরুবদো খল্লুরগা ফোংদোক্লক্লে লোতুনা থমখিদরে। পুক্নিংগী ওইবা ভাবনা (রাখল) কয়া হন্না হন্না খল্লুরগা পুক্নিং অনি লোংদনা ব্রাহ্মণীদা য়াথং পিনবিরক্লে—"অপি অস্তি উপায়নং কিঞ্চিৎ গৃহে কল্যানি দীয়তাম্" অমুন্না তাকপিরক্লে। হে কল্যানি! লাইরবগী নৈশানা রাববমু শ্রীকৃষ্ণবু নিংজরক্লিবদু হে মঙ্গলগী শক্তম ওইরবী! ঐ পেল্লে······ঐগী ইবুংঙো ফংঙমদ্রবা দিননাথ বু শোইদনা দর্শন ফংজরগনি। অদুদি লাইরবগী গৃহ (য়ুম) দা করিদি লৈ শ্রীকৃষ্ণদা কৎলুনবা······? নহাক্না উপায় তৌদুনা করিগুম্বা বস্তু খরদংদি ঐগী ইবুংঙোদা কৎলুগে ঐঙোন্দা ফংহল্লুনে। কনা ওইবশিংনা করিগুম্বা নুমিত্তা যাগ যজ্ঞ দর্শন ফংবা তারবদি, ঈশ্বরগী মফমদা কৎপা য়াবা পোৎশক অমা লোইনদনা করম্নদি চৎকনি। ১৩

হে রাজন মহারাজ পরীক্ষিৎ। অসিগুম্বা ধন্যবাহি কৃপাবানি অসি তোল্লবী মনাইনা তাজরবদা ঙাইঙমদনা নোংঙানবগা পুক্নিং হরাওনা দ্বারকা নাথ প্রভুগী মফমদা কৎননবা করি ফংহনবিরক্লবা

স তানাদায় বিপ্রাগ্র্যঃ প্রযযৌ দ্বারকাং কিল।
কৃষ্ণ সন্দর্শনং মহ্যং কথং স্যাদিতি চিন্তয়ন্॥ ১৫
ত্রীণি গুল্মান্যতীতায় তিস্রঃ কক্ষাশ্চ স দ্বিজঃ।
বিপ্রোঽগম্যান্ধক বৃষ্ণীনাং গৃহেষ্ব চ্যুত ধর্ম্মিণাম্॥ ১৬

---

খঙ্গরতুনা, পংলাপ্তি লাপুবা মাইকৈ মরিগী লমদমদা ব্রাহ্মণশিংগী গৃহদগী ভীক্ষা চংচরুবদা চেংপাক মুট মরিখক ফংজরকখি। ব্রাহ্মণী মসিনা দ্বারকা নাথগী সেবা ওইজরুরো হায়না তাকপিরকপস্তু য়াওই। অস্তুন্না ফংলকপা চেংপাক মুট মরিদো, অশেংবা ফি অমদা চে-জেৎ য়োমজরতুনা পতিদেবদা খুৎশিন্নজে। ১৪

মতৌ অস্তুম তৌনা বিপ্রশ্রেষ্ঠ মনাই ব্রাহ্মণনা, মহাক্কী পত্নীনা থৌরাংজবা চেংপাক মুট মরিহু পুতুনা লেপ্তুনা অস্তুন অস্তুম চংলি— খল্লি……করম্বা মওংদা করম্বা মফমদা শ্রীকৃষ্ণবু উনবা ফংজগবা। খন্না খন্না মনাই শ্রীদাম লাপনা চংপগী অরাবতু মঙোন্দা ফাওখিদে, খংহৌদনা দ্বারকা ধাম য়োৌরক্লে, দ্বারকা দেশ চাওথ্রবা লমদমনি। অতুবু খ্বাইদগী লুরিবদি শ্রীকৃষ্ণদো কনা ওইবী কনাগী গৃহদা লেংশিন্দুনা লৈবিরনগ নি……হা কৃষ্ণ ইবুংঙো হে কৃপানিধে! ১৫

অস্তুম্না খন্না দ্বারকা ধাম ফংলবা থুংলরবা শ্রীদামনা অতোপ্পা ব্রাহ্মণশিংগা লোইননা মফম অহুম (লানবন অহুম) লাম্বোখরে। য়েংবদা "অভিমনোহর" ওইবা য়েংলু য়েংলু খুদিংদা চপ মান্নবা গৃহ (কা) খুদিংমক্কী দ্বারিনচিংবশিংনা য়ান্না চেকশিন্না ঙাক্লিবা মফমনি কৃষ্ণবু দর্শন ফংনিংবদনা লমশাং "অগম্যান্ধক বৃষ্ণীনাং" উনং-রামং কয়া লাম্বোল্লকপগী অরাবা কয়া কাওথোকচখিবনি। ১৬

গৃহং দ্ব্যষ্ট সহস্রাণাং মহিষীণাং হরের্দ্বিজঃ।
বিবেশৈকতমং শ্রীমদ্ ব্রহ্মানন্দং গতো যথা ॥ ১৭
তং বিলোক্যাচ্যুতো দূরাৎ প্রিয়াপর্য্যঙ্ক-মাস্থিতঃ।
সহসোত্থায় চাভ্যেত্য দোর্ভ্যাং পর্য্যগ্রহীম্মুদা ॥ ১৮
সখ্যুঃ প্রিয়স্য বিপ্রর্ষে-রঙ্গ-সঙ্গাতি নির্বৃতঃ।
প্রীতো ব্যমুঞ্চদ বিবন্দূন্ নেত্রাভ্যাং পুষ্করেক্ষণঃ ॥ ১৯

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা — কা লিশিং ২৮ (লিশিং কুননিপান) মক কৃষ্ণ লেংশিন্নবগী ওইরম্মি চপ মান্নে। শ্রীদামনা অরোইবদদি রুক্মিনী মন্দিরদা চংজরক্লে উরে "অগ্রে শ্রীর্জগৃহে হস্তং যথা রাঘবত্বেহ ভবৎ সীতা রুক্মিনী কৃষ্ণ জন্মনি" রামচন্দ্রগী মবেম্মা সীতা, শ্রীকৃষ্ণ জন্মদা রুক্মিনী ওইখিবী ইবেম্মগী গৃহদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ লেংশিনবিরম্মি। ব্রাহ্মণ শ্রীদাম, মবুংগো দর্শন ফংজবদা মহানন্দ ওইখরে নুংঙাইবগী সমুদ্রদা স্নান তৌগুমখরে, অসুম্না কৃষ্ণ দর্শন ফংগ্রবা ব্রাহ্মণনি। ১৭

মতাং অসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা প্রানপ্রিয়া রুক্মিনী দেবীগা লোইননা নিংথিজনা শেম্লবা সনাগী শয্যাদা ডান্থোইরম্বা অনিনা অরাপ্পদগী কৃষ্ণবু উন্নগনি খন্না লাক্লিবা ব্রাহ্মণ শ্রীদামবু হেক উবদা খালে ঐবু উন্নবা লাক্লিবনি অসুম্না খন্দূনা ভগবান্না পাম্থোম রাংনা থাক্তুনা—"সখা" নুংশিরবা মরুপ হায়না চেজেং কোনবিখি। ১৮

হে রাজন মহারাজ পরীক্ষিৎ! মতম কয়াগী মাংদা শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবনদা লৈরিঙৈ পরমানন্দ স্বরূপ শ্রীভগবান্না নুংশি-চান্নবা সখা ব্রাহ্মণনি খন্না তিম্নজরকপা (লোইনজরকপা) নি। মরম অসিনা

অথো-পবেশ্য পর্য্যঙ্কে স্বয়ং সখ্যুঃ সমর্হণম্।
উপহৃত্যাবনিজ্যাস্য পাদৌ পাদাবনেজনীঃ॥ ২০

নুংশিনবা মরুপ (মপু মনাই) অনি ঙসি নৌনা উন্নবদা, সূর্য্য কান্তি নুমিৎনা থোকপদা থম্বালনা শাৎপগুম, নেত্র কমলদগী প্রেম শিন্থ-নহুনা মরুপ সখা শ্রীদাম হায়না হেক কৌবিরকপা মতমহুদা, মনাই (মরুপ) নস্সু প্রভু হে দিননাথ! হায়না খুমজবঃ ঙমজদনা মিৎলু পিরাং ইহৌনা শ্রীদামনস্সু চেৎনা আলিঙ্গন ফংজখি। ১৯

অসিগুম্বা মপু মনাই অনিগী নুংশি প্রেম সিবু রুক্মিনীনা উজে ইবেম্মা রুক্মিনী খংহৌদনা অঙকপগা লোইননা মথম্মোইদা প্রেমগী ইহুন ফাওজখি। অসিগী তুংদদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা—চান্নরবা মরুপ লেংশিল্লসি, অসি হায়হুনা শ্রীদামগী মথুৎ পায়হুনা পুশিনখরে লোকপাল শ্রীভগবান্না শ্রীদাম ব্রাহ্মণবু নিংথিজরবা সনাগী পর্য্যাঙ্কদা ফমহনখরে। ইঙ্গিৎ খংলবী রুক্মিনীনা ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা ব্রাহ্মণ সেবাগী স্বর্ণ ভৃঙ্গারদা হাপ্লগা জল অমদি অতৈ পোৎলম পুম্নমক পুথোরকুনা পূজা তৌনবা ভগবান মশা নক্না শ্রীদাম ব্রাহ্মণ অহুগী পাদ প্রক্ষালন তৌহুনা পাদোদক অহু শ্রীহস্তনা লৌরগা শ্রীকৃষ্ণগী কোক্তা হাপখরে। মথং মথং পূজাগী পোৎলম খিবিকস্সু কৎখরে। শ্রীদামগী লাইবক্তা তিলক তৌখরে, দেহ পুম্বা মনম নুংশিরবা অগরুচন্দন কুঙ্কুমনচিংবা দিব্যগন্ধ কয়ানা লৈতেংখ্রে। মতৌ অসুম্না সখা শ্রীদামগী মফমদা, স্বয়ং শ্রীভগবানগী সেবা পূজাদা মসিমদি রাৎলিনা হায়ফম লৈখিদরে। হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! অসিগুম্বা কৃষ্ণগী সেবানা লোক পুম্নমক শিক্ষা পিনবিবগুম্বনি। ২০

অগ্রহী চ্ছিরস্য রাজন্ ভগবান্ লোকপাবনঃ।
ব্যলিম্পদ্ দিব্যগন্ধেন চন্দনা-গুরু-কুঙ্কুমৈঃ ॥ ২১
ধূপৈঃ সুরভিভিঃ মিত্রং প্রদীপাবলিভি মুর্দা।
অর্চিত্বা-বেদ্য তাম্বুলং গাঞ্চ স্বাগত-মব্রবীৎ ॥ ২২
কুচৈলং মলিনং ক্ষামং দ্বিজং ধমনি সন্ততম্।
দেবী পর্য্যচরৎ সাক্ষাচ্চামর ব্যজনেন বৈ ॥ ২৩

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—অস্নিগী তুংদা শ্রীদাম ব্রাহ্মণনসু দিননাথ শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রবু উনজবা অমদি দর্শন ফংজবদা অপেনবা হায়বতু ওইরে, ব্রাহ্মণগী অঙ্গ (হকচাং) শিনথুংনা নুংশিরবা চন্দনগী জাৎ মনমশিং খিবিক্লা লৈতেংথ্রবগী মতুংদা, শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না হরাওনা অস্নুম্না ধুপ থাউমৈগী পরেং পরেংনা থান্দুনা, লাক্লিবা অতিথি ব্রাহ্মণবু পূজা তৌরগা, তাম্বুলং (পান-খুদপ) অনসুং শঙ্গোম থোকপী যণবী কতুনা মরুপ (শ্রীদাম) লেংবিরকপগী মরম অমদি মঙ্গলগী ওইবা ৱাফং কয়া হংলকখি—প্রান সখা! চান্নরবা মরুপ! নহাক্লা ওসি লাকপিবগুম্না মরক মরক্তসু লাকপিদ্রুনা, ঐখোই অনি উনবগী নুংঙাইবা হায়বা অদু ওইহল্লুনে। লাইরবা, শেগাইরবা ফিজেৎনা শাটগান্নরবা ব্রাহ্মণ, কোক্কী অমুবা শম্বু পোক্লা মহুৎ শিনবিথ্রবা অহল ওইরবা চাদবনসু য়াং কংলবা শ্রীদাম ব্রাহ্মণবু সাক্ষাৎ দেবী (রুক্মিনী) না খুৎ মক্লা চামর অমদি হুম্নাইনা থোগনজহুনা পূজা পাঙথোকচথ্রবা শ্রীদাম ব্রাহ্মণ হায়বদি মবুংঙো কৃষ্ণচন্দ্রগী চান্নজরবা সখা, মখোই অনি উনবা হরাওনবা অদুবু উজরুবী রুক্মিনীদু করি অমুক হায়গনি দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণ অনি শুরবরা অস্নুম্না খনখরে। ২১- ২৩

অন্তঃ পুরজনো দৃষ্টা কৃষ্ণেনামল কীর্ত্তিনা।
বিস্মিতোঽভূদতি প্রীত্যা অবধুতং সভাজিতম্॥ ২৪

কিমনেন কৃতং পূণ্য মবধূতেন ভিক্ষুণা।
শ্রিয়া হীনেন লোকেঽস্মিন্ গর্হি তেনা ধমেন চ॥ ২৫

যোঽসৌ ত্রিলোক গুরুণা শ্রীনিবাসেন সম্মতঃ।
পর্য্যঙ্কস্থাং শ্রিয়ং হিত্বা পরিষ্বক্তোঽ গ্রজো যথা॥ ২৬

কথয়াঞ্চক্রতুঃ গাথাঃ পূর্ব্বা গুরুকুলে সতোঃ।
আত্মনো ললিতা রাজন্! করৌ গৃহ্য পরস্পরম্॥ ২৭

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—মতম অদুদা অন্তপুর বাসীশিংনা ওকখরে, অহল ওইরবা পোক্না ইঙৌ-ঙৌরবা, শেগাইরবা ফিনা শেৎ-ইল্লবা য়েংবদা লাইরবা মীওইনি হায়নবদা চোপলরোইদবা ব্রাহ্মণ অমদা অমকপা লৈত্রবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণমক্না তৌরিবা পূজা অমদি ইকাই-খুম্নবা উৎপা লোইননা দান তৌবা উরে। হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! হায়নরি অস্সুম্নসু শোন্নরি—চাক্নিবা মাল্লবা ব্রাহ্মণ অসিনা করি পূণ্য তৌজখিবগী ফলনা ত্রিজগৎকী গুরু শ্রীনিবাস কৃষ্ণনা আসন থক্তা ফমহল্লি। ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী চান্নরবা রুক্মিনীবু থাদোক্লগা, ময়াম্নুং বলরামগী মতৌগুম্না সম্মানগা লোইননা ব্যবহার করম তৌত্রবা? হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! অসিগী তুংদা শ্রীদাম ব্রাহ্মণ অমদি শ্রীকৃষ্ণ অমগা অমগা খুৎকা খুৎকা পায়নদুনা, গুরুকুলদা লৈনিন্নরিঙৈগী হৌখ্রবা পুক্নিংগী অপাম্বা নুংশি-চন্নাবা কথা কয়াবু থম্মোই পেন্না শেংনা শান্নজখরে ফোংদোক্নখরে। ২৪—২৭

শ্রীভগবানুবাচ ।

অপি ব্রহ্মন্ ! গুরুকুলাৎ ভবতা লব্ধ দক্ষিণাৎ ।

সমাবৃত্তেন ধর্ম্মজ্ঞ ! ভার্য্যোঢ়া সদৃশী ন বা ॥ ২৮

প্রায়ো গৃহেষু তে চিত্ত মকাম বিহতং তথা ।

নৈবাতি প্রীয়সে বিদ্বন্ ! ধনেষু বিদিতং হি মে ॥ ২৯

কেচিৎ কুর্ব্বন্তি কর্ম্মানি কামৈঃ রহত চেতসঃ ।

ত্যজন্তঃ প্রকৃতি দৈবী র্যথাহং লোক সংগ্রহম্ ॥ ৩০

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা সখা শ্রীদামগী মফমদা অস্মন্না তাকপিরকই—হে ব্রাহ্মণ ! হে ধর্ম্মজ্ঞ ! নহাক্না বিদ্যা তম্বা লোইরবদা গুরুগী দক্ষিণা কৎলম্লগা, গুরুকুলদগী হল্লক্লগা সমাবর্ত্তন পৌরবা চান্নরবা সখা (শ্রীদাম) নহাক্না রূপ গুণ চংখোল্লবী পত্নী অমা লৌথ্রিবরা নত্রগা করিগুম্বা মখলগী অপাম্বা লৈতনা বিবাহ তৌথ্রিবরা ? হে জ্ঞানিন ! নহাকসি মৌন ভাবতা পত্নী থাদোক্তে, মতম লৈবা খিবিক্তা লোইনরিবনিনে ? অদু ওইরবদি নহাক্কী থম্মোইনা চাওরাক্না মাইথিবা পিবা ওনদ্রিবনি মরম সিদগী গৃহস্থগী হৌন-মতিক চাবা কর্ম্ম মসুং লাইনানা লন-থুম কয়াদা থোইদোক্না পুক্নিং চংবা অমাদ পেনবা ওমদ্রিবনি হায়বদি ওমদ্রি হায়বসি ঐনা মন্না খংলবনি । মরুপ চান্নরবা সখা হে ব্রাহ্মণ ! ঐগী রা আসবু লাল্লবরনে অমুক্তা খুমলোগবা ! (কৃষ্ণ) ঐসু মতৌ অস্মন্না বিষয়দা পুক্নিং চংলুদ্রবসু লোক শিক্ষাগীদমক কর্ম্ম কয়া তৌদুনা লৈরিবনি. অদুগুম্না কনা কনাগুম্বশিংনসু বিষয়দা পুক্নিং চংলুদ্রবসু ভগবত্ মায়ানা শেমগ্রবা বিষয় বাসনা পুম্নমক থাদোক্লগা লোক শিক্ষানা

কচ্চিদ্ গুরুকুলে বাসং ব্রহ্মন্ ! স্মরসি নৌ যতঃ ।
দ্বিজো বিজ্ঞায় বিজ্ঞেয়ং তমসঃ পারমশ্নুতে ॥ ৩১
স বৈ সৎ কর্ম্মণাং সাক্ষাদ্ বিজাতেরিহ সম্ভবঃ ।
আদ্যোঽঙ্গ ! যত্রাশ্রমিণাং যথাহং জ্ঞানদো গুরুঃ ॥ ৩২
নন্বর্থ কোবিদা ব্রহ্মন্ বর্ণাশ্রম বতামিহ ।
যে ময়া গুরুণা বাচা তরন্ত্যঞ্জো ভবার্ণবম্ ॥ ৩৩

---

মরম ওইতুনা গৃহস্থগী মতিক চাবা কর্ম্মশিংদি তৌতুনা লৈখরে। অস্নুম্না মুনিশিং মতৌগুম জিতেন্দ্রিয় ওইদতুনা লোক শিক্ষাগীদমক গৃহস্থগী মতিক চাবা হৌনবা কর্ম্ম তৌগে হায়বগী পত্নী গ্রহন (পাঙথোক্লবনি) তৌবনি। ২৮—৩০

হে ব্রাহ্মণ মরুপ ! গুরুকুলদা লৈরুবগী ফলনা গুরুগী মফমদগী দ্বিজাতি হায়বদি ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রীয় অমসুং বৈশ্য না খংগদবা ওইবা খংলগা। প্রকৃতি অমসুং সংসার পার তৌরগা মোক্ষ ফংনখরে, নং ঐ (ঐখোই) অনিনা গুরু গৃহদা লৈরম্বদা মুংঙাইবশিং অদো নিংশিংলিবরা ? অঙ্গ ! হে সখে ! জগৎ সংসার অসিদা পোক্লিবা অহুগুম্বা মী অহু হায়বদি পিতা হায়বসি মাওইবগী অহানবা গুরুনি দ্বিজাতিগী ওইবা সৎ কর্ম্ম পুন্নমক পোক্লিবনি, হায়বদি উপনয়ন সংস্কার তৌরগা বেদ তম্বিবা মহাক্না ঐখোই মানব শিংগী অনিশুবা গুরুনি। অমুক হন্না মহাক্না বর্ণাশ্রমিগী জ্ঞান পি হায়রিবা অসিনা অহুমশুবা গুরুনি হায়নৈ, অশেংবদি (কৃষ্ণ) ঐমক্নি। অসিগী মতুংদা ভগবান কৃষ্ণনা, বিষয় অসিদা মহাক্কী সিদ্ধান্ত খংবা ভক্ত শ্রীদামদা তাকপিখরে (খংহনখরে)—অসিগুম্বা সংসার অসিদা বর্ণাশ্রমিশিংনা

নাহ মিজ্যা প্রজাতিভ্যাং তপযোগ শমেণ বা।
তুষ্যেয়ং সর্ব্বভূতাত্মা গুরু শুশ্রূষয়া যথা॥ ৩৪
অপি নঃ স্মর্য্যতে ব্রহ্মণ্! বৃত্তং নিবসতাং গুরৌ।
গুরুদারৈ শ্চোদিতানা মিন্ধনা নয়নে কচিৎ॥ ৩৫
প্রবিষ্টানাং মহারণ্য মপর্ত্তৌ সুমহৎ দ্বিজ।
বাতবর্ষ মভূৎ তীব্রং নিষ্ঠুরাঃ স্তনয়িত্নবঃ॥ ৩৬

---

অথোইবা অহেনবা পাম্লতুনা ব্রহ্ম তত্ত্ববু তাক্লিবা গুরুগী মশক ওইবা ভগবান ঐগী সাহার্য্যনা অমদি ঐগী পাউতাক্কা অধ্যাত্মজ্ঞান ফংবা প্রযোজন থংগদবনি। বিষয় পুম্নমক খংলগা মতুদা পোক্লকপা অমসুং জ্ঞানি ওইরগা অতুগী তুং-ইন্না আচরণ সদাচার লিচৎ অতুদা লৈরগা, সংসার সাগরসি ইরাই-লাইনা লাম্থোক্কদবনি। ৩১—৩৩

হে সখে! নহাক্তি অয়াম্বা প্রানিগী থরাইনি অতুম ওইনমক ঐনা গৃহস্থ ধর্ম্ম, ব্রহ্মচারি ধর্ম্ম, বানপ্রস্থ ধর্ম্ম অতু নত্রগা যতি ধর্ম্মনা মরম ওইতুনা পেনবা ওইদে। গুরু সেবা অমসুং গুরু উপদেশ পালন্না মরম ওইতুনা পেল্লিবনি। ঐখোইনা মতম অমা গুরুগী গৃহদা লৈরমখি। মতম অতুদা নোংমা গুরু পত্নীনা তাকপিরকখিবা ঐখোইদা শিং চল্লুনবগীদমক বন্দা থাবা মতমদা ঐখোইদা ঘটনা অমা থেংনখিবা, নুমিৎ অতুগী থৌদোক (ঘটনা) অতু মরুপ নহাকপু নিংশিংলিবরা? বন্দা শিং থিবা চৎপতুদা ঐখোইনা অকনবা নোং-নুংশিংকী মরক্তা শিংগা লোইননা কয়াদা রানা থাংখিবা, মরক্তুদা নোংনসু চুবনে নুংশিৎনসু শিৎপনে অথাক-অরাওসু তৌবনে করিদা কারি লৈবা থংত্রিরৈতুদা. অমুকসু ঈশিং চাওরকখিবনি? ৩৪—৩৬

সূর্য্যশ্চাস্তং গতস্তাবৎ তমসা চাবৃতা দিশঃ।
নিম্নং কুলং জলময়ং ন প্রাজ্ঞায়ত কিঞ্চন ॥ ৩৭

বয়ং ভৃশং তত্র মহানিলাম্বুভি র্নিহন্যমানা মুহুরম্বুসংপ্লবে।
দিশোঽবিদন্তোঽথ পরস্পরং বনে গৃহীত হস্তাঃ
পরিবভ্রি মাতুরাঃ ॥ ৩৮

এতৎ বিদিত্বা-উদিতে রবৌ সান্দীপনি-গুরুঃ।
অন্বেষ্যমাণো নঃ শিষ্যা-নাচার্য্যো-ঽপশ্য দাতুরান্ ॥ ৩৯

অহো হে পুত্রকা যূয়মস্মদর্থে-ঽতিদুঃখিতাঃ।
আত্মা বৈ প্রাণিনাং প্রেষ্ঠ-স্তমনাদৃত্য মৎ পরাঃ ॥ ৪০

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—হায়রিবা মতম অসে সূর্য্যদেব (নুমিৎ) সু তাপ্রবা মতমনি। মাইকৈ পুম্নমক অমম্বনা উবা ফংদ্রবা মতমনি। ঈশিংনস্থু অকুপ-অতোং খংবা উবা ঙম্মখিদ্রবা মরক্তা, মহৈ মহৈ খুৎকা খুৎকা পায়নছনা শিং পুরগী অরুম্বা অতৃগা লোইননা কয়াদা রানা খাংমিল্লখিবা, অতুবু নিংশিং বিদবরনে মরূপ? ঐখোইনা চৎপা হনবা ঙম্মদ্রবদা আচার্য্য গুরুদেবনা খংলে। নুমিৎনা থোক্লিঙৈ মতমদগী থিরকপনা অমম্ব-অঙান শিম্নরকপদা ঐখোইবু উখিবনি। বন্দা অরাবা নংলবা ঐখোইবু উযনক্তদা গুরুনা তাকপিরকই— অহো! ওম্মোকপনিদকো ইচাশা! আত্মা হায়বসে জীবশিংগীদি থোইনা চান্নবনি। নখোইনা অশিঙ্গম্বা আত্মাবু কাম্নদবনি থল্লগা অম্সুম্না উপেক্ষা তৌরগা (ঐতবু থল্লগা) ঐতবু থল্লুবনা অরাবসি কে পুত্রকা! নখোইনা নংলম্নিবনিকো। ৩৭—৪০

এতদেব হি সচ্ছিষ্যৈঃ কর্ত্তব্যং গুরু নিষ্কৃতম্।
যদ্বৈ বিশুদ্ধ ভাবেন সর্ব্বার্থাত্মার্পণং গুরৌ॥ ৪১
তুষ্টোঽহং ভো দ্বিজ শ্রেষ্ঠঃ সত্যং সন্তু মনোরথাঃ।
ছন্দাংস্য যাতযামানি ভবন্ত্বিহ পরত্র চ॥ ৪২
ইত্থং বিধান্য নেকানি বসতাং গুরু বেশ্মনি।
গুরোরনু গ্রহেণৈব পুমান্ পূর্ণঃ প্রশান্তয়ে॥ ৪৩

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—শিষ্য পুন্নমক! শেংলবা রাখল্লা গুরুগী সেবাদা লৈরগা শিষ্যশিংগী প্রয়োজন ওইগনি কান্নগনি অমসুং দেহ (হকচাং) ফাওবা কথোকপা হায়রিবসে শিষ্যশিংনা তৌগদবা থৌরমনি। গুরুনা শোইদনসু ঐখোইগী উপকার তৌরকনি হায়না নিংগদবনি খনগদবনিকো। হে অথোইবা শিষ্য ব্রাহ্মণশ্মা! নখোষ্ট পুন্নকী মফমদা ঐ পেল্লে, নখোইগী অপাম্বা পুন্নমক ফংবা ওইরসনু নখোইনা ঐঙোন্দগী তমখিবা বেদ, শাস্ত্র অমসুং জ্ঞান পুম্বা ফংহুনা ইহলোকসু অমদি পরলোকসু মহৈ ফংবা অমাং-অতা লৈতবা হায়বতু ওইরসনু। অসুম্না হে সখে! মরুপ! ঐখোইনা গুরুগৃহদা লৈরম্বদো অঙকপা মথলগী খুদোংথিখিবা। মতম অতু নহাকপু নিংশিংলিবরা? মীওইবা হায়বস্নি গুরুদেবগী কৃপানা (থৌজান্না) শান্তি ফংলগা মপুং ফানা অপাম্বতু ফংলগা পূর্ণ শান্তি ওইরিবনি হায়বদি মহৈ য়াল্লিবনিদো। "গুরু রেব পরং ব্রহ্ম তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ"। নিংশিংলেদনা? গুরুগী মঙ্গল আশীর্ব্বাদ (য়াওজ্রবা) ফংদ্রবা শিষ্য অদো কৈদৌঙৈদসু মাই পাকপগী ফল (মহৈ) ফংদনা খুৎনা স্বর্গ লাম্বগুম্না থোকনিনে। ৪১—৪৩

শ্রীব্রাহ্মণ উবাচ ।

কিমস্মাভি রনির্বৃত্তং দেবদেব ! জগদ্ গুরো ।

ভবতা সত্য কামেন যেষাং বাসো গুরোবভূৎ ॥ ৪৪

যস্য চ্ছন্দোময়ং ব্রহ্ম দেহে আবপনং বিভো ।

শ্রেয়সাং তস্য গুরুষু বাসোঽত্যন্ত বিড়ম্বনম্ ॥ ৪৫

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দশম স্কন্ধে শ্রীদাম চরিতেঽশীতিতমো ঽধ্যায়ঃ ॥ ৮০

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—ব্রাহ্মণ শ্রীদাম্না হঙ্ৎচরকই—হে ভগবন্ ! লাই পুন্নমক্কীসু অথোইবা দেবরূপ ওইবিবা, হে দেবদেব ! হে জগৎগুরো ! জগৎ সংসারদা লৈরিবা অতোনবা অমদি অথোইবা পুন্নমক্কী গুরুগীসু গুরু ওইরিবা পতিত পাবন । শ্রীভগবান ওইবা ইবুংঙোদি অওইবা (অচুম্বা) মতম পুন্নমক্তা অপাম্বা নুংশিবিবনি, মরম'সিনা তোল্লবা ননাইবু······সখা ! হায়না অসুম্না তাকপিরি । নহাক্কী শ্রীচরন্দা চংজবা নত্তনদি, কনা অথোইবা অমা লৈতবনিনা ননাই ওইজবা ঐখোইসু চংজরি । প্রভু জগৎকী রাংমদসু মনুংদসু লৈত্রবা হে ভগবন্ ! জ্ঞানি সিদ্ধপুরুষ কয়াগী মফমদা মঙ্গলগী মশক ওইবা থৌজাল কয়া পিনবিহুনা, মখোইনা শোল্লখিরম্মি খংহল্লম্মি, বেদ হায়বসি ব্রহ্মনি, অতুমক্তা জগৎ ব্রহ্ম ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণগী দেহনি । জগৎ জীবনা খংনরি, অসিগুম্বা শ্রীভগবান্না জন্মাবতার ওইবিহুনা গুরুকুলদা বিদ্যা তম্বা, গুরু সেবা তৌবা অওইবা শক্তমদি ওইদে, লোকশিক্ষাগী নিমিত্ত কারণ মাত্রনি হায়না হঙ্ৎচরি । ৪৪—৪৫

মন্তব্যঃ— অসিগী তুংদা ভগবান কৃষ্ণনা মহাক্কী সখা মরুপনি অমসুং ভক্ত ওইবনি খন্দুনা ব্রাহ্মণ শ্রীদামদা অসুম্না তাক্কপিরকই— হে সখা ! কৃষ্ণ ঐনা পুন্নমক্কী থম্মোইদা ভান্দুনা, অন্তর্য্যামী নি পরমাত্মাগী রূপ্তা লৈরিবনি। ঐগী পাউতাক ফংলবা মীওইবা সমাজনা মরম ওইতুনা বর্ণাশ্রমগী ধর্ম্মদি শোইদনা ভাকদবনি।

যথা—শ্রুতি স্মৃতি মমৈবাজ্ঞে যস্তুঃ উল্লঙ্ঘ্য বর্ত্ততে।
আজ্ঞাচ্ছেদী মম দ্বেষী ন স ভক্তো ন বৈষ্ণবঃ॥

শ্রুতি অমসুং স্মৃতি শাস্ত্র হায়বসি পুন্নমক্কী ওইবা ঐগী আদেশনি পাউতাক্নি। অদুগুম্বা মী অতুনা ঐগী আদেশ (পাউতাক) অসি লৌদ্রবা মহাক অদো য়াথং ককপনি অমসুং ঐগী খ্বাইদগী য়েক্নবনি। মহাক ভক্তসু ওইদরে অতুগা বৈষ্ণবসু নত্তরে। মরম অসিদগী ঐগী আদেশকী মতুং ইন্না বর্ণাশ্রম ধর্ম্মবু অবলম্বন তৌরবা ইন্দ্রিয়গী অপেনবা অদু থাদোক্লগা ব্রহ্মচার্য্য ব্রত ধারণ তৌবা তত্ত্ব জ্ঞান ফংবগী উদ্দেশ্যনি মীওইবা জীবগী অহানবা শরুক্নি। সৎ পাত্র ওইনা গুরুগী মফমদা অমসুং মহাক্কী নিয়মগী মখা পোন্না গুরুগৃহদা মতম লেনগদবনি। ঐকান্তিক ওইবা লৌনম্বা য়াওদবা ভাবতা গুরুগী আদেশ পাউতাক্না ধর্ম্ম পালন তৌগদবনি।

অসিনা মরম ওইতুনা অসুম্না পেনবিরিবনি—"নাহ মিজ্যা প্রজাতিভ্যাং তপযোগ শমেণ বা। তুষ্যেয়ং সর্ব্বভূতাত্মা গুরু শুশ্রূষয়া যথা॥ (শ্লোক ৩৪) অসিগুম্বা বিষয়শিং অসিগী মরমদা ভগবান মহামুনিন্দ্র শ্রীশ্রীনিম্বাকাচার্য্যগীসু কয়ামুক ওইবা মমল য়াম্লবা থোইদোকপা উক্তি হায়রি। ইত্যাদি—

শ্রীশুক উবাচ।

স ইত্থং দ্বিজমুখ্যেণ সহ সংকথয়ন্ হরিঃ।

সর্ব্ব ভূতমনোঽভিজ্ঞঃ স্ময়মান উবাচ তম্॥ ১

ব্রহ্মণ্যো ব্রাহ্মণং কৃষ্ণো ভগবান্ প্রহসন্ প্রিয়ম্।

প্রেম্না নিরীক্ষণে নৈব প্রেক্ষন্ খলু সতাং গতিঃ॥ ২

মণিপুরী অন্বয়ঃ—শ্রীশুকঃ উবাচ = শ্রীশুক দেবনা হায়থরে। (হে মহারাজ পরীক্ষিৎ!) ব্রহ্মণ্যঃ ব্রাহ্মণানাং হিতকারী = ব্রাহ্মণ-শিংগী কাননবা তৌরিবা, সতাং গতিঃ = অফবা মীশিংগী চংজফম ওইবা, সর্ব্ব ভূতমনোঽভিজ্ঞঃ = অয়াম্বা প্রানিশিংগী থম্মোইদা লৈবা অতুবু খংলিবা হায়বদি ঐগীদমক অরৈবা খজিক্তং ওইরবসু অতুবু ইকাইবদগী পুথোক্তুনা পিবা ঙমদ্রে হায়বসি খংলহুনা, সঃ ভগবান হরিঃ = হায়বদি ভক্তগী অৱাবা কোকপিবা শ্রীকৃষ্ণনা, দ্বিজমুখ্যেণ = অথোইবা ব্রাহ্মণ অতুগা লোইননা, সহ ইত্থং = মহাক্কা মতৌঙম, সং কথয়ন = ৱারি শান্নরতুনা. প্রিয়ং ব্রাহ্মণং = চান্নরবা ব্রাহ্মণ অতুবু, প্রেম্না নিরীক্ষণেন—নুংশিবিবা চানবিবা মিংয়েংনা, এব প্রেক্ষনং = য়েংলতুনা, প্রহসন = থোইদোক হেন্দোক্লা, স্ময়মান = নোক্লতুনা, তম্ উবাচ খলু = অসুম্না ব্রাহ্মন্দা হায়খরে। ১—২

---

শ্রীশুক দেবনা হায়থরে—হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! ভগবান শ্রীকৃষ্ণসে ব্রাহ্মণশিংগী 'হিতকারী' নি। সজ্জনশিংগী অথোইবা চংজফমনি অমসুং থরাই পানবশিংগী পুক্নিং ভাব খংবিরিবনি। ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা চেংপাক খরা উপহারগীদমক পুরকপা অতু কৃষ্ণনা

শ্রীভগবানুবাচ।

কিমুপায়ন মানীতং ব্রহ্মন্! মে ভবতা গৃহাৎ।

অণ্ব প্যুপহৃতং ভক্তৈঃ প্রেম্না ভূর্য্যেব মে ভবেৎ।

ভূর্য্যপ্য ভক্তো পহৃতং ন মে তোষায় কল্পতে॥ ৩

মণিপুরী অন্বয়—শ্রীভগবানুবাচ = শ্রীভগবান্না তাকপিরকই, হে ব্রাহ্মণ! = হে ব্রাহ্মণ! ভবতা = নহাক্না, গৃহাৎ = য়ুমদগী, মে = (কৃষ্ণ) ঐগীদমক, কিম্ উপায়নম্ = করিগুম্বা খুদোন পোৎ অমত্তং, আনীতম্? = পুরকপরা? ভক্তৈঃ = ভক্তিনা, প্রেম্না = য়াম্না নুংশিনা, উপহৃতং = পুরকপা পোৎ অতুদি, অনু অপি = খজিক্তং ওইরবস্তু ওইসনু, মে = ঐগীদমক্তদি, ভূরিএব = ঐনা য়ামখরেদা খল্লি, অভক্তো পহৃতং = ভক্ত ওইদবশিংনা পুরকপা পোৎতি, ভূরিঅপি = য়াম্নবস্তু উপহার (খুদোন পোৎ) অতু, মে = ঐগী, তোষায় = পেনবদি, ন কল্পতে = ওইদ্রে। ৩

---

খংলে। (মহাক্কী অসি ইকাইবদগী পুথোকপা ঙমদরেসে) মরম অসিদগী মনাই ভক্তগী অরাবা কোকপিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ব্রাহ্মণ শ্রীদামগী মফমদা, হৌখ্রবা থৌদোক্কী রারি শার-শারতুনা অমসুং প্রেম পূর্ণ ওইবা মিৎয়েংনা মরম ওইতুনা নোকমি নোকমিনা ব্রাহ্মণ শ্রীদামগী মফমদা অসুম্না হায়খরে। ১—২

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হংলকই শ্রীদামদা—হে ব্রাহ্মণ! নহাক, য়ুমদগী (কৃষ্ণ) ঐগীদমক উপহার করি পুরকপা? ভক্ত ওইবনা নুংশিবগা লোইননা পুরকপা পোৎতি খজিক্তং ওইরবস্তু ইফমদদি ওন্থোক্নং য়াম্নবনি, অতুগা ভক্ত নত্তবনা পুরকপদি ঐ পামদেনে। ৩

পত্রং পুষ্পং ফলং তোয়ং যো মে ভক্ত্যা প্রযচ্ছতি।
তদহং ভক্ত্যু পহৃত মশ্নামি প্রয়তাত্মনঃ ॥ ৪

মণিপুরী অন্বয়ঃ—(হে সখে!) যঃ=ভক্তহুনা, ভক্ত্যা মে=ভক্তিগা লোইননা ঐগীদমক. পত্রং পুষ্পং ফলং তোয়ং=পত্র, পুষ্প, ফল অমসুং জল খজিক্কং, প্রযচ্ছতি=পিরকপদো, অহং=ঐনা, প্রয়তাত্মনঃ=পুকচেন শেংবা ভক্ত অহুগী, ভক্ত্যু পহৃতং=ভক্তিগা লোইননা পিরকপা পোৎতু. অশ্নামি=(কৃষ্ণ) ঐনা লোরবনি। ৪

---

হে মরুপ! ভক্তনা ভক্তিগা লোইননা পিবা পত্র, পুষ্প, ফল অমসুং জল অসিনচিংবা করিগুম্বা পোৎ থরা অহু পুকচেন শেংবা ভক্তগী পুকচেন শেংনা পিরকপা ওইরবদি মহুবু ঐনা য়াম্না ইকাই-খুম্ননা হরাও হরাওনা লোরবনি (চারবনি) খল্লু। ৪

---

মন্তব্যঃ—"পত্র কৎপদা দ্রৌপদী" নোংমা পঞ্চ পাণ্ডবনা বন্দা লৈরিঙৈদা, দুর্ব্বাসা মুনিনা মনাই শিষ্য অয়ূত্ অমগা লোইননা লেংলক্লগা, মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মফমদা হায়ররে—হে মহারাজ! যুধিষ্ঠির! দুর্ব্বাসা ঐ ব্রত পারণা ফংদ্রি অতিথি সৎকার তৌ। দুর্ব্বাসাগী ব্রা তারগা যুধিষ্ঠিরনা কৃপানি হায়না খুমখি। দুর্ব্বাসা মুনি অহুনা—য়াম্না ফরে লুংঙাইরে ঐ স্নান চৎলে। হায়রম্লগা স্নান লেংখরে। মতাং অসিদা মনাই দ্রৌপদীনা তারগা—মাংলেদনা! ওসিদি মুনি দুর্ব্বাসাগী শাপনা ঐখোই পুম্বা তুম্না মাংবা তারেদনা। অসুম্না থরাই রাজরবী দ্রৌপদীনা জগৎকী ইবুংঙো শ্রী কৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা বিলাপ তৌখ্রে হা কৃষ্ণ! হে দিননাথ মনাই ঐখোইবু

অমুক্তদি কনবিযুগবা শাউগল্লবা মুনি দুর্বাসাগী শাপনা তুম্বা তারে। "ত্রাহি···ত্রাহি···"। অসুম্না মনাই দ্রৌপদীগী বিলাপপু তাবদা দিনবন্ধু শ্রীকৃষ্ণ অদো লেংবিরক্লনা তাকপিরকই—ঙসিদি ঐহাক ওন্থোক্লা লামখরেদা দেহসি। দ্রৌপদী করিনো অমত্তদি হান্নবা পিজখোগবা কৃষ্ণ ঐসে থাংবা ঙমদরেনে।

দ্রৌপদীনা হুনজে—হে প্রভু! ঙসিদি ননাইনা ইবুংঙোদা কংনবা (হাবা য়াবা) বস্তু অমত্তা লৈজদ্রে করম্না করিনা সেবা?

কৃষ্ণনা নিংশিংবিরকই—অদুদি দ্রৌপদী নহাক্কী, সূর্য্যদেবনা বরগা লোইননা পিবিরমখিবা "পাক পাত্র" দা অমুক্তদি য়েংউনে।

দ্রৌপদী—মতুংসু ননাই মঙানা প্রসাদ ফংদুনা মার্জ্জন তৌজখ্রে ননাইসু য়াঙজহৌই (ফংজহৌই) দিননাথ।

দিননাথ (কৃষ্ণ)—অদু ওইরবসু অমুক্তদি য়েংউ য়েংউনে দ্রৌপদী কৃষ্ণ ঐবু শিবা তারবরনে, লায়বা অসিদগী কল্লুনে অমুক্তা নহাক্না।

ভগবান কৃষ্ণগী মায়াবু কনানদি খংগনি, কৃষ্ণগী শ্রীমুর্ত্তি য়েংবদা ফিভম শোকপগী মওং মতৌ য়েংঙমদ্রবী দ্রৌপদীনা 'পাক পাত্র' দু য়েংলুবদদি শাক মনা অমখক লৈরম্মি মদু লৌজরগা কৃষ্ণগী শ্রীচরন্দা কংচৈ। শ্রীকৃষ্ণনা মদুবু লৌরগা শ্রীমুখদা হেক হুক্লনা য়োৎলি। "যস্মিন্ তুষ্টে জগৎ তুষ্ট প্রণিতে প্রীণিতং জগৎ ইতি শ্রুতি বচনং" শ্রীকৃষ্ণনা পেনবিরবদি জগৎ পুম্বা পেল্লি হায়বা বচন (ৱাহৈ) না জগৎ পুম্নমক পেনখ্রে থনখ্রে। অসিগী তুংদা কৃষ্ণনা তাকপিরকই— দ্রৌপদী নংনা ঙসি নপি তানা কপ্তনা লৈবগী মরম্না করি হায়য়ুনে?

দ্রৌপদীনা কৃষ্ণগী শ্রীচরনবু খুরুমজতুনা, তুর্ব্বাসা মুনিনা পঞ্চ পাণ্ডবকী মফমদা ব্রত পারণা ফংনবা লাকপগী মরম অাসনচিংবা, হঙ্গৎচখি। অস্তুম্না পাণ্ডব মঙাগী লোইনজারিবী দ্রৌপদীগী অরাবা মতৌ অমদি বিবরণ তারগা কৃষ্ণনা—হে দ্রৌপদী! অদুগী ওইরে অতৎ-অখম নাইদ্রবা পিরাংনা নিংথিজরবী মাইথেংবু খুমজিন্দুনা গদ্ গদ ওইনা কপ্লিবদি। হে সতি! পকচদে পি তৈথোকউনে, কাউরবরা? কৃষ্ণ ঐনা হায়খিবা—"পঞ্চ পাণ্ডব নখোইনা রারক্রবা মতমদা ঐবু হেক্তা কৌরকউ ঐ লৈরি"। দাদা যুধিষ্ঠির!! কনানো চৎলো থারো মুনি তুর্ব্বাসা কৌরুরো। হৌজিক্তি ঐ লাক্লেদনা ঐগী ইথৌনি। দ্রৌপদী অরা মৈচাক কোকলো নুংঙাইনা লৈরো।

মুনি তুর্ব্বাসাগী মনাই শিষ্য অয়ুত্কী অভিশাপনা পঞ্চ পাণ্ডব তুম্নগদরা খঞ্জরম্বী দ্রৌপদীতু পুক্নিং শান্তি ফংজরে। শ্রীকৃষ্ণগী বানি তাবদা ভীমনা গদা পায়তুনা থোরক্লগা কৃষ্ণদা হঙ্গৎলি—হে কৃষ্ণ! প্রভু! মুনি তুর্ব্বাসাতু ঐ কৌজরুরগে। পোকপদগী অরা-মৈচাক খংদ্রবা মনাই ভীম ঙসিদি করম্নো খন্দুনা কৃষ্ণনা য়েংতুনা লৈতৌই।

অশোমদদি তুর্ব্বাসা মুনিনা হায়—হে শিষ্যশা! ঐখোই পুম্বা হৌজিক্তি গর্ভ অসি পূর্ণ ওইরে, পুক থল্লে চাবা অমুক য়াখিগদ্রেনে? লাইরবা পাণ্ডব মঙানা ঐখোইগী চাননবা-থক্নবা হোৎনবদো করিম্বদা চারুদ্রবদি, ভীম লাক্লুনা মতু শিংউ হায়ররনি হায়নরিঙৈ তাঞ্জাসিদা পবনসুত ভীম লাক্লে। ভীমনা তুর্ব্বাসাদা হায়রকই—মহামুনি অশোমদা ঙাইনহৌরে লেংলসি। ভীমগী রা তাবদা তুর্ব্বাসা মুনি অমদি মহাকা লোইনবা পুম্নক লোইনা চেনখরে।

মতৌ অসুম্না দুর্ব্বাসা *শিষ্য অযুত্‌কা লোইননা চেনখিবা উবদা ভীমনা হল্লকুনা কৃষ্ণদা পাউ তম্মি—হে প্রভু! ভীম ঐবু উবমক্তদা মখোই থা-অরাং থংদনা চেননখরে। অচেনবা মীবু ঐগী গদা পিজবা হৌনদে হায়দুনা ঐহাক হল্লক্লবনি। "দ্রৌপদী শাক পত্র দানেন কৃষ্ণেন পাণ্ডবাঃ রক্ষিতাঃ"। অদুদি কৃষ্ণ ঐসু হনগ্রগেকো, অসুম্না পঞ্চ পাণ্ডব মচা মনাই দ্রৌপদী, মবুংগোদা ভক্তি কৎচৈ, ভগবান কৃষ্ণনা ময়ামদগী বিদাই লৌরগঃ দ্বারকাদা লেংখ্রে। ইতি।

পুষ্পং— গজেন্দ্রঃ শ্রীকৃষ্ণং প্রাপ্তবান্।

পদ্ম পুষ্প সমর্পণেন শ্রীকৃষ্ণেণ রক্ষিতঃ॥ (ভাঃ ৮।১।৩১)

ইত্থং—গজেন্দ্রঃ স যদাহপ সংকটঃ-প্রাণস্য দেহী বিবশো যদৃচ্ছয়া। অপারয়ন্ নাত্ম বিমোক্ষণে চিরং-দধ্যাবিমাং বুদ্ধি মথাভ্য পদ্যত॥

গজেন্দ্র উবাচ।

ওঁ নমো ভগবতে তস্মৈ যত এতৎ চিদাত্মকম্।

পুরুষাদি বীজায় পরেশায়া-ভিধীমহি॥ ৩—২॥

শ্রীশুক উবাচ।

সোহন্তঃ সরস্যুরু বলেন গৃহীত আর্ত্তো,

দৃষ্ট্বা গরুত্মতি হরিং খ উপাত্ত চক্রম্।

উৎক্ষিপ্য সাম্বুজ-করং গির মাহ কৃৎশ্রান্,

নারায়না খিল গুরো ভগবন্ নমস্তে॥

শ্রীকৃষ্ণদা পুষ্প থম্বাল অমতং কৎচবদা অর-নৈচাক কোক-লিতুনা শ্রীকৃষ্ণ ফংজবা. মমাংগী মপোক্তা ইন্দ্রদ্যুম্ন নিংথৌ ভগবৎ

---

*শিষ্য অযুত্=শিষ্য লিশিং তরা (১০,০০০)

ভক্ত ওইনা পোকচত্থনা পুন্নমক কখোক্লনা শ্রীভগবানগী মনাই ভক্ত ওইনা ফংদবদি অগস্ত্য মুনিগী শাপ্পা মরক খনখিবদগী শামু নিংথৌ ওইনা পোকখ্রে। "হে ইন্দ্রদ্যুম্ন! নগুণদি জগৎ শিন থুংলে লিচৎতি শাগী লিচৎ চৎলি মরম অসিনা ঐবু ইকাইবা পিবনা নং শা ওল্লো" হায়না শাপ পিবদগী শামু নিংথৌ ওইনা পোকখিবা, ইন্দ্রদ্যুম্ন ভক্ত ওইনা পোক্লিউদদি, ভগবান কৃষ্ণ ফংদ্রগা শাগী মপোক ফংলবদদি শ্রীকৃষ্ণ ফংজরকখি। শ্রীশুকদেব মুনিনা পরম বৈষ্ণব পরীক্ষীৎ নিংথৌদা বর্ণন তৌরি।

জন্মান্তরদা হুহু রাজা হায়না গন্ধর্ব্বশিংগী অধিপতি নিংথৌ ওইরম্বা মহাকপু দেবল মুনি লাকপদা রাজ সিংহাসন্দা মহারাণীগা লোইননা ফম্মিন্নরগা ফাগী করেম্নবা, থকচি-খাছি ঙাক্তবা ওইনা উৎশিত্তবা লিচৎ উৎখিবা, মনাক নকশিল্লক্লবা মুনিবু উশিন্নদবদগী মরম্না, "হুহু রাজ নংনা ঐবু ইকাইবা ফংহনবা লিচৎনা শা ওল্লো" হায়না শাপ তৌরম্লগা মায় ওনখ্রিবা মুনি দেবলবু তাম্নত্থনা, "ঐ লাল্লে ঙাকপিয়ু" অস্থুম্না হন্না হন্না হায়জরবদা, "ঐগী শাপ্তি লেম্না থক মাংবা য়াররোই অত্তুবু নহাক্না হায়জরবনিনা কনাগুম্বা ভক্ত অমা থেংনবদগী শাপ কোকচো"। অস্থুম্না হায়রম্লগা মুনি হনখি।

হুহু রাজা গুন্তীর ওইনা ত্রিকুটাদ্রি কৌবা সনাগী, লুপাগী, য়োংকী ওইবা অত্থম লোংবা রাংথ্রবা চীংদগী চেন্থরকপনা লোক-থেল কয়ানা নিংথিথ্রবা, সিদ্ধ চারণ গন্ধর্ব্ব কয়াগী শান্নফম ওইবা অসিগুম্বা মকম (লোক) অসিদা গুন্তীর ওইনা পোক্লনা, করম্বা নতমদা পরম ভক্ত মহাক ফংজগবা হায়না নিংত্থনা লৈখি।

নোংমগী নুমিত্তদি গজেন্দ্র শামুগী মফমদা ফংঙমদ্রবা অঙ্গ গন্ধ হুম্লহুনা ফংহনবিরকপদগী, শামু কয়া কয়া লাকুনা ইংনা হুংঙাইনা মফম অসিদা শান্নরে। গজেন্দ্রনা হায়রকই—"ঐখোই হল্লসি"। অসুম্না শামু ময়াম হুন্নথ্রবদা, মতম কয়াদগী ঙাইজরক্লবা গুন্তীর (হুহু রাজা) না গজেন্দ্র (গজরাজ) গা থেংনররে। গজেন্দ্র, গুন্তীর চহি লিশিং কয়া জয় পরাজয় থেংনরকখি। লাইবক থিবদি শামূগী মখোংদা গুন্তীরনা চিকুনা "রক্ত ত্বগ্" নচিংবা থকুনা চাহুনা মতম কুইনা লান্থেংনরকপদা। গুন্তীরদি মপাঙ্গল ময়েং তাখিদে, (শামু) গজেন্দ্রদি পাঙ্গল শক্তি অসুম অসুম্না হুন্থরকখি, মহাক্না খল্লি...... নোংম নোংমগী ময়েং তারকপনা "স ইত্থং—গজেন্দ্রঃ যদাহপ সংকটঃ প্রাণস্য দেহী বিবশো যদৃচ্ছয়া" অহুনদি ঐ শিবা তারেদনা, ইশাবু ইশানা কনবা ঙল্লরোই অসুম্না রাখল তৌরক্লে। শিবা তারবদি ভগবান মহাকপু (নিংজরগা) শোঞ্জরগা প্রান থারগে খল্লকখ্রে। শামু (গজরাজ)—"যাবৎ মৃত্যু পর্য্যন্তং তাবৎ" নহানমুক্কী মপোক্তা তাঞ্জরকখিবা ভগবৎ ভক্তি ঙসিদি মহৈ য়ানদোরে। গজরাজনা অমুক খল্লি......শ্রীভগবানগী মফমদা চংজবা হায়বসিদি করিগুম্বা কৎপা য়াবা বস্তু অমা (খরা) লোইনহুনা চৎকদবনি অহুবু ঐগীদি করি উপায়দ লৈরি? মফম অসিদা ফজথ্রবা থম্বাল অমা শাৎপা গজরাজনা উরে মহু হেক্লগা হেক্তা কৎলগে হায়না খল্লক্লে।

---

মন্তব্যঃ—অকনবা অনিনা চহি লিশিং লান্থেংনরিবা মফমদা নিংথিজরবা ফজখরবা থম্বাল শাৎপা ওইথোক্তবা নত্তে মরমদি··· ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা মনাই গজরাজগী মফমদা পিনবিবনি।

শাৎলিবা থম্বাল অহুবু গজরাজনা মনাতোন্না লামহুনা েকচরগা রাংনা থাঙ্গত্তুনা কচ্চরি হে মহারাজ ! "ওঁ নমো ভগবতে তস্মৈ যত এতৎ চিদাত্মকম্" হে ভগবন্ ! ইবুংঙোদি জগৎকী মূল কারণনি জীব পুম্নমক্কী হৃদিদা পুরুষগী মশক ওইবিতুনা ভাস্থোইবিরিবনি। জগৎ জীব পুম্নমক্কী প্রভুনি ইবুংঙোদগী ওইরক্লিবা সংসারনি ননাইগী প্রান থাদ্রিবা ফাওবদদি চেতনা মাঙ্হনবিদনা নাম শোঙ্গবা অমদি কচ্চরিবা থম্বালবু শ্রীচরন্দা য়োহনবিবা (থম্বিবা) ফংঙমদ্রবা শ্রীরূপ অহুবু অমুক্তদি দর্শন ফংহনবিয়ু ইবুংঙো। হে দিননাথ ! ননাইদি ভক্তি প্রেম করিমত্তা খংজবা নচ্চদ্রে চংজরি শ্রীচরন্দা থুরুমজরি।

হে মহারাজ পরীক্ষিৎ ! মনাই গজরাজনা স্তুতি প্রার্থনা কয়া কচ্চরক্লবদা অন্তর্য্যামি জীবগী মপু উদা-খংদা লৈত্রবা শ্রীভগবান্না গড়ুর বাহম ওইতুনা লেংবিরক্লে। মনাই গজরাজনা কচ্চরিবা থম্বাল লৌবিখরে ফংঙমদ্রবা শ্রীরূপ দর্শন ফংহনবিখরে।

অসুম্না গজেন্দ্রনা শ্রীভগবানগা সঙ্গ ওইজবা ফংবদা, গুম্ভীরবু ঈশিংদগী কংফান য়োনা (আকর্ষণ) চিংখৎলক্লগা দেবতা পুম্নমক্কী সম্মুখ (মমাং) দা চক্রনা মঙক কক্তুনা ভগবানগী শ্রীচরণ ফংহনখি। মনাই গজেন্দ্র মুক্ত ওইতুনা অরাবদগী কনবিখি।

অসেগুম্বা গজেন্দ্র মোক্ষ লীলাবু উরিবা লাই শিংবিক্না পুষ্প-বৃষ্টি কচ্চখি। "ক্ষীরোদং মে প্রিয়ং ধাম শ্বেত দ্বীপং চ ভাস্বরং" যাবৎ। মুনিং-থানা লৈরিবখৈ লেংদ্রবা ওইহৌরমনু তাকপিরম্নগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পাঞ্চজন্য শঙ্খ খোংলহুনা পুম্নমকপু পেলহল্লম্নগা গড়ুর বাহন ওইতুনা লেংবিখি। ইতি—

ফলং—(উহৈ কচ্চবনা) "শবরী বৈষ্ণবী বদরী ফল দানেন শ্রীরামেণ তোষিতঃ" ॥ দশরথকী মচা রামচন্দ্রনা সীতা অমদি মনাও লক্ষ্মণগা লোইননা পিতৃ অজ্ঞা পুহুনা চহি ১৪ (তরামরি) বনবাস লাকপদা মনাই বৈষ্ণবী শবরীগী বদরী বন্দা লেং,বিরক্কনি তাজবদা নিংথিনা মপুং ফানা মুল্লবা বোরোই কয়া-মরুম হেক্লগা, খ্বাইদগী ফজবা খ্বাইদগী হাংবা ওাক্তা কৎকনি হায়দুনা, বৈষ্ণবী শবরীনা হান্না মহাও তং-তংদুনা য়েংলগা, লেনহৌবা (চাখিবগী মখাকশিং) অদু শ্রীরামচন্দ্রগী মফমদা কচ্চরকখি- "হে প্রভু! হে রামচন্দ্র! মনাই ঐনা মহাও তংদুনা য়েংলবা বোরেইনি ইবুঙোনা হাবিয়্" । অসুম্না মহাও তংপ্রবা বোরোইশিং অদু ভক্ত বৎসল শ্রীরামচন্দ্রনা থরাই ঙান, পেন্না হাবা (চাবা) উরগা, মনাও লক্ষ্মণনা হঙোইখি ।

শবরী বৈষ্ণবী অন্তর রসদি—যৎ সারভূতং তদুপাসনীয়ং ।

হংসৈর্যথা ক্ষীরমিবাম্বু মধ্যাৎ ॥

কাংঙানা ঈশিং য়াল্লবা শঙোনবু মচিন্না ঈশিং খন্তোক্তুনা শঙোম অদুবু থকই, অদ্বদ শবরীনা প্রভুগী চরন্দ রস বদরীবু হাবিখিবনি ।

তোয়ং - পৃথুরাজা অঞ্জলি অর্পণেন ভগবৎ প্রাপ্তবান্ ।

ত্বমেব মাতা চ পিতা ত্বমেব ত্বমেব বন্ধু চ সখা ত্বমেব ।

ত্বমেব বিদ্যা দ্রবিণং ত্বমেব ত্বমেব সর্বং মম দেব দেব ॥

বেনরাজগী মৃত্যুদেহ লোইদুনা বিলাপ তৌবদগী নিশক-পিক্না চোংথোরকপদগী পৃথুরাজ নিংথোনপ্রবদা অভিষেক তৌদুনা নিংথো হাপখরে ! * মপাবুং বেনরাজগী সংস্কার তৌদুনা কর্ম্ম লোইপ্রবদা,

ইত্যুক্তোঽপি দ্বিজঃ তস্মৈ ব্রীড়িতঃ পতয়ে শ্রিয়ঃ।
পৃথুকপ্রসৃতিং রাজন্! ন প্রায়চ্ছ দবাঙ্মুখঃ॥ ৫

মণিপুরী অন্বয়ঃ—হে রাজন্! =হে পরীক্ষিৎ মহারাজ! দ্বিজঃ=সখা শ্রীদাম ভক্তনা, ইতি উক্তঃ অপি=অসুম্না হায়রবদসু, তস্মৈ শ্রিয়ঃ পতয়ে=লক্ষ্মি পতি ভগবানগীদমক্তা, পৃথুকপ্রসৃতিং =মুষ্টি ৪ গী পরিমান ওইবা চেংপাক অদু, ন প্রায়চ্ছৎ=কংখিদরে ব্রাহ্মণনা, ব্রীড়িতঃ=ইকাইবদগী, অবাঙ্মুখঃ=মাই লুকথদুনা লৈখরে। ৫

---

হে মহারাজ! ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মতৌ অসুম্না তাকপিরবা ফাওবদা শ্রীদাম ব্রাহ্মণ অদুনা শ্রীপতি শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা সামান্য চেংপাক মুট ৪ (মরি) অদু (হে ভগবান! লাইববা ননাইনা ভৈঙ্ক বস্তু চেংপাক মুট ৪ অসিদং পুজরকপা) পুথোক্লুনা পিবা ঙমখিদরে মরমদি ইকাইবদগী। শ্রীদাম ব্রাহ্মণগী মমাই অসুম লুকথদুনা মনাই ভক্ত শ্রীদামদো তুমিন্না লৈখরে। ৫

* মচা পৃথুর জনা খঙ্গে ···শ্রীভগবানগী সেবাদা তম্ভুনা কৎপা য়াবা পোৎ (বস্তু) অসি করি লৈবগে? অসুম্না খল্লকপদা পুম্মনক খাতু নাইনা কংই অমসুং ফংদে অদুবু জল (ঈশিং) দি ফংদবা লৈতে খল্লুবদগী নীতি সেবাদা ঈশিং খুজোক ৩ (অহুম) দং তম্ভুনা অর্পণ কচ্চবদগী কংঙমদ্রবা ভগবানগী শ্রীচরণ ফংজখি। ইতি—

সর্ব্ব ভূতাত্মদৃক্ সাক্ষাৎ তস্যাগমন কারণম্।
বিজ্ঞায়া চিন্তয়ন্নায়ং শ্রীকামো মা ভজৎ পুরা ॥ ৬
পত্ন্যাঃ পতিব্রতায়াস্তু সখা প্রিয়-চিকীর্ষয়া।
প্রাপ্তো মামস্য দাস্যামি সম্পদোঽ-মর্ত্ত্যদুর্লভাঃ ॥ ৭

মণিপুরী অন্বয়ঃ—(মতম অসিদা) সাক্ষাৎ সর্ব্ব ভূতাত্মদৃক্= তশেংনা প্রাণী পুম্নমক্কী অন্ত করণগী শাক্ষী ওইরিবা সাক্ষাৎ ওইনা উরিবা শ্রীকৃষ্ণসিনা, তস্য=শ্রীদাম ব্রাহ্মণগী, আগমন কারণং বিজ্ঞায়=লাকপগী মরম খংলদুনা, অচিন্তয়ৎ=খনখিএ, এবং= অসিগুম্বা ব্রাহ্মণসি, পুরা=পূর্ব্ব জন্মদা হায়বদি মমাংগী মপোক্তা, শ্রীকাম=লক্ষ্মী (লন) বু আকাংখ্যা তৌখি, মা=ঐবুদি, নাভজৎ =নিংখিদে, সখাতু=মরুপতি ওই, (মসি ঐগী মরুপনি সখানি), পতিব্রতায়াঃ পত্ন্যাঃ=পতি ব্রতা ওইবী পত্নীগী, প্রিয় চিকীর্ষয়াঃ= অপাম্বগী সাধনা অতুনা মরম ওইদুনা, মাং প্রাপ্তাঃ=ঐহাক অসিবু ফংলিবনি মরুপ অসিগী পত্নী অসিনসু, পতি সেবার্থং=পতি সেবা- গীদমক, ধনং বাঞ্ছতি=লন পাম্মি, নান্যথা অতঃ=অসি নত্তবা অতোপ্পা অমনা, অস্য=অসিগুম্বা ব্রাহ্মণ সিগীদমক, অমর্ত্ত্যদুর্লভাঃ =লাই (ঈশ্বর) মরুস্মু ফংলরোইদবা, সম্পদঃ=ঐশ্বর্য্য মতিক মগুণ কয়াদি, দাস্যামি=কৃষ্ণ ঐনা পিরগনি। ৬—৭

---

মতম অসিদা অয়াম্বা জীবশিংগী অন্ত করণগী শাক্ষী ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণনা, ব্রাহ্মণা লাকপগী মরম খংলদুনা খনখি······ব্রাহ্মণসিনা মমাংগী মপোক্তা লক্ষ্মী (লন) পাম্বনা ঐবুদি নিংখিদে নিষ্কাম ভাবতা ভজন তৌই। তৌইগুম্বসুং ঐগীদি মরুপনি, পতিব্রতা ওইবী

ইত্থং বিচিন্ত্য বসনা চ্চীর-বদ্ধান্ দ্বিজন্মনঃ।
স্বয়ং জহার কিমিদমিতি পৃথুক তণ্ডুলান্॥ ৮
নন্বে তদুপনীতং মে পরম প্রীণনং সখে।
তর্পয়ন্ত্যঙ্গ মাং বিশ্বমেতে পৃথুক তণ্ডুলাঃ॥ ৯

মণিপুরী অন্বয়ঃ—(হে মহারাজ পরীক্ষিৎ!) ইত্থং=মতৌ অসুম্না, বিচিন্ত্য=ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা খল্লগা. ইদং কিং ইতি=অসি করিনো অসুম্না হায়রগা, স্বয়ং দ্বিজন্মনঃ=ব্রাহ্মণগী, বসনাৎ= (ফিদা পুল্লিবা) হায়বদি মল্লবা ফিজিদা পুল্লিবা, পৃথুক-তণ্ডুলান্= চেংপাক মুষ্টি মরি অদুবু, জহার=নমদুনা লৌরগা মুট ১ হাখরে। ততঃ=অসিগী মতুংদা, সঃ=কৃষ্ণনা, আহ=হায়খরে, সখে=মরুপ, ননু (ত্বয়া)=নহাক্না, মে=(কৃষ্ণ) ঐগী, পরম প্রীণনম্=থোইদোক্না পেননবা, এতৎ=অসিগুম্বা উপহারদ্রব্য অসে, উপনীতম্=পুরক্লি- বনি, অঙ্গ!=হে মরুপ, এতে পৃথুক-তণ্ডুলা=অসিগুম্বা চেংপাক অসিনা, বিশ্বং=জগৎ অসিগী মশক ওইরিবা, মাং=ঐহাক অসিবু তর্পয়ন্তি=পেলহল্লি এ ব্রাহ্মণ শ্রীদাম অসিনা। ৮—৯

---

পত্নীগী সাধনা না মরম ওইদুনা ঐগী ইমাক্তা লাকখি। মরুপসিগী পত্নী অসিনসু পতি সেবানা মরম ওইদুনা ঐশ্বর্য্য মতিক মগুণ অসি পাম্মি। মরম অসিদগী মসি লাইমক্রসু ফংলমলরোইদ্রবা অসিগুম্ব ঐশ্বর্য্য অসি মঙোন্দা পিথেক্লগে। ৬—৭

হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মতৌ অসুম্না খল্লগা মসি করিনো? হায়রা-হায়রদুনা স্বয়ং মশামক্না ব্রাহ্মণগী ফিজিন্নুংদা লৈরিবা (মল্লবা শেগাইরবা মোৎলবা ফিনা য়োম্লিবা)

চারি মুষ্টি চিড়া চেংপাক শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীহস্তমক্তা লৌতুনা মুন্দুনা মুট ১ হাখরে। তশেংনা ব্রাহ্মণ শ্রীদামনদি মতু ইকাইতুনা পুথোকপা ওমদবনি অদুবু ভগবান্নদি খংলি। অসিগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা তাক-পিরকই—হে মরূপ ! নহাক্তা এগী থোইদোক্তা অপাম্বা উপহারদ্রব্য পুরকই মসিদা এনা করি অসুক হায়নিংঙাই লৈরিবগেনে মরুপ ? অসিগুম্বা চেংপাক অসিনা জগৎকী আত্মা এবু পেলহনবা অসিমক্তা বিশ্ব সংসার পুম্নমক পেনবা ওইরসনু। ৮—৯

---

মন্তব্যঃ—শ্লোক ১—৯ ফাওবগী অশুপ্পা কাহিনী—

মথক্কী অধ্যায়দা শ্রীকৃষ্ণ সখা শ্রীদাম ব্রাহ্মণগী লোইনবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী সাক্ষাৎনা প্রনয় সম্ভাষণ তৌই ইকাই-খুম্নবা অমস্তুং মখোই অনিনা মফম অমত্তদা (গুরু গৃহদা) লৈমিন্নখিবা অমস্তুং মতম অতুদা তৌখিবা থোকখিবা ঘটনাশিং নিংশিংনখি। ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা হায়দ্রবস্তু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনদি পুম্নমক খংগ্রবনি। শ্রীদাম অস্তুক শাংগ্রবা মতমগী মতুংদা করি উদ্দেশ্য মহাক্কী মফমদা চৎখিবা। মহাক (শ্রীকৃষ্ণ) না মসিমক খংখবে···মহাক্কী ভক্ত সখা লাইরবা শ্রীদাম থোইদোক্তা পেল্লতুনা সখ্য ভাবতা কৃষ্ণ (মহাক্কী) পিনবগীদমক ইচং-চম্বা চার মুষ্টি চিড়া চেংপাক মুমদগী উপহারনি হায়না পুজরকখি। পোইগুম্বসুং সাক্ষাৎ শ্রীপতিসে ঐশ্বর্য্য পুম্নমক্তা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অসিগুম্বা সামান্য ওইবা লাইরবা ব্রাহ্মন্না, চার মুষ্টি চিড়া (চেংপাক) অসি খুদোন-পোৎনি হায়না পিগদবদা ইকাই-খরে, শ্রীদামনা অসবু কৃষ্ণদা হায়বসু হায়খিদে উৎপসু উৎখিদে।

তৌইগুম্বসুং ভগবান কৃষ্ণনা ব্রাহ্মণগী হিতকারীনি পরম আশ্রয়নি মহাক অসি ভক্তশিংগী অরাবা কোকপিবা শ্রীহরিনি। মসিমক শ্রীহরিনা শ্রীদামগা লোইননা ৱারি শান্নবদনা প্রেম পূর্ণ ওইবা মিৎয়েংদা মহাক্কী জীর্ণ বস্ত্রতুনা পুল্লিবা মহাক্কী কক্ষদা লোৎলিবা চিড়াগী ময়োম অদু ইকাইতুনা থাদোক্তে ভগবান্নদি উই। শ্রীদাম মরুপ হে সখে! নহাক্না লাকপদগী হৌজিক ফাওবদা কক্ষদা নাকন্দা লোতুনা থম্লিবা অদু পুথোরক্লো। মরমদি নহাক্কী সামান্য বস্তু অদু ঐগী ইফমদদি পরম পবিত্রনি। ঐগী ভক্ত ওইদবা মীনা পিবদি লৌদে, নংদি ভক্তিগা লোইননা অচম্বা পোৎ পত্র, পুষ্প, ফল যাহা কিছু পিবা ভক্ত ওইবনা শেংনা ঐনা লৌরগে চারগেকো। মতৌ অসুম তৌনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীদামগী মফমদা খনখি।

শ্রীকৃষ্ণগী অসিগুম্বা সখা শ্রীদামনদি চারি মুষ্টি চিড়া অদু কচ্চবা ঙমজখিদ্রে ৱা অমা ফাওবা ঙাংদনা তুমিন্না মরু লুকখতুনা লৈখি। শ্রীদামনা লাকপগী মরম খংলতুনা শ্রীভগবান্না ৱাখল তৌবিরকখি। ঐগীদি পরম ভক্তনি পূর্ব্ব জন্মদা ঐশ্বর্য্য সম্পত্তি পায়না কৃষ্ণ ঐবু নিষ্কাম ভাবতা নিংখি; মসিমক্না মহাক্কী জন্মসিদা লন পিদবনি। মরমদি লনগী মতিক মগুন্না শুক্কৎখিতুনা ঐবু কাউথোক্কনি অমদি ঐগী ভক্ত শ্রীদাম ধন সম্পংকী মরমদা করিস্সু মিহৌবা লৈতে, ঐতবু মহাক্না পাম্মি। মহাক্না লাকপগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যদি ঐবু উজনিংবা অসিতনি। মহাক্কী পতিব্রতা ওইবী পত্নীনা শ্রীদামবু মফম অসিদা থারক্লিবনি। লাইরবনা মরম ওইতুনা শ্রীদামনসু পতিব্রতা ওইবী পত্নীবু মতিক চানা য়োকপি-থাকপি ঙমদ্রবনি।

পঙ্খীগী অৱাবা খন্দূনা সখা শ্রীদামনা মফম অসিদা লাক্লিবনি। অদুবু কৃষ্ণ ঐগী ইফমদগী মহাক করিস্থু পামদে, লম-থুমগী ৱাস্থু করিমত্তা হায়দে. ঐবু উনবা অসিনা মহাক্কী মপুং ফাবা লুংঙাইবনি, সখা শ্রীদামনা করিস্থু হায়দ্রবস্থু মহাক্কী দারিদ্রগী অৱাবসিদি ঐনা কোকহল্লগে। অস্থুম্না খন্দুমা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা, জীব কনানা ফংঙমদ্রবা তাংলবা ঐশ্বর্য্য অসি দান তৌরগে হায়না খনখরে।

ভক্তগী অৱাবা কোকপিবা ব্রাহ্মণশিংগী ফননবত্তা তৌরিবা তামস্থুং সজ্জনশিংগী চান্নবা ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণনা অস্থুম্না ইখঙ-খঙহৌদনা "ইহাকি? এঃ মসিদি করিনো?" অস্থুম্না হায়রদুনা স্বয়ং ব্রাহ্মণগী নাকন্দা ফিনা চেৎনা য়োমদুনা পুল্লিবা চারি মুষ্টি চিডা চেংপাক, শ্রীদামনদি পুথোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণদা কচ্চবা ঙমদ্রবা অদু শ্রীভগবান্না মুন্দুনা হায়রকখি —হে প্রান সখা শ্রীদাম! নহাক অসে ঐগী নিষ্কাম ভক্তনি। নিষ্কাম ভক্ত মখল অনি থোকই. অমনা মখোইগী বিষয় ভোক্তা থোইদোক্ত বৈরাজ্ঞ ওই অমস্থুং য়েক্করিবা মখোইগী করিগুম্বা মপুং অমনা বিষয় ভোগ তৌদবা মখোইগী ঐ হায়বা বিষয় অসিনা দান অমা ফাওবা তৌদবা কনাগী মতৌগুম "ভরত" কী মতৌগুম্না। অনিশুবা মপুংনা মখোইগী বিষয়গী মফমদা থোইদোক্লা বৈরাজ্ঞ নত্রগা য়েক্কবা লৈতবা, অমুক হন্না বিষয় শক্তা পাম্বুবা লৈতবা মখোই পুম্নমক্না ঐ হায়বা বিষয় অসি লৈবা কনাগী মতৌগুম "প্রহ্লাদ" গী মতৌগুম্না। হে মরুপ শ্রীদাম! কৃষ্ণ ঐনা পেল্লবনিনা জগৎ অসিগী আত্মা লোইনা পেল্লগদবানি সখা মসিমরু। বিশ্ব সংসার পুম্নমক পেনবা ওইরসন্থু। ১—৯

ইতি মুষ্টিং সকৃৎ জগ্ধ্বা দ্বিতীয়াং জগ্ধু মাদদে।
তাবৎ শ্রীর্জ্জগৃহে হস্তং তৎপরা পরমেষ্ঠিনঃ ॥ ১০
এতাবতালং বিশ্বাত্মন্! সর্ব্ব সম্পৎ সমৃদ্ধয়ে।
অস্মিম্ লোকেঽথবামুস্মিন্ পুংসস্তত্তোষকারণম্ ॥ ১১

মণিপুরী অন্বয়ঃ—(হে মহারাজ পরীক্ষিৎ!) ইতি=অসুম্না হায়রগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা, সকৃৎ=অমুক্তং, মুষ্টিং জগ্ধ্বা=চেংপাক অদু মুষ্টি অমা লোৎহুনা হারগা, দ্বিতীয়াং=অনিশুবা মুষ্টি অমা, জগ্ধুং=হাগে হায়বগীদমক, আদদে=লৌখৎখরে, তাবাৎ=মতম আসিদা, তৎপরা=পরায়ন লক্ষ্মীগী মশক ওইবী শ্রীরুক্মিণী ইবেম্মনা, পরমেষ্ঠিনঃ=পরম লোক্তা লৈরিবা, শ্রীকৃষ্ণস্য=শ্রীকৃষ্ণগী, হস্তং=শ্রীহস্তবু, জগৃহে=ফাখরে, হে বিশ্বাত্মন্!=হে সর্ব্বাত্মম্!, পুংসঃ=পুরুষগী, অস্মিন্ লোকে=অসুম্বা ইহলোক অসিদা, অথবা অমুস্মিন্=পরলোক্তা, সর্ব্ব সম্পদং সমৃদ্ধয়ে=লোক পুন্নমক্কী ঐশ্বর্য্য অসি চাওখৎনবগীদমক, এতাবতা=অদুক ওইবা মুষ্টি অমা হাবিখিবা অদুনা, অলং=পুন্নমক শিন-থুংলবনি, ত্বত্তোষকারণং চ=ওইরক্কদবা কয়াগীসু, তব=নহাক্কী পেননবগী মরম চেংপাক মুষ্টি অমা হাবনা জগৎ পেনবা ওইরগনি, মরম অসিদগী লেমহৌরিবা চেংপাক অসে ননাই ঐঙোন্দা পিনবিরো। ১০—১১

---

হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না খংহল্লম্নগা অদুদগী এক মুষ্টি চিড়া অদু হাগে (চাগে) হায়দুনা অনিশুবা মুষ্টি অমা লৌখৎখরে, মতম অদুদা কৃষ্ণ ভক্তি পরায়ন ওইবী লক্ষ্মীগী স্বরূপ ওইবী রুক্মিণী দেবীনা পরম লোকবাসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী

ব্রাহ্মণ স্তান্তু রজনী মুষিত্বা চ্যুতমন্দিরে।
ভুক্ত্বা পীত্বা সুখং মেনে আত্মানং স্বর্গতং যথা ॥ ১২
শ্বোভূতে বিশ্বভাবেন স্বসুখেনা ভিবন্দিতঃ।
জগাম স্বালয়ং তাত পথ্যনুব্রজ্য নন্দিতঃ ॥ ১৩

মণিপুরী অন্বয়ঃ—হে রাজন! ব্রাহ্মণঃ তু=মতুংদা ব্রাহ্মণ অতুনা, অচ্যুত মন্দিরে=শ্রীকৃষ্ণগী মন্দির অতুদা, ভুক্ত্বা পীত্বা= চাক্লিন-থকক্লিন্নবদা, তাং রজনীং সুখং উষিত্বা=অহিং অদু নুংঙাইনা লৈরগা, আত্মানং স্বর্গতং=মশামক (শ্রীদাম) স্বর্গ বাসীনি হায়না, মেনে=খনখরে। তাত!=হে মহারাজ পরীক্ষিৎ!, শ্বোভূতে= নোংঙাল্লগা নুমিৎ থোরক্লগা, সঃ দ্বিজঃ=ব্রাহ্মন্না, বিশ্বভাবেন= জগৎ অসিবু পুথোকপিরিবা, স্বসুখেন=শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মহাক্না, পথিঅনুব্রজ্য=চৎলিবা লম্বী অসিগী মতুং ইন্না, অভিনন্দিতঃ= বিনয় রাহৈগা লোইনবা নুংঙাইনা খলহল্লতুনা, নন্দিতঃ সন= পুক্নিং নুংঙাইনা, স্বালয়ং=য়ুমদা, জগাম=চৎখরে। ১২—১৩

---

শ্রীহস্তবু ফাতুনা হায়জরকই—হে সর্ব্বাত্মন্! লোক অসিদা অমদি পরলোক্তা মখল কয়াগী ঐশ্বর্য্য চাওখৎনবগীদমক এক মুষ্টি চেংপাক অসিনা জগৎ পুম্নমক পেল্লবনি। মসি কৃষ্ণপ্রীতি পেননবগী মরমনি ভক্তগী ভাগবত ভাবকী মশক ওইনা সেবাগী সিদ্ধ ওইরে। অমুক হন্না হাবগী (চাবগী) প্রয়োজন লৈতরে, মরম অসিদগী লেমহৌরিবা চেংপাক অসে মনাই ঐঙোন্দা পিনাবরে। ১০—১১

হে রাজন! অসিগী মতুং ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মন্দিরদা চাতুনা-থকুনা অহিং অদু লৈবদা স্বর্গদা লৈগুম্বনি হায়না

ব্রাহ্মণা খনজখরে। হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! মথংগী মুমিৎ নোং-ঙাল্লগা ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা কৃষ্ণগী শ্রীচরনদা ভক্তি কচ্চহুনা হায়জরকই —প্রাননাথ ননাই হঞ্জরগে। অস্তুম্না শ্রীদামনা খুরুমজে, ভগবান শ্রীকৃষ্ণস্তু ব্রাহ্মণমু থিমদোরকই কভক লম্বী য়েরকপদা শ্রীদামনা বন্দনা তৌজরকই—হে প্রভু! লেঙশিনবিহৌরো লম্বদম তামলক্রে ননাইস্তু ইবুংঙোগী নাম লোন্দুনা অস্তুম য়োজখরগে। মতৌ অস্তুম তৌনা মপু মনাই বিদাই লৌমথি। ১২—১৩

---

মন্তব্যঃ—শ্লোক ১০—১৩ ফাওবগী অশুপ্পা কাহিনী—

অথোইবা ভক্ত বৎসল ব্রাহ্মণগী ফননবা তৌবিবা অমস্তুং সজ্জনশিংগী চংজকম ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ভক্ত সখা শ্রীদামগী বস্ত্র খণ্ডদা য়োমলিবা অদু লৌরগা, পরমাদরদা পেনবিহুনা মহাক্কী মরুপ্পা পুরকপা মরুপ মুংশিবগী "কংলবা কংলবা চিড়া (চেংপাক)" এক মুষ্টি (মুষ্টি অমা) লৌরগা শ্রীমুখদা হাখরে। অদুগী তুংদা অমুক অনিশুবা মুষ্টি হাননবা থৌরাংলকপদা রুক্মিণীনা চেনশিল-লকুনা শ্রীকৃষ্ণগী হস্ত পায়হুনা খায়গা অস্তুম্না হঙ্গৎচরকই—হে বিশ্বাত্মন্! ইবুংঙো অমুক হন্না চিডা অসি হাবিরগনু. মুষ্টি অমা হাবিখিবসিনা মরম ওইহুনা হরাওবা ভক্ত শ্রীদাম ব্রাহ্মণগী মখল কয়াগী সম্পত্তি মতিক মগুণ ফংবা ওইরগনি। হে প্রভু স্বামিন! ঐ অসে ইবুংঙোগী ননাইনি, পেনবিবা অমস্তুং প্রসন্নতা অহুমক্তনা ব্রাহ্মণগী সম্পত্তি পুম্নমক্কা চাওখৎপদা এক মুষ্টি চিডা ভক্ষণ অসিনা অরাৎপা লৈংবা ওইরসনু।

অসিগী তুংদা অনিশুবা মুষ্টি ভক্ষন তৌরবদি ঐগী অমদি ব্রাহ্মণগী মশা পেনবা হায়বহু ওইররোই। হায়বদি লমন শিংবা ওস্বা ওইখিগদরা ? অমুক মথা তাবিদবা পামজৈ।

"অতঃ পরং দ্বিতীয় মুষ্টি ভক্ষণেন মামেতদধীনং কুরু"
(মসি শ্রীধর স্বামীনা হায়বনি)

শ্রীভগবান্না এক মুষ্টি (মুষ্টি অমা) হাখিবা মসিগী প্রভাবত্তি শ্রীকৃষ্ণগী থোজান্না অসিগুম্বা ব্রাহ্মণগী ইহলোক অমস্যুং পরকাল পুন্নমক্তা লাই মক্না ফংঙনব্রবা সম্পত্তি ঐশ্বর্য্য শোইদনা ফংলগনি।

পতিনা প্রাণ ওইজবী শ্রীলক্ষ্মী স্বরূপিণী রুক্মিণী দেবীগী মনোভাবত্তি অসিনি—মরুপ্না "কংলবা কংলবা চিড়া (চেংপাক) হাবদগী থোইদোক্ক প্রভুগী ফত্তবা ওইগনি পুক্কং নারক্কনি" হায়না স্বামীগী মফমদা থোইনা প্রেম লৈরবী রুক্মিণী দেবীনা অস্মুন্নস্থ খনজখি। মরম অসিদগী রুক্মিণীনা তহা-তহা লাক্লুনা শ্রীকৃষ্ণগী অনিশুবা চিড়া হারমদাইদা শ্রীহস্তবু পায়হুনা থামজখিবনি। রুক্মিণীনা পুক্কিংদা খনখি অনস্যুং ইঙ্গিত তৌহুনা শ্রীপতি শ্রীকৃষ্ণদা অস্মুন্না হায়জখি— মরুপ্না পুরকপা অসিগুম্বা অওকপা বস্তু "চিড়া" অসিবু লোইনা হাবিখিবা অহু ওইরবদি ইবুংঙোগী প্রসাদ ওইবসি ঐনা ঐগা লোইনরিবী পত্নীশিংগী করি শরুক পিগনি লোইনা হাবিরগনু। অমদি শ্রীভগবান্না পেল্লবদি ইহলোক, পরলোক, অনিমক্তা সর্ব্ব প্রকার সমৃদ্ধি ওইরগনি। মরম অসিদগী চিড়া অসি হাবিরগনু। ব্রাহ্মণগী সম্পত্তি যথেষ্ট ওইরগনি হঙ্গৎচবনি।

শ্রীরুক্মিণী দেবীগী মনোভাবনি মসি—হে স্বামিন ! "কৎলবা কংলবা চিড়া" চাবিরুরগনু লেপ্লিবা পুন্নমক অদু ননাইদা পিবিরো শ্রীদাম ব্রাহ্মন্দা লোইনা পিথোকখিবসু ঐনা পেনবা ঙমজরোই। থাঙ্গে শেংনা বিষয় সম্পত্তি অমসুং ঐশ্বর্য্য পিবদা ঐগী পেনবদি অথোইবা অক্লেনবা পিবা পাম্মি, অদু ওইরবদি হায়জরিবা অসিনা প্রভুগী থৌজান্দা অমসুং পেনবদা শ্রীদাম ব্রাহ্মণগী ভগবত ভাব পোক্তুনা নুংঙাইবা ফংলগনি নিংঙৈ। মরম অসিদগী অমুক হন্না চিড়া চাবগী লমন অদুদি শিংবা লোইররোই অসিনি।

অসুম্না ভক্ত শ্রীদামনা শ্রীকৃষ্ণগী মন্দিরদা অন্নচিংবা চামিন-থকমিন্নদুনা ঙসি অহিং নুংঙাইনা লৈখরে। শ্রীদামনা খল্লি বৈকুণ্ঠনি প্রকৃতিগী পক্ষদসু বৈকুণ্ঠনি। মরম অসিনা মফম অসি নারায়ণ ভগবান শ্রীকৃষ্ণ অমসুং স্বয়ং শ্রীলক্ষ্মীগী মশক ওইবী রুক্মিণী দেবীনা লেংশিল্লিবা মফম অসে ভগবদ্ধাম বৈকুণ্ঠনি অসিগুম খল্লে।

মতৌ অসুম্না দর্শন ফংজরুবতনা নুংঙাইজবা ওইজে অমদি মোৎলবা (শেগাইরবা) ফিদা য়োমদুনা পুজরক্লিবা ভৈক্ষ্য বস্তু পুথোক্তুনা কচ্চবা ঙমজদ্রবসু শ্রীহস্তনা লৌদুনা শ্রীমুখদা হেক হাবিথিবা অসিনা মনাই শ্রীদাম ব্রাহ্মণগী অপেনবা ওইজখরে। থোইদোক্না ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদগী নিগনি থঞ্জখিদে নিবসু নিখিদ্রে। নোংঙাল্লগদি নিজগৃহদা হনখিনবগী আজ্ঞা নিজরদুনা ভক্ত শ্রীদাম ব্রাহ্মন্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী চরনদা ভক্তি কচ্চখি। ১০—১৩

---

স চালব্ধ্বা ধনং কৃষ্ণান্নতু যাচিতবান্ স্বয়ম্ ।
স্বগৃহান্ ব্রীড়িতো-হগচ্ছন্-মহৎ-দর্শন-নির্বৃতঃ ॥ ১৪
অহো ব্রহ্মণ্য দেবস্য দৃষ্টা ব্রহ্মণ্যতা ময়া ।
যদ্দরিদ্র তমো লক্ষ্মীমাশ্লিষ্টো বিভ্রতোরসি ॥ ১৫

মণিপুরী অন্বয়ঃ—সঃ চ = অথোইবা ব্রাহ্মন্না, অলব্ধা = ফংদ্রবস্সু স্বয়ং ন তু যাচিতবান্ = মশা মরুদি নিজখিদে, মহদ্দর্শন নিবৃতঃ = মতিক মগুণ কয়া লৈবা শ্রীকৃষ্ণ উনবা অসিনা হেন্না নুংঙাইখিহুনা, ব্রীড়িতঃ = ইকাইরহুনা, ধনং = লনদি পিরক্তে, ইতি পত্নী কামিনং ধনং = পত্নীনা পাম্লিবা লন অতু, ন লব্ধবা = নিরুদবনা ফংলক্রবদা, পত্নী কিংবক্ষ্যতীতি = পত্নীনা করি হায়রকনি, চিন্তয়িত্বা লজ্জিতঃ সন্ = ইকাইনা থল্লহুনা, স্বগৃহান্ = ময়ুমদা, অগচ্ছৎ = হনখ্রে । ১৪

(মহাক্না থনখি) অহোঃ = ওস্থোকপনি !, ময়া = ঐনা, ব্রাহ্মণ্য দেবস্য = ব্রাহ্মণশিংগী ফননবতা তৌরিবা শ্রীকৃষ্ণগী, ব্রাহ্মণ্যতা = ব্রাহ্মণগী ফনবা তৌবহু, দৃষ্টা = উরগা, যৎ = মরম অতুদগী, লক্ষ্মী উরসি = শ্রীলক্ষ্মীনা থবাক্তা, বিভ্রতা = ধারন তৌরিবা শ্রীকৃষ্ণনা, দরিদ্রতমঃ = লাইররবা ঐবু, আশ্লিষ্টঃ = আলিঙ্গন তৌবিখরে ॥ ১৫

---

অসিগুম্বা অথোইবা শ্রীদামনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদগী লন সনা লুপা, ফংদ্রবস্সু নিরুদ্রবস্সু মহাক্কী মফমদা নিবা হায়জবদি তৌখিদ্রে । মহাক্কী অপাম্বদি শ্রীকৃষ্ণ দর্শন তসিদা নুংঙাইজখ্রবনি । তৌইগুম্বস্সুং পত্নীনা করি হায়রমগনি থন্না ময়ুমদা হনখরে । ১৪

শ্রীদামনা থনখি—ওস্থোকপনি ! ঐনা ওসি ব্রাহ্মণগী ফনবতা তৌবিবা ব্রহ্মণ্য দেব ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ব্রাহ্মণগী সম্মান উখিবনি

কাহং দরিদ্রঃ পাপীয়ান্ ক্ব কৃষ্ণঃ শ্রীনিকেতনঃ।
ব্রহ্মবন্ধু রিতি স্মাহং বাহুভ্যাং পরিরম্ভিতঃ॥ ১৬
নিবাসিতঃ প্রিয়াযুষ্টে পর্য্যঙ্কে ভ্রাতরো যথা।
মহিষ্যা বীজিতঃ শ্রান্তো বালব্যজন হস্তয়া॥ ১৭

মণিপুরী **অন্বয়ঃ**—দরিদ্রঃ পাপীয়ান্=লাইররবা পাপী ওইব্রবা, অহং ক্ব ?=ঐসি কনানো ?, শ্রীনিকেতনঃ=লক্ষ্মী দেবীনা আশ্রয় তৌরিবা, কৃষ্ণঃ=ভগবান শ্রীকৃষ্ণ কনানো ?, অহং ব্রহ্মবন্ধুঃ=ব্রহ্ম-কুলদা পোকপা ব্রাহ্মণ্নি, ইতি=করি মরমগী (অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা ঐহাকপু), বাহুভ্যাং পরিরম্ভিতঃ=পাম্বোম অনি তিংথোক্লনা চেংনা কোনবিখি, ইতি স্ম=মসিমক থোইদোক্লা অঙকপনি। ভ্রাতরঃ যথা =অতোনবা মনাওগুম, প্রিয়া=নুংশিনা, যুষ্টে=সেবা তৌরিবা, পর্য্যঙ্কে নিবাসিতঃ=পর্য্যঙ্কদা লৈরিবা, বালব্যজন হস্তয়া=মখুত্তা চামর পায়দুনা হুমলিবা, মহিষ্যা=পত্নী রুক্মিণী মরুস্ু ঐহাক'সিবু, বীজিতঃ=খংবিগ্রবনিকো। ১৬—১৭

---

ফংজখিবনি ইবুংঙো মহাক্লা লক্ষ্মী দেবীবু থবাক্তা থম্মি। অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা লাইররবা ঐবু কোনবিগ্রবনিকো। ১৫

থোইদোক্লা লাইরবা ঐহাক্লা কদাইদা ? অমদি লক্ষ্মী দেবীনা আশ্রয় তৌরিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ইবুংঙোনা কদাইদা ? অদুম ওইনমক ব্রাহ্মণ অতোনবা ওইরবস্থু ব্রহ্ম কুলদা পোকই হায়দুনা, ইবুংঙো মহাক্লা ঐহাকপু কোনাবিখিবা থোইদোক্লা অঙকপনি। ১৬

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা, লক্ষ্মী চৎপদা চোকথরবা ঐহাকপু ভ্রাতরঃ যথা (মনাও নিপা অমাগুম) নুংশিনা সেবা তৌবিখিবা পর্য্যঙ্কদা

শুশ্রূষয়া পরময়া পাদ-সম্বাহনা দিভিঃ।
পূজিতো দেবদেবেন বিপ্রদেবেন দেববৎ ॥ ১৮
স্বর্গাপবর্গয়োঃ পুংসাং রসায়াং ভুবি সম্পদাম্।
সর্ব্বাসামপি সিদ্ধীনাং মুলং তচ্চরণার্চ্চনম্ ॥ ১৯

মণিপুরী অন্বয়ঃ—অহো ! = অঙকপনি ! , দেববৎ = ইষ্ট দেবগুম, দেবদেবেন = লাইগী লাই ওইরবা, বিপ্রদেবেন = ব্রহ্মণ্য দেবেন শ্রীকৃষ্ণনা, পাদ-সম্বাহনা দিভিঃ = পাদ প্রক্ষলন চন্দননচিংবা থিবিরা, পরময়া = থোইদোক-হেন্দোক্না, শুশ্রূষয়া—সেবা তৌদুনা, পূজিত অভবৎ = পূজা তৌবিখরে। ১৮

(তৌইগুম্বসুং ঐনা) তচ্চরণার্চ্চনং = ভগবান শ্রীকৃষ্ণ চরণ সেবা তৌবা, পুংসাং = মীওইবশিংগী, স্বর্গাপবর্গয়োঃ = স্বর্গগী মোক্ষ, ভুবি = লৈমাই অসিদা, রসাতল চ = রসাতল ওইরবসু লৈরিবা, সর্ব্বাসাং সম্পদাং সিদ্ধীনাং অপি চ = লৈরিবা সম্পত্তি পুম্নমক মরু ওইবা ঙাত্তনি অদুম ওইনমক, মুলং অধমবিপ্রঃ = অসিগুম্বা লাইরবব, তোল্লবা ব্রাহ্মণ ঐ অসিনা। ১৯

---

লৈরিবা অনদি চামর খুত্তা পায়রিবী মহিষী রুক্মিণী দেবীনা ঐবু সেবা তৌবিখি, মসি অঙকপনি কল্লি ওইরকবা অঙকপনিকো। ১৭

অঙোকপনি লাইগী লাই ওইরবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ইষ্ট দেবগী মতৌগুম ঐহাকপু পদ হাম্বিখি চন্দন থিনবিখি। অথোইবা সেবানা মরম ওইদুনা পূজা তৌবিখি। মসিনা করি অমুক ওইবা তারান অঙকপগী মতৌনিকো। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী পুজা অমসুং চরণ সেবা

অধনোঽয়ং ধনং প্রাপ্য মাদ্যন্নুচ্চৈর্ন মাং স্মরেৎ।
ইতি কারুণিকো নূনং ধনং মেঽভূরি নাদদাৎ॥ ২০

মণিপুরী অন্বয়ঃ—ধনং প্রাপ্য উচ্চৈঃ মাদ্যন=ময়াই কারহুনা, ভগবন্তং শ্রীকৃষ্ণং মাং=ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু ঐনা, ন স্মরেৎ=নিংশিংখিদ্রে, ইতি=অস্থুম খল্লুরগা. নূনং=থোইদোক্না, কারুণিকঃ=পরম দয়ালু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা, মে=ঐগী দমক্তা, অভুরি অপি=খজিক্কং ওইরবস্থু, ধনং ন অদদৎ=লন-থুমস্থু পিখিদরে। ২০

---

তৌবা হায়বসিনা মীওইবশিংগী স্বর্গগী মোক্ষ ফংবা অনস্থুং পৃথিবী অসিদনা রসাতলদা লৈরবস্থু অয়াম্বা সম্পত্তিদা সিদ্ধ ওইবা মরু ওইবনি অতুম ওইনমক লাইব্রবা মনাই ব্রাহ্মণ ঐ অসিনা লন খবা ফংলগা ময়াই কাখিহুনা শ্রীভগবান্না ঐবুস্থু নিংশিংখিদরে। অস্থুম্না খনখিহুনা পরম দয়ালু শ্রীভগবান্না খজিক্কং ফাওবা লন পিখিদ্রবনি মসিমস্থু ইবুংঙোগী ইচ্ছানি হায়না চিংনকম থোক্তে। ১৮--২০

মন্তব্যঃ—শ্লোক ১৮—২০ ফাওবগী অশুপ্পা কাহিনী—

শ্রীকৃষ্ণ ভক্ত ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদগী মমল য়াম্লবা সন্মান ফংলবস্থু লনবুদি হায়জখিদে অমস্থুং ভগবান্নস্থু সখা শ্রীদামগী মফমদা লন-থুমগীদমক্তদি পনখিদে। মরমদি প্রান সখাগা লোইনবা থম্মোইন্না অপেনবা অহুতনস্থু সম্পত্তিদি ওইরে মতাং অসিদা লনগী-দমক্তস্থু হংলুদবনি ফজবস্থু মতিক চাবা ওইদে। মহাক্না মশাগী অপাম্বদি প্রিয় ভগবান শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংজবা অসিতনা থোইদোক্না পেনবা মুংঙাইবা ওইগ্রবনি। শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা লন-থুম পিদে

হায়দুনা করিগুম্বা মথল কয়াগী নুংঙাইতবা অরাবা করিস্নু লৈখিদে, মহাক্না নিজগৃহদা যাত্রা তৌরগা লাকপদা লম্বীদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী চাংদম্লিংঙাই লৈত্রবা মহিমা অমস্নুং মতিক মগুণগী রা অসি নিংশিং-নিংশিংদুনা ইবুংঙো মহাক্কী মকমদা প্রেম ভক্তি তৌর-তৌরদুনা লম্বীদা অঙাওবগুম হল্লকখি।

লম্বীদা চংনা-চংনা ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা অস্নুম্না খনখিরম্মি—ব্রাহ্মণ পুম্নমক্কী পরম কল্যানকারি ওইরবা অমস্নুং ফননবদা তৌবিরিবা ব্রহ্মণ্য দেব ভগবান শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংজবা অসিতনা পরম আনন্দনি লাইবক ফরবনি মরম পুম্নমক্তা মসিতমক নুংঙাইজখি।

ব্রাহ্মণগী ধর্ম্মদা কৃষ্ণগী কয়াদা পেল্লবা নুংঙাইরবা অনুরাগনো স্বয়ং পরং ব্রহ্ম ভগবান ওইরবস্নু শ্রীকৃষ্ণনা ব্রাহ্মণগী পেননবা মতম পুম্নমক্তা থরাই য়াওই পুক্নিং চংই। অমত্তা ঙাইরবা শ্রীলক্ষ্মী দেবী নত্তবা মতম অসিদা সাধারণ ওইবা কনাগুম্বা অমত্তা আলিঙ্গন তৌখিদবনি। অদুম ওইবা ব্রাহ্মণশিংগী মনুংদা মহাক্কী অস্নুক ওইবা শ্রদ্ধা ভক্তি অসে ঐগীদমক্তা থোইদোক্না লাইরবা ব্রাহ্মণ ঐবু ইবুংঙো মাগী থবাক্তা কোনশিনবিখিবা। কদাইদগীনো লক্ষ্মী দেবীগী অমত্তা ঙাইরবা আশ্রয় পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি। মহাক্কী বক্ষস্থলদা অতেংপা লৈতনা লক্ষ্মী দেবীনা ঙান্দুনা লৈগ্রবনি অমদি ঐগুম্বা পাপী লাইরথবা ব্রাহ্মণম্নি ঐদ। কনাগা লোইননা সঙ্গ তৌবা? কনাগা চাংদম্নগনি? তৌবত্রবু ঐ ব্রাহ্মণম্নি হায়না খল্লগা শেংলবা থম্মোইনা, পাম্বোম অনিনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ঐবু কোনবিখিবনি। ঐ লাইরবা ব্রাহ্মণম্নি, ঐগীদমক প্রয়োজন

ওইরিবা শেংমনবা-ইন্নবা ফি ক্লাওবা লৈত্রবনি, থাক্লেংশেংনা মল্লবা শেগাইরবা ফি অসিনা ঐগী শেংল-ইন্নবনি। স্বয়ং ভগবান শ্রীলক্ষ্মী দেবীগী আশ্রয় লৈফম শ্রীকৃষ্ণগীদি চাংদম্লিংঙাই লৈতবা অথোইবা ঐশ্বর্য্যনি। ঐখোই অনিগী মরক্তা চাংদম্লিংঙাই লৈত্রবা অমসুং তোল্লবা তিন্নবা যাত্রবসু মহাক্তা ঐবু য়াম্না ইকাই খুম্নবা উৎপ্ল। মসি চাওখ্রবা অঙকপা থৌজান্নি. ঐদি থোইদোক্লা মতিক চাত্রবনি মসিদা ব্রাহ্মণগী ওইবা ব্রহ্মকুলদা পোকলুবগী মরমনি হায়দুনা খনবিরিত্রা মরুপ ওইবগীরা? মরুপ ওইরবসু থোইদোক্লা মতিক চাত্রবা ঐনি। মরম অসিনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ব্রাহ্মণত্ত্ব অদু ফোংদোক্লি ভক্তগীসু নত্তে। মরমদি ঐ মতিক চাবা ভক্তসু ওইদে।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণসে থাক্লেংশেংনা কৃপা সিন্ধুনি। মরমদি মকম অসিদা স্বয়ং লক্ষ্মীগী মশক ওইবী শ্রীরুক্মিণী দেবী ভুমখরে, অদুগুম্না শয্যাদা ঐবু ফমহনখরে। শ্রীকৃষ্ণনা ঐহাকপু মহাক্কী কনিষ্ঠ ভ্রাতাগুম শিংথাখিখরে। ভগবানগী মফমদা ঐনা হায়জবা করিসু লৈখিদরে। ঐহাকপু লক্ষ্মী লাকপগী অবাবদু উবিদুনা মশামক্কী লক্ষ্মী মশক ওইবী রুক্মিণীনা খুত্তা চামর পায়দুনা হুম্বা হৌরকখি। অমদি পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণনসু সেবা তৌবিরক্লে মরমদি— ব্রাহ্মণা পেনবিবনা অথোইবনি। কৃষ্ণগী শ্রীহস্তনা ঐগী পাদ স্পর্শ তৌবিরগা চন্দননচিংবা তৌবিখিরনি (খিনবিখিবনি) মতৌ অসুম: পাদ প্রক্ষাল তৌবা ঈশিং অদু কোক্তা হাপ্পা অসুমা য়াম্না ইকাই-খুম্নবগা লোইননা পূজা তৌবিখি। অদুবু ঐসিবু করি-করম থোক্লগবা হা কৃষ্ণ! ঐ খঙত্রেদা।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণ ত্রিজগৎকী আরাধ্যনি। জীবতুনা স্বর্গলোক পাম্লে নত্রগা পৃথিবীগী নত্রগা রসাতলগীসু অথোইবা অহেনবা ভোগ পাম্বা নত্রগা মোক্ষ পাম্লবসু মখোইনা মখল কয়াগী ধন সম্পত্তি অমসুং যৌগিক সিদ্ধসু অপাম্বতু ফংলিবনি পিরিবনি। নত্তৌ অমুম্না মখোইগী অপাম্বা অতু পূর্ণ ওইনবগীদমক (ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণ আরাধনা তৌরিবনি) অতুগুম্বা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মহিমানা তিনবা ওইরবসু অসিগুম্বা চংজরক্লিবা লাইরবা ঐঙোন্দা ধন সম্পত্তি ফংলবদসু মতম অতুদা লন-থুমদা ময়াই কাতুনা ভগবান কাউথোকখিগনি। অসি খনবিতুনা শ্রীকৃষ্ণনা ঐহাকপু থোইদোক্লা ইকাই থুম্নবিরগা লনাদ পিদবনি। মসি ঐগী মফমদা থোইদোকপা থৌজান্নি। ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা মতুংদা অমুম্না অমুক হায়খিবদি—

"ভক্তায় চিত্রা ভগবান্ হি সম্পদোরাজ্যং বিভূতী সমর্থয়ত্যজঃ।
অদীর্ঘ বোধায় বিচক্ষণঃ স্বয়ম্ পশ্যন্ নিপাতং ধনিনাং মদোদ্ভবম্॥"

হায়বদি পোকপা লৈতবা পুন্নমক্লা খংবা শ্রীকৃষ্ণনা মশামক্লা মরন লৈবশিংগী ঐশ্বর্য্যদগী পোক্লিবা নাপন্না লৈখা তাবতু উরগা মতু উবা ঙমদ্রিবা ভক্তগী মফমদা, ভক্তদা মখল-মথা কয়াগী অয়াম্বা ঐশ্বর্য্য অমসুং যৌগিককী ওইবা বিভূতিদি পিবিদে. মসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী ভক্তগী মফমদা থৌজান্নি হায়বিবনি।

ভক্ত শ্রীদাম ব্রাহ্মণগী রা পুন্নমক অসি অশেংবনি, কনাগুম্বনা নাপন য়াওদবা ব্যক্তি বিষয় সম্পত্ ফংনবগী মরমদা শ্রীভগবানগী মফমদা য়াম্না নকশিনবা ভাবতা প্রার্থনা তৌরি অমসুং মহাক্না ইচ্ছানা ধন শালী ওইরবদা থিন্দনমক ভ্রম তৌরবদি মতুংসু

শ্রীভগবানগী কনাগুম্বা অনৌবা ভক্তনা নিষ্কাম ভাবতা ভগবানগী পূজার্চনা তৌরগা মতম অতুদা মহাক্কী মনাক্তা ধন সম্পত্তিগী প্রার্থনা তৌরবা ওইরবদসু সাধারণ ওইন। শ্রীভগবান্না বিষয় সম্পত্তি থক পিদে। অতু ওইরবদি মহাকপু লাপ্পা তাম্হোকখি। মরম অসিদগী অনৌবা ভক্তনা মহাক্কী ভক্তি অতু পরিপক্ক ওইদরে অসিগুম্বা ধন সম্পত্তি ফংলবদা শ্রীভগবান কাওখ্রে নিংশিংদ্রে।

মফম অসিদা অসিগুম্বা বিষয় প্রয়োজননি থন্দুনা মসিগী মতাংদা করিগুম্বা আলোচনা লৈতে হায়রহুনা চেকশিন্না আলোচনা তৌদরে। মীওইবনা লন থোইদোক্না পাম্মি, মসিনা মরু ওইবনি। অচৌবা ভোগ বিষয় পুন্নমক ভোগ তৌনিংই। অমসুং ভোগতা ময়াই কাবগী ফলনা মীওইবগী তৌগদবা অমদি তৌরোইদবা ধর্ম্মাধর্ম্ম ন্যায়ান্যায় বিবেক বিচার খংখিদরে। মতম অসিদা অফবা ফত্তবা করিগুম্বা উপায় লৈখিদরে, লন তানশিনবা অমসুং বিষয় ভোগতা ময়াই কাখরে, পুন্নমক থোইদোক্না ভোগতা আশক্তি লৈবা পাম্বশিংগী দুরবস্থাগী কথা শ্রীভগবান্না গীতাদা বর্ণনা তৌরগা কয়ামুক হায়খরে। মসিগী মনুংদা শ্লোক অমথক মফম অসিদা থাক্লৎলি—"অনেক চিত্ত বিভ্রান্তা মোহজাল সমাবৃতাঃ।

প্রসক্তাঃ কাম ভোগেষু পতন্তি নরকেঽশুচৌ॥" (গীতা)

হায়বদি খংদবনা মরম ওইদুনা শুক্কৎখিদুনা অয়াম্বা ভোক্ত বিষয়গী মফমদা চেনশিল্লি থম্মোইনা মরম ওইদুনা ডাওরবা অমসুং খংদবা অদুনা মরম ওইদুনা কুপশিল্লবা অমসুং কাম্য ভোগকী মরমদা আশক্ত ওইরগা লোক পুন্নমক অমাঙবা নরক্তা তারবনি।

কামী অতুন। ভোগ-তা পুক্সিং চংবতুনা ময়াই কারবা মী অতুনা লনদা ময়াই কাখিতুনা ফত্তবা ফলগী মরমদা শ্রীমদ্ভাগবতত। দেবর্ষি নারদ মরু। অসুম্না হায়খরে—

"ন হ্যন্যো জূষতো জোষ্যান্ বুদ্ধি ভ্রংশোরজোগুণঃ,
শ্রীমদাদাভি র্জাত্যাদি র্যত্র স্ত্রী দ্যূতমাসবঃ॥" (ভাগবত)

হায়বদি ঐশ্বর্য্যগী ময়াইনা তাওরবদা অতুগুম্বা মীওইশিংগী মনু দা নুপীদা জ্বারদা, পাশখেলাদা অমসুং ময়াই কাবদা অসিগুম্বা নেশা অহুম অসিদা হোৎনতুনা লৈরিবা মতুগী ফলনা অসিগুম্বা পুরুষ অসিগী মওং বুদ্ধি ভ্রংশ ওইরনি। করি থংগনি নত্রগা শাগৈগী অভিমান অসিনচিংবা রজ গুণগী থবক অশাওবনচিংবা কবি-গুরুদস অসুম্না তাওনেরিবা সশারনি।

মরম অসিদগী মঙ্গল পাম্বা মী অতুনা কান্নবা কান্নদবা লাপ্না থাদোকখরে (অর্থ মনর্থ ভাবয় নিত্যং) অমসুম্বদা মমলবনি করিসু লেতবা খরগীদমক ভ্রাতৃগন ইচিন-ইনাও, নুপী, পিতা মাতা অমসুং সম্বন্ধি পুন্নমক লোইনা কাইনবা অমসুং থরাই ওইরিবা থোইদোক্না চানবা পুন্নমক একার্নব ওইরিবনি। করিসু লৈতবা খবগীদমক মথোইনা লাংতক্লবা অমসু অশাওবগী মৈনা, পোকমিন্নবা ফাওবা থাদোক্লগা মহৈ মহৈ নাশন শৌনতুনা থুনমক পরস্পব থাদোকুনা কয়া কয়া অমা মাংনরি। মরম অসিদগী ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না পাকপিরি—

তস্মাদনর্থ মর্থাখ্যং শ্রেয়োঽর্থীতুবতস্ত্যজেৎ।
ভিদ্যন্তে ভ্রাতবো দারাঃ পিতরঃ সুহৃদোস্তথা॥

একাস্মিন্ধা কামিনিনা সদ্যঃ সর্বেহ্বয়ঃ কৃতাঃ ॥
অর্থেনাল্পীয়সা হ্যেতে সংবব্ধ্বা দীপ্তমন্যবঃ।
ত্যজন্ত্যাশু স্পৃধো ঘ্নন্তি সহসোৎস্যজ্য সৌহৃদাম ॥

মসিমক আচার্য্য শ্রীশঙ্করনা পিখিবা পাউতাক—

মূঢ়! জহীহি ধনাগম তৃষ্ণাং কুরু তনুবুদ্ধে! মনসি বিতৃষ্ণাম।
যল্লভসে নিজ কর্ম্মোপাত্তং বিত্তং তেন বিনোদয় চিত্তম ॥

ওহে মুঢ মতি! থোইদোক্লা লন পাম্বগী বাথল অতু থ দোক্ দবনি। হে অপংবা! লনগী মফমদা অরানশখোবাংগী মফমদা পুক্নিং অতু বৈবাক্ত পুবকউ। প্রাবব্ধ কর্ম্মগী মতু ইন্না অমম্লুং মশান তৌজখিবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না কর্ম্ম অতুনা মবম ওইতুনা থজগুং ফংলকপা ধন সম্পত অতুনা মরম ওইতুনা নহাক্ন বৌবাংলবদি জীবন্দা পুক্সিদা শান্তি ফংলরোই।

মসিগী চপ-চাবা রাফম ঈষোপনিষত্তা ঋষিনা তাকথবে—

ঈশা বাস্যমিদং সর্বং যৎ কিঞ্চৎ জগত্যাং জগৎ।
তেন ত্যক্তেন ভুঞ্জীথা মা গৃধঃ কস্যচিদ্ধনম ॥

হায়বদি জগৎ অসিদা লৈবিবা পোৎ পুন্নমক অবেম্বা ভাক্তুনি অনিতানি। নিত্য ওইবদি অমত্তা ভাইবনা ঈশ্বরতনি, অসগুম্বা ঈশ্বর অসিনা জগৎ অসি শিনথুংনা লৈবগা প্রাণী পুম্নমক্ত ভা ল্লবনি অমম্লু ধাবন শৌদবা থাদোকপা নিজবু পালন তৌ অমম্লু অমুক থাদোকপগী মবমদা নশানা হৌবনজগদলনি কাম্নবোইদবদ চা দম্ন-রুগনু, নহাক্ন পূর্ব্ব জন্মদা তৌখিবা কর্ম্মগী মতুং ইন্ন পরমেশ্বরনা

মহাকপ্ য়োকই লন পি। অতুনা মরম ওইদুনা মহাক্না জীবিকা ওইবিবনি হিংলিবনি। করিগুম্বা কান্দা অতোপ্পা মীগী মরন-মথুম মিহৌরুগনু। (মা গৃধঃ কস্যচিদ্ধনম্)

অমদি মীওইবগী ভোগকী অরাম-খৌরাংবদি মপান নাইদে। অসিগুম্বা মপান নাইদবা ভোগকী অরাম-খৌরাংবা অপেক্ষা তৌবগী মরম বিষয়দি অদুদি খজিক্তং ওইরবস্থু থাদোকপা ঙম্নবা হোংগনি। অসিগুম্বা খজিক্তং ওইবা বস্তু অদুদা নুংঙাইবা ফংলোই মরমদি খজিক্তং অদু দেশ কালনা মরম ওইদুনা লোইখিগনি। অদুনা নুংঙাইবদি করি ওইনি। মসিমক উপনিষত্তা হায়খরে—"ভুমৈব সুখং নাল্পে সুখ মস্তি" (ছন্দোগ্য উপনিষট ৭ অধ্যায়) দা পুন্নমক্কা য়েংনরুবদা বৃহত্তমনি। মহত্তমদি সচ্চিদানন্দ ব্রহ্মনি মসিমক ভুমা নি, নিত্য নি, অমাং-অতা লৈতবা মপান নাইদবা নুংঙাইবনি।

ভগবত গীতাদা হায়রি—"যং লবধ্বা পাপং লাভং মন্যতে নাধিকং তত" মসিদা "ভুমা" ব্রহ্ম নত্রগা শ্রীভগবান ফংলবদা অতোপ্পা অমমুক ফংনবা খল্লরোইদবনি থোইনা নুংঙাইবা স্বরূপনি, ব্রহ্ম নত্রগা শ্রীভগবান ভক্ত শ্রীদামনা মতম চুপ্পদা পাম্মি মতম চুপ্পদা নিংশিংদুনতা লৈবনি, কল্লকউবা লৈতে মসিমক্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা লন পিদবনি। মসিদা মহাক করিস্থু রাবদে নুংঙাইবনি। মহাক্না খনখিবাদ পত্নীগী রা অদুতনি, শ্রীদামনা লন-থুম খরা ফংননবগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী মকমদা থাখিবনি। মসিদা মহাক্না খনখি····· লন ফংদনা য়ুনদা হল্লকপদা পত্নীনা করি হায়বা খন্দুনা তপথবা ঙমদ্রে. অসুম্না চিন্তা তৌন, তৌনা লাকপনা শ্রীদাম ময়ুমদা থুংখরে। ১৪—২০

ইতি তচ্চিন্তয়ন্নন্তঃ প্রাপ্তো নিজ গৃহান্তিকম্ ।
সূর্য্যানলেন্দু সঙ্কাশৈ র্বিমানৈঃ সর্ব্বতঃ বৃতম্ ॥ ২১
বিচিত্রোপ বনোদ্যানৈঃ কুজৎদ্বিজ কুলাকুলৈঃ ।
প্রোৎফুল্ল কুমুদাম্ভোজ কহ্লারোৎ পলবারিভিঃ ॥ ২২

মণিপুরী অন্বয়ঃ—( হে মহারাজ পরীক্ষিৎ ! ) সঃ শ্রীদাম ব্রাহ্মণঃ = অসিগুম্বা শ্রীদাম ব্রাহ্মণা, ইতি = অস্নুম। হায়রদুনা, তৎ শ্রীকৃষ্ণস্য মাহাত্ম্যং = শ্রীকৃষ্ণগী মাহাত্ম্যশিং অদুনা, ধন প্রাপ্তি- কারণং = লন ফংবগী মরমনি, অন্তঃ = পুক্কিংনা খল্লদুনা, চিন্তয়ন্ নিজগৃহান্তিকং = নিজগৃহগী মনাক অকোইবদু, প্রাপ্তঃ = ফংখরে, (নিজগৃহগী অকোইবা মফম অদুবু বর্ণনা তৌরি হায়রিবা মফমশিং) সূর্য্যান লেন্দু সঙ্কাশৈ র্বিমানৈঃ = সূর্য্যগী–মেগী–থাগীসু হায়রিবশিং অসিগী মঙান তেজ থিবিক্লা বিমান মপৈ থিবিক্লসু, বিচিত্রোপ- বনোদ্যানৈঃ = অঙকপা ফজরবা উপবন লৈকোল্লা, কুজৎদ্বিজ কুলা- কুলৈঃ = খোংলিবা উচেকশিংগী মপৈনি, প্রোৎফুল্ল কুমুদাম্ভোজ কহ্লারোৎ পলবারিভিঃ = থরো থম্বাল শাৎকাইরবা হায়রিবশিং অসিগী ফজবা কয়ানা তিনবা পুখ্রি কয়া অমনি। ২১—২২

---

হে মহারাজ পরীক্ষিৎ ! অসিগুম্বা শ্রীদাম ব্রাহ্মণা মতৌ অস্নুম্না শ্রীকৃষ্ণগী মহাত্ম্য গুণশিং অমসুং লনদি করিস্নু ফংদবগী মরমদি য়াম্না কুপ্না লুনা পুক্কিংনা খল্লদুনা লাকপনা নিজগৃহগী মনাক্তা লাক্লগা উখরে। মতম অদুদা মহাক্কী য়ুমগী মনাক্তা মাইকৈ মরি সূর্য্য-অগ্নি-চন্দ্রগী মঙানগুম ঙাল্লিবা মঙানশিং অদুনা মরম ওইদুনা,

জুষ্টং স্বলঙ্কৃতৈঃ পুম্ভিঃ স্ত্রীভিশ্চ হরিণাক্ষিভিঃ।
কিমিদং কস্য বা স্থানং কথং তদিদমিত্যভূৎ ॥ ২৩

মণিপুরী অন্বয়ঃ—সর্ব্বতঃ বৃতম্=হায়রিবশিং অসিনস্নু কোই-শিন্দুনা লৈথ্রবনি ফজথ্রবনি অমদি, স্বলঙ্কৃতৈঃ পুংভিঃ=ফজনা লৈতেংলবা পুরুষ খিবিক, হরিণাক্ষিভিঃ=শজিগী মিত্তা পানবী, স্ত্রীভিঃ চ=নুপী খিবিক্সু, জুষ্টং=য়ুমতুগী অকোইবদা লৈথ্রবনি, (ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা লাপতক্লা মঙান কয়ানা তিনবা মফম অদু উরগা) ইদং কিং=মসি করিনো? অস্নুন্না মফম অতুমক্তদা বিমান্নচিংবস্নু উরগা মসিনা করিনো? কস্য বা স্থানং=অসিনা কনাগী মফমনো অস্নুন্না খল্লবা মতুংদা, স্বীয়ং নিশ্চিত্য=মসি ঐগী য়ুমনি খল্লহুনা, তৎ=অতুগুম্বা, ইদং=অসিগুম্বা অসিবু, কথং অভূৎ=কমদোনা ওইথ্রিবনো হায়বসি. তর্কিতবান্=খল্ল-খল্লহুনা তর্ক তৌখরে। ২৩

---

তাঙকপা উপবন তামস্নুং লৈকোন পুন্নমক'সিনা লৈতেং ওইবা পুখ্রি ফজরবা থরো-থম্বালনা শাংকাইরবা কয়া উবা ফংখরে। ২১—২২

অমদি শ্রীদামগী য়ুমগী মনাক্তা মাইকৈ মরি ফজনা অলঙ্কার তৌরবা পুরুষশিং তামস্নুং (শজি মিত্তা তাবী রমণী কয় শিংনস্নু) থোইদোক্লা নিংথিরম্ববু ব্রাহ্মনা অবাপ্পদগী অহানবদা মঙান কয়া উবগা—"মসি করিনো?" বিমান কয়ানা লৈরিবা মফমদু উরগা—"মসিনা কদাইদগীনো?" অস্নুন্না খল্লুরবগী মতুংদা ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা হায়ফম খংদনা মতৌ করম্না ওইখিবা খল্ল-খল্লহুনা তর্ক বিতর্ক তৌবা হৌখরে। ২৩

এবং মীমাং স মানং তং নরা নার্য্যোগমর প্রভাঃ।
প্রত্য গৃহ্ণন্ মহাভাগং গীত বাদ্যেন ভূয়সা॥ ২৪
পতি মাগত মাকর্ণ্য পত্ন্যুদ্ধর্ষাতি সম্ভ্রমা।
নিশ্চক্রাম গৃহাৎ তূর্ণং রূপিণী শ্রীরিবালয়াৎ॥ ২৫

মণিপুরী অন্বয়ঃ—এবং = মতৌ অসুম তৌনা, মীমাং স মানং = পুক্লিংদা অসুম খল্লক্লতুনা, তং মহাভাগং = মহা সৌভাজ্ঞ ওইবা ব্রাহ্মণবু, অমর প্রভাঃ = লাইগুম্বা মঙাম্মা, নরাঃ নার্য্যঃ চ = নুপা নুপী কয়ানস্তু, ভূয়সা গীত বাদ্যেন = অয়াম্বা শক-শোম্বগা লোইননা লাক্লুনা, প্রত্য গৃহ্ণন্ = মশামক প্রভুনি খন্না ইকাই-খুম্নখি। ২৪ (মতম অসিদা ব্রাহ্মণগী পত্নীনা) পতিং ব্রাহ্মণং আগতং আকর্ণ্য = লাকলে হায়বসি তারতুনা, উদ্ধর্ষাতি সম্ভবা = সতীনা হরাওবগা লোইননা আদর তৌনা অমাদি হরাওবগী প্রেম্না বিহ্বলা ওইরতুনা, আলয়াৎ = কমলা বনগী, রূপিণী = নিংথিরবী, শ্রীইব = লক্ষ্মীগুম, গৃহাৎ তূর্ণং = য়ুম অত্তুদগী থুনমক, নিশ্চক্রাম = থোক্লকখরে। ২৫

---

মতৌ অসুম তৌনা হরাওবা নুংঙাইবা কয়ানা, লাইগী মঙাল ফংলবা নর নারাশিংনা নিংথিজরবা গীত বাদ্যগা লোইননা লাক্লগা অসিগুম্বা লাইবক ফরবা ব্রাহ্মণবু, নিজগী প্রভুনি হায়তুনা ইকাই-খুম্নবগা লোইননা তরাম্না ওকচখি। মতম অসিদা ব্রাহ্মণগী পত্নীনা মপুরোইবা ব্রাহ্মণ লাক্লে তাবদা, নুংঙাইবা প্রেম্না বিহ্বলা ওইতুনা শ্রীলক্ষ্মী দেবীনা, কমলা বন্দগী থোরকপগুম য়ুম অত্তুদগী য়াম্না থুনা চেম্থোকলকখরে। ২৪—২৫

পতিব্রতা পতিং দৃষ্ট্বা প্রেমোৎ কণ্ঠাশ্রু লোচনা।
মীলিতাক্ষ্য নমদ্ বুদ্ধ্যা মনসা পরিষস্বজে ॥ ২৬
পত্নীং বীক্ষ্য বিস্ফুরন্তীং দেবীং বৈমানিকী মিব।
দাসীনাং নিষ্ককণ্ঠীনাং মধ্যে ভান্তীং স বিস্মিতঃ ॥ ২৭

মণিপুরী অন্বয়ঃ—পতিব্রতা = ওইবী ব্রাহ্মণীনা, পতিং = মপুরোইবা ব্রাহ্মণবু, দৃষ্ট্বা = উরগা, প্রেমোৎ কণ্ঠাশ্রু লোচনা = প্রেমগা লোইননা তারকপা পিগা লোইনরবী সতীনা, মীলিতাক্ষ্য = মিৎ অনিতু পিনা থুম্মাৎখিবনা পাঙবা ঙমদ্রবী ব্রাহ্মণীনা, বুদ্ধ্যা = খংলতুনা পতি শ্রীদাম ব্রাহ্মণবু, অনমৎ = পুক্কিংনস্থু খুরুমজখরে, পরিষস্বজে = আলিঙ্গন তৌখরে। ২৬ সঃ = শ্রীদামনা, নিষ্ককণ্ঠীনাং = পদক্কা লোইননা অলঙ্কার তৌরিবী, দাসীনাং = মনাই শিংগী, মধ্যে = ময়াইদা, ভান্তীং = মঙান লৈরবী, বৈমানিকং—বিমানগা লোইননা লৈবী, দেবীং ইব = দেবী অমগুম্বী, প্রস্ফুরন্তীং = মতৌ লৈবী, পত্নীং = ব্রাহ্মণীবু, বীক্ষ্য = উরগা, বিস্মিতঃ = ঙকখ্রে। ২৭

---

পতিব্রতা ওইজবী মনাই পত্নী ব্রাহ্মণীনা মপুরোইববু উজরগা প্রেমগা লোইননা হুরাওজবা থোইদোক্কা পিনা থল্লবী মিৎ অনিনা পাঙবা ঙমদনা, বুদ্ধিনা রাখন্না পতিবু খুরুমজখি অমসুং পুক্কিংনা আলিঙ্গনস্থু তৌজখি। শ্রীদামনা মাগী রাখন্না ফিজেৎ লৈতেং কয়া লোইননা অলঙ্কার শেৎ-চারবী দাসীশিংগী মরক্তা ঙাল্লিবী বিমান তোংলবী দেবী অমগুম্না মঙান লৈবী পত্নী ইবেম্মা ব্রাহ্মণীবু উরগা থোইদোক-হেন্দোক্লা পুমঙক ঙকচখি। ২৬—২৭

প্রীতঃ স্বয়ং তয়া যুক্তঃ প্রবিষ্টো নিজ মন্দিরম্ ।
মণিস্তম্ভ শতোপেতং মহেন্দ্র ভবনং যথা ॥ ২৮

মণিপুরী অন্বয়ঃ—ততঃ = অদুগী মতুংদা, স্বয়ং = ব্রাহ্মণ শ্রীদাম মশামক্না, প্রীতঃ = থোইদোক্না পেল্লদুনা, তয়া = অদুগুম্বা পত্নীদুগা, যুক্তঃ চ সন্ = লোইনরদুনা, মহেন্দ্র ভবনং যথা = দেবরাজ ইন্দ্রগী কোন্নুং গুম্লবা, মণিস্তম্ভ শতোপেতং = মণি ১০০/১০০ না লৈতেংবা ফজহল্লবা, নিজ মন্দিরং = শ্রীদাম ব্রাহ্মণগী য়ুম (শঙ্গাই) অদুদা, প্রবিষ্টঃ = চংশিনখরে । ২৮

---

অসিগী মতুংদা ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা য়াম্না হরাও-নুংঙাইনা অমসুং পত্নীগা লোইননা দেবরাজ ইন্দ্রগী ভবনগুম্বা (য়ুম) অদুদা মণিস্তম্ভ-শতোপেতং মণিতনা ১০০/১০০ না লৈতেংলবা, ফজবা নিজ ভবন ওইরম্লবা অদুদা চংফম খংখিরমদ্রবা হেন্দোক্লুরবা অদুগুম্বা য়ুমদুদা মখোই অনি চংমিন্নখ্রে । ২৮

মন্তব্যঃ—শ্লোক ২১—২৮ ফাওবগী অশুপ্পা কাহিনী—

কৃষ্ণ ভক্ত ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা য়ুমগী মনাক্তা লৈরগা কোইনা চত্তুনা পুন্নমক অঙকপগা লোইননা য়েংখি । মহাক্না মহাক্কী মল্লবা য়ুম অদুগী মহুত্তা অসি করম্না ওইখিবা ? মফম অসিদা সূর্য্য-চন্দ্র অমসুং মৈগী মঙানগুম্না তথক-তথক তকুপ-তরেংনা মপুং ওইরবা মমল য়াম্লবা মণিতনা হৎলবা দল্লান শ্রীদাম মহাক্না মতুবুস্ত য়েংখি । মঙাল কয়ানা লংলবা বিমান (রথ) লৈরিবা, বিচিত্র উপবন অমসু লৈকোন লোইননা পাক-চাওরবা পুখ্রি । হায়রিবা পুখ্রি অসিদা

থরো, থম্বাল মচু অমস্তুং মথল কয়াগা লোইনরবা ইংলবা নুংশিরবা মনম অসিনচিংবা লৈশু কয়ানা ফুগাইনা শাংলিবা লৈকোন অমদি উপালশিং, অস্তুক্কী মতিক হায়নিংঙাই লৈতনা ফজরবা মফম অসি, করিদা চাংদম্লিংঙাই লৈরি। পুরুষ অমস্তুং রমণী কয়াশিংনা কোইনা কোইনা চৎপা অহুবুস্তু শ্রীদামনা য়েংলি। মথল-মখা কয়াগী উচেক্লা খোংবা মপুবু শৈথাজবা তারগস্তু ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা থল্লি। ঙসি ঐনা উরিবা তারিবশিং অসিবু করিনো কদাইদগী মতৌ করম্না এইরক্লিবা বিষয় কয়া অসি মথং মথং খনবা হৌরক্লে।

মতম অসিদা পুং ঈশৈগা লোইননা, লাইগীগুম্না ফজরবা নুপী নুপাশিংনা পুনবা দলনা মহাক্কী মনাক্তা লাক্লগা স্বাগত তৌথরে। শ্রীদামবু মখোই পুম্নমক্না প্রভুনি হায়না খল্লহুনা নানা ভাবতা সন্মান উত্তুনা অমস্তুং থুরুমনখরে।

মাইকৈ অমরোমদা অঙকপগী মরম অমনা—ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা মতম অহুদা দ্বারকাদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মন্দিরদা অহিংদা তুমহুনা লৈখিবা মতম অহুদা তুম্বা কাইরহুনা মহাক্লা মহাক্কী ময়াং কংলবা দেহ অহুনা থোইদোকপা ফজরবা রূপলাবণ্য হায়বদি ফজবা শকফম ওইহুনা, শেগাইরবা মল্লবা ফি অহুগী মহুক্তা নিংথিরবা ফি শেং-ইল্লহুনা অমদি অলঙ্কার তৌরহুনা কয়ামুক ফজরম্মি। মহাক্কী মল্লবা য়ুম (গৃহ) অহুস্তু মমল য়াম্লবা রত্ন কয়ানা থাম্লবা ফুড়া-দল্লান ওইরম্মি। অসিদা নত্তনা মহাক্কী লৈফম অহুগী মাইকৈ মরি অমদি অঙকপা পরিবর্ত্তন পোংলম কয়ান, লৈতেংলম্ব পুম্নমকশি, উরম্মি। হায়রিবা উরম্বা থুদিং—সম্পত্তি, ঐশ্বর্য্য, মণি-মুক্তা ফুড়া-দল্লান,

পুন্নমক অসি দেব লোগকী ভোগনি অমস্তুং সর্ব্ব শক্তি-মান পরম দয়ালু ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানি অমস্তুং মহাক্কী প্রভাবকী মথা পোনবনি। থাঙ্গেশেংনা মসিমক ভক্ত শ্রীদামগীদমক মহাক্কী পত্নীনা আকাঙ্ক্ষা তৌবা মপুং ফাননবগীদমক ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী প্রভাবনা মরম ওইদুনা স্বর্গগী দেবরাজ ইন্দ্রগী ভবন (লৈফম) ঐশ্বর্য্য সম্পত্তি (ধন) পুন্নমক মফম অসিদা লোইনা পুরকথরে। চাওরবা সহস্রনাম স্তোত্রদা ইরি। বৃহৎ সহস্রনাম স্তোত্র····· ॥

(বৈষ্ণব তোষণী টীকাদা য়েংবিনি।)

কৃষ্ণ ভক্ত ব্রাহ্মণ শ্রীদাম লাক্লে হায়বা ব্রাহ্মণী পত্নীনা তারদুনা স্বামিগী মনাক্তা চংলক্লগা নুংঙাইবা অমদি ওইথোক্তবা কয়ানা তিনববু উজরগা মিৎলুদা পিরাং শিন্থনা বিহ্বলা ওইখরে। পত্নীগী প্রেমদগী পোক্লকপা শক্তম অদুবু উরগা কৃষ্ণ ভক্ত ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা পুক্নিংদা থনখি—স্বয়ং শ্রীলক্ষ্মী দেবীগী শরীর অদু ধারণ তৌরগা থম্বাল বন্দগী থোরকপগুম পত্নীবু উখরে। তৌইগুম্বস্তুং বুদ্ধিনা মরম ওইদুনা পতিব্রতা ওইবী ব্রাহ্মণীনস্থু থুরুমজখি অমস্তুং হরাওজরবা পুক্নিংনা পতিবু আলিঙ্গন তৌজখি।

অসিগী তুংদা ভক্ত শ্রীদামনা য়াম্না নুংঙাইনা পত্নীগা লোইননা দেবরাজ ইন্দ্রগী ভবনগী মতৌগুম (মণিস্তম্ভ) মণিগী য়ুম্গী ১০০/১০০ না অলঙ্কার তৌরবা কোইশিল্লবা, মহাক্কী ওইবা প্রাসাদ গৃহ অদুদা চংফম থংদনা লৈরম্বদগী চংগিল্লখরে। ২১—২৮

---

পয়ঃ ফেননিভাঃ শয্যা দান্তা রুক্ম পরিচ্ছদাঃ।
পর্য্যঙ্কা হেমদণ্ডানি চামর ব্যজনানি চ॥ ২৯
আসনানি চ হৈমানি মৃদূ পস্তরণানি চ।
মুক্তাদাম বিলম্বীনি বিতানানি দ্যুমন্তি চ॥ ৩০
স্বচ্ছ স্ফটিক কুড্যেষু মহামারকতেষু চ।
রত্ন দীপান্ ভ্রাজমানান্ ললনা রত্নসংযুতাঃ॥ ৩১

মণিপুরী অন্বয়ঃ—(হায়রিবা ভবন অসিদা) পয়ঃ ফেননিভা = শঙ্গোম অনৌবগী কোঙ্গোন গুম্না ঙৌরবা, শয্যাঃ (নি) রুক্মপরিচ্ছদা = সনাগী আসনশিং, দান্তাঃ = শামুগী ময়াতনা শেম্লবা, পর্য্যঙ্কাঃ চ = ফমফম কয়া, হেমদণ্ডানি = সনাগী (চৈ) চৈশু কয়ানা তিনবা, চামরব্যজনানি = হুম্লবা চামরসু কয়ানি, মৃদূ পস্তরণানি = থোংলবা নৌরবা ফিরোনশিং কয়ানি, হৈমানি = সনাতগী ওইবা, আসনানি চ = ফমফম কয়ানি লৈরিবা, মুক্তাদাম বিলম্বীনি = মুক্তা কয়াগী চোন্থরবা পরেং, দ্যুমন্তি = মঙান কয়ানা তিনবনি, বিতানানি চ = থাগী মঙান গুম্বা, মহামরকতেষু = মরক্তা মণিশিংগী, স্বচ্ছ স্ফটিককুড্যেষু = ফজনা লংলবা ফকলাং, ভ্রাজ মানান্ = ঙাল্লিবা রত্নদীপান্ রত্নসংযুতাঃ ললনাঃ চ = রত্নশিংগী মঙান্না ইংনা পুক্লিং হুনা ফজরবা লৈতেংনি শকক্তমনি। ২৯—৩১

---

অসিগুম্বা হায়রিবা ভবন অসিদা শঙ্গোম অনৌবগী কোঙ্গোন গুম্না ঙৌরবা শয্যা কয়ানি, সনাতনা শেম-শারবা ফমফম কয়ানি, শামু ময়াতনা হংলবা য়াম্লবা পর্যাঙ্ক, সনানা মখোক ওইবা চামর অমসুং হুমাই কয়ানি। থোংলবা কম্বন্না কুপলবা অয়াম্বা সনাগী

বিলোক্য ব্রাহ্মণস্তত্র সমৃদ্ধীঃ সর্ব্ব সম্পদাম্ ।
তর্কয়ামাস নির্ব্ব্যগ্রঃ স্বসমৃদ্ধি মহৈতুকীম্ ॥ ৩২

মণিপুরী অন্বয়ঃ—ব্রাহ্মণঃ=ব্রাহ্মণগী, তত্র=অদুগুম্বা, সর্ব্ব-সম্পদাং=সম্পত্তি কয়া, সমৃদ্ধীঃ=চাওখৎলকপদু উরগা, নির্ব্বাগ্রঃ =তপথনা পুক্নিং লাকশিন্দুনা, অহৈতুকীং সমৃদ্ধিং=মাগী থংহো-দনা চাওখৎলক্লিবা মতিক মগুণশিং অদুবু, তর্কয়ামাস=বিচার তৌখরে ইঙক-ঙকখরে কদাইদগী করম্না অস্তুক থুনা ফজরবা কয়া ওইরকখিবনো ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা খনখি । ৩২

---

আসন অমস্তুং মুক্তা-মালানা মাইকৈ মরিদা শাংনা-শাংনা য়াম্থরবা শেম্ল-শারবা গৃহ (য়ুম) নি । অস্তুম্না মঙান কয়ানা তিনবা থাবনগুম্না লংনা ঙৌরবা লৈতেংলবা কয়ানি । অসিগুম্বা ভবনগী মরক-মরক্তা মণি ময়াম অসিনা অমস্তুং রত্ন কয়ানা লৈতেংলি । রমণী মনাই কয়ানা লৈতেংলিবা ফজরবা মঙানগী গৃহনুংদা চংখরে । ১৯—৩১

মতম অসিদা শ্রীদাম ব্রাহ্মণনা অয়াম্বা সম্পত্তিনা ফজরম্বা য়েংউ-য়েংউবা থুদিংদা মিংফম হোংবা ঙমদ্রশিং উরগা, নির্ব্ব্যগ্রঃ তপথনা পুক্নিং লাকশিন্দুনা কদাইদগী করম্না লাকইবা ? করম্না ওইরম্লিবা ? অঙকপশিং অসি হন্না হন্না খনখি । ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা থাঙ্গেশেংনা উরিবা মিংকী কুম্মৈগুম্লবা ভবনগী শক্তনশিং অসিবু করম্বা কনাগী মায়াননো তস্তুম্নমস্তু অমুক খল্লি । ভক্তগী মফমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তৌববু কনানদি খংবা ঙমগনি কৃষ্ণ মাগী লীলানি । ৩২

নূনং বতৈতন্ মম দূর্ভগস্য শশ্বৎ-দরিদ্রস্য সমৃদ্ধি হেতুঃ।
মহাবিভূতে ৰবলোকতে ইন্যো নৈবোপ পদ্যেত যদূত্তমস্য ॥ ৩৩
নন্বক্রুবাণো দিশতেহসমক্ষং যাচিষ্ণবে ভূর্য্যপি ভূরিভোজঃ।
পর্জ্জন্যবৎ তৎ স্বয়মীক্ষমাণো দাশার্হকাণা মৃষভঃ সখা মে ॥ ৩৪

মণিপুরী অন্বয়ঃ—বত ! = অঙকপনি !, শশ্বৎ = মতম পুম্নমক্তা, দরিদ্রস্য = লাইরবা, দূর্ভগস্য = লাইবক থিবদগী, এতন্মম = অস্মুম্বা ঐ অসিগী, সমৃদ্ধি হেতু: = চাওখৎপগী মরমদা, নূনং = লেপ্পমক, মহাবিভূতে = অয়াম্বা বিভূতিনা তিনবা ওইবা, যদূত্তমস্য = যদু বংশগী অথোইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী, অবলোকতঃ অন্যঃ = ভগবান দর্শন নত্তনা অতোপ্পা অমা অমুক, ন এব উপ-পদ্যতে = লৈত্রে। ৩৩ নন্ ! = ওয়্হোকপনি !. পর্জ্জন্যবৎ = অহিংদা চুবা নোংগী মতৌগুম ঈশিংনা লৌবুক থুমজিল্লকপগুম, মে = ঐগী, দাশার্হকাণাং মৃষভঃ = যদুবংশগী কৃষ্ণনা, ভূরিভোজঃ অপি = অয়াম্বা সম্পত্তি য়ুম্নচিংবা, তৎ = অদুগুম্বা ভক্তনা পিবা পোৎ, স্বয়ং ঈক্ষমাণ = মশানা খংনা, যাচিষ্ণবে = ইবেম্মা ভার্য্যানচিংবনা মাংনক্তদা, ভূরি অপি = য়াম্নবসু ঐশ্বর্য্যং অব্রুবানঃ = খজিক্তং ওইরবসু, দিশতে = পিবিখিবনি। ৩৪

---

অঙকপনি খল্লিবনি নিংশিংদবা ওমদে অসিগুম্বা থোইদোক্লা লাইরবা লাইবক খিরবা ঐহাক্না কদাইদগী সম্পত্তিনো তম্মুক চাওরবা বিভুতিনো ময়াম অস, ঐনা খঞ্জখিবদি মহাবিভূতি শালী শ্রীকৃষ্ণ দর্শনওবু পামজখিবনি অতৈ অতোপ্পশিংদি ঐ নিঝদে। ৩৩ ভক্ত ওইবশিংবু পেলহনবনা শ্রীভগবানগী (মথৌনি ঝপেনবনি। অহিংদা চুবা তাবা নোংনা লৌবুক থম্ম লৈরমববু লৌমীনা উরগা

**কিঞ্চিৎ করোত্যুর্ব্বপি যৎ স্বদত্তং সুহৃৎ কৃতং ফল্গ্বপি ভূরিকারী।**
**ময়োপণীতাং পৃথুকৈক মুষ্টিং প্রত্য গ্রহীৎ প্রীতিযুতো মহাত্মা॥ ৩৫**

মণিপুরী অন্বয়ঃ—মহাত্মা = শ্রীকৃষ্ণনা, স্বদত্তং বস্তু = নিজভক্ত মহাক্কী পত্নী ব্রাহ্মণীনা লাংজরক্লিবা চেংপাক, উরু অপি = য়াম্লবস্থু য়ামই হায়দ্রবা, যৎ কিঞ্চিৎ করোতি = খরদং ওইরবস্থু, সুহৃৎ কৃতং বস্তু = মরুপ শুংশিবনা বচ্চরক্লবা অতুদি, ফল্গু অপি—খজিতং ওইরবস্থু, ভূরিকারী = বহুৎনি য়াম্লবনি খনবিথিবনি মরম অসিদগী, ময়া উপণীতং = থাঙ্গেশেংনা কৃষ্ণ মগাকী মনাক্তা পুরক্লিবা খজিক্তং, পৃথুকৈকমুষ্টিম্ = ঐনা পুজখিবা মুষ্টি মরি চেংপাক অতুদি, প্রীতিযুতঃ = পেনবিতুনা, প্রত্য গ্রহীৎ = লৌবিখরে হাবিখরে। ৩৫

---

হরাওজবগুম, ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা মচিন্দা সনা, লুপা, চান-থরুবা পিয় হায়না নিদ্রবস্থু মাগী পত্নীনা পঞ্জখিবতু শ্রীদামনা কাওদে কাওদ্রেবস্থু মাগীদি শ্রীভগবানগী দর্শনতবু পাম্বনি। অতুবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনদি ইন্দ্রদেবগী ভবনগী মতৌগুম ভক্ত ব্রাহ্মণ শ্রীদামগী মফমদা অরাৎপা হায়বতু লৈহনখিদ্রে। ৩৪

মহাত্মা জীবগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণসে চান্নরবা মনাই ভক্ত ব্রাহ্মন্না পুবকপা পোৎ য়াম্লবস্থু য়ানই হায়দে, য়ামদ্রবস্থু য়ামদে তাকপিদে, ভক্ত ওইবশিংনা পিরকপা পোৎ খজিক্তংতু য়ামই হায়না পুক্নিংনা খল্লিবনি। মরম অসিদগী ঐহাক্না মুষ্টি মরি চিড়া পুজখিবা অতু কৎলুদ্রবস্থু ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না পেনবিতুনা মুষ্টি অমা লৌরগা হাবিখরে। সখা মরুপ ঐনা পেনবনা জগৎ পেল্লশনু তাকপি। ৩৫

মন্তব্যঃ— শ্লোক ২৯—৩৫ ফাওবগী অশুপ্পা কাহিনী—

অসিগী মতুংদা নিজগৃহগী মনুংদা চংলগা ভক্ত ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা হায়খি—থাঙ্গেশোনা মসিদি ইয়ুম-সু নত্তে, কক্ষকা-সু নত্তে, মসিদি স্বর্গলোক বাসিশিংনা লৈগদবা মফমনি। অসিগুম্বা দল্লান অসিগী থোং-নৌরবা আরামপদ নুংঙাইবা আসন ফমফম। গৃহগী শয্যাশিং থম্বালগী মতৌগুম্না থোংলবা অমসুং শঙ্গোম অনৌবগী ঙৌরবা কোঙ্গোনগুম্বনি, শামু ময়ানা শেম্লবা তরু-তরুবা পর্য্যঙ্কনি সনামক্না শেম্লবা রত্ননা থাম্লবা মশক্কি। সনানা মখোক ওইরবা চামর কয়া অমসুং হুমাই কয়ানা গৃহ অসিদা ফজগ্রিবা। অতোপ্পা মফম অমদা মুক্তাতনা হংলবা লৈতেংলবা মখল কয়ানি, রেশমগী থাগুম্না ঙাল্লবা গৃহসিগী ফজবা হেনগংহল্লি। তরুরবা মণিশিংনা শেম্লবা লৈমাই, ফকলাং খুদিং মরক্তা মণিগী থোইনা ফজরবা মঙান কয়ানি। মফম অসিদা নশানা লৈতেং তৌরবী রমণীশিং অমদি রত্নশিংগী দীপশিখা মঙান্না অমত্তা ওইরগা অঙকপা লংলবা দৃষ্টিতনা ফজখরে।

মাইকৈ শোমদনা মখল কয়ানা তিনবা শিংথাবদা ওল্লরোইদবা কয়া অমা শ্রীদাম ব্রাহ্মণ্না নিংশিংতুনা চিন্তা তৌখরে। উরু-উরুবা খুদিং অমুকসু খনখি—ঐগী পুন্সি, লাইরবগী পনথৈ লাইরবগী ব্রাবা লোইরবনি। মরম্না করিনো? ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা দৃষ্টি নত্তনদি অতোপ্পা করি অমত্তনা ফংলরোই। ভগবান শ্রীকৃষ্ণ আত্মারামনি মহাক্না মরম পুন্নমক্তা মপু ওইবিব্রিবনি। ইবুংঙো মশামক লক্ষ্মী পতিনি অমসুং ঐশ্বর্য্য ৬ না তিনবনি। মহাক্না ভক্তশিংগী অনিংবা অতুবু মপুং ফাহনবনি। মরম অসিদগী পুন্নমক অসি ঐগী ইবুংঙো

শ্রীকৃষ্ণগী থৌজান্দগী ওইরকপনি চিংননিংঙাই লৈতে। হে শ্রীকৃষ্ণ! থাঙ্গৈশেংবদি অন্তর্য্যামী ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা ওইহনবিরিবনি, মরম অসিদগী ঐহাক্তস্থ ইবুংঙো মাগী মফমদা ভোজ্য বস্তু কচ্চরুবগী অহেনবা ঐশ্বর্য্য পিবিরিবনি। তৌইগুম্বস্থুং ঐগী ভোজ্য বস্তু অতুগা মান্নবদি কদাইদগী করম্না ওইগনি খজিক্তনি ঐনা পুজবস্থু। মরম অসিনা ঐগী ভোজ্য অতুদগী হেনবা ঐশ্বর্য্যাদ দেবরাজ ইন্দ্রগুম হায়দ্রবস্থু নিরুদ্রবস্থু সম্পত্তি পুম্নমক অসি ঐঙোন্দা কৃপা পিবিবনি, দৃষ্টান্ত ওইনা কনাগুম মতুদি—সমুদ্রনচিংবা জলাশয়না মশাগী ওইনা চুথরকপনা মরম ওইতুনা মপুং ফানা থলহল্লবস্থু পর্জন্যদেব নোংগী মপৈনা মাগী ক্ষেত্রদা বারিবর্ষন তৌদ্রবস্থু মানা খংদ-উদবা অহিংদা চুথখিবা ঈশিংনা নিদ্রাভঙ্গ ওইনরিবনি। মতম অতুদা তারকপা ঈশিংনা মাগী ক্ষেত্র লৌবুক থুম্না ঈশিং পিরিবনি। মতৌ অসিগুম্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ঐবু খংহন্দনা অস্তুক য়ানগ্রবা ঐশ্বর্য্য সম্পত্তি পিবিরিবসিনি। ভক্তি অমস্তুং পেনবগা লোইননা ভক্তনা করিস্থু পিরুদ্রবস্থু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অহেনবা অমস্তুং মহামুল্য ওইবা উপহার পুম্নমক অসি ঐহাক্তা নিংজরি মহাধন্যনি। শ্রীদাম ঐনা দৃষ্টান্ত অসি থমজরি। ঐনদি ইচম-চম্না ভগবান মাগীদমক চারি মুষ্টি চিড়া খক্তং পুজখিবনি অহুস্থু ইকাইবদগী পুথোক্তনা পিবা ওমজখিদে। তৌইগুম্বস্থুং কয়াদা পুকচেন চাওগ্রবনো ইবুংঙো মহাকসে, ঐঙোন্দগী চিড়া মুষ্টি অমত্তুং লৌরগা শ্রীমুখনা হাখিবনি অসিবু প্রতিপাদন তৌদুনা দেবরাজমক্তা চাংদম্নতুনা ঐশ্বর্য্য পিবি। মরম অসিনা হে প্রাণনাথ! হে ভগবন্! ইবুংঙো নহাক্তা মান্নবা ত্রিজগৎ'সিদা লৈতরে পুম্নমক্কী অথোইবা দাতা ওইবনা। ২৯—৩৫

তস্যৈব মে সৌহৃদসখ্য মৈত্রীদাস্যং পুনর্জ্জন্মনি জন্মনি স্যাৎ।
মহানু ভাবেন গুণালয়েন বিষজ্জতঃ তৎ পুরুষ প্রসঙ্গঃ॥ ৩৬
ভক্তায় চিত্রা ভগবান্ হি সম্পদো রাজ্যং বিভূতীঃ ন সমর্থয়তাজঃ।
অদীর্ঘবোধায় বিচক্ষণঃ স্বয়ং পশ্যন্ নিপাতং ধনিনাং মদোদ্ভবম্॥ ৩৭

মণিপুরী অন্বয়ঃ—পুনঃ জন্মনি জন্মনি = মপোক মপোক খুদিংদা, মে = ঐনা, তস্য এব = অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী, সৌহৃদসখ্য মৈত্রীদাস্যং স্যাৎ = চান্নবগী ওইবা সখ্যতা-মিত্রতা-দাস্যঞ্চ হায়রিবশিং অসি (ওইজগনি) ওইহনবিয়ুকো, গুণালয়েন = মপান নাইদনা মঙ্গলগী গুণনা, মহানু ভাবেন = শ্রীকৃষ্ণমক্না, বিষজ্জতঃ = থোইদোকপা ভাব সঙ্গদা পুক্নিং লুপ্পা, তৎ পুরুষ প্রসঙ্গঃ = ভক্তশিংনা লাকশিনথবা সঙ্গ, স্যাৎ = ওইথরে। অজঃ = পোকপা লৈতবা, বিচক্ষণঃ = পুন্নমক্না খংবা, ভগবান্ = কৃষ্ণনা, ধনিনাং মদোদ্ভবং = ঐশ্বর্য্যনা ময়াই কাবা, নিপাতং = লৈথা তারবা, স্বয়ং পশ্যন্ = মশামক্না উরদুনা, অদীর্ঘবোধায় ভক্তায় = মনাক্তা লৈবা ভক্ত ওইবা, চিত্রাঃ = মখল মখা অয়াম্বা, সম্পদঃ রাজ্যম্ = রাজ্যগী ওইবা, বিভূতীঃ = নুপী অঙাংনচিংবা লন অসিবু, নহি সমর্থয়তি = পিবিদ্রবনি, তমেব কৃষ্ণং ভজামি = ঐগী নত্তনা জগৎনা নিংনরিবনি। ৩৬—৩৭

---

হে জগৎপ্রভু! তোল্লবা ননাইনা অমুক হন্না মপোক মপোক খুদিংদা তোল্লবা মপোক্তা পোক্লবস্থু ননাইবু, ইবুংঙোগী চান্নবা মরুপ নুংশিবা মনাই ওইজবা সুহৃৎ-সখা-মিত্র অমসুং দাস (ননাই) ওইজবা, মপান নাইদবা মঙ্গলগী তুংফম, পুকচেন চাওবা, শ্রীকৃষ্ণ সঙ্গ সেবা ফংজবা ঐনা পামজে। মহাক্কী ভক্তশিংগা লোইনজবা

ইত্থং ব্যবসিতো বুদ্ধ্যা ভক্তোঽতীব জনার্দ্দনে।
বিষয়ান্ জায়য়া ত্যক্ষ্যন্ বুভুজে নাতিলম্পটঃ॥ ৩৮

মণিপুরী অন্বয়ঃ—(হে মহারাজ পরীক্ষিৎ!) জনার্দ্দনে = ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা, অতীব ভক্তঃ = থোইদোক্লা ভক্ত ওইবা শ্রীদাম ব্রাম্ভন্না, বুদ্ধ্যা ইত্থং ব্যবসিতঃ = য়াম্না পুক্নিং চংনা খল্লগা (পুক্নিংদা লেপ্লগা), ন অতিলম্পিট = বিষয় পুম্নমক্তা অপাম্বা পুম্ননক, ত্যক্ষ্যন্ = তপ্ন-তপ্না থাদোক্নিংবদগী. জায়য়া = পত্নীগা লোইননা, বিষয়ান্ বুভুজে — অনাসক্ত বিষয়দা ভোগ তৌখরে। ৩৮

---

মপোক খুদিংতদি ফংজবা ননাইনা পামজরিবসি ফংহনবিয়ু। ৩৬

হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! পোকপা শিবা লৈত্রবা, খংদ-উদা লৈত্রবা ঐশ্বর্য্য তরুক্না অরাৎপা লৈত্রবা ভক্তগী পুক্নিং থুংহনবা কৃষ্ণনা, মরন-মথুম, মচা-মনাই, ঐশ্বর্য্য ওইতুনা ময়াই কারবশিংবু নরক তাহল্লি। ভক্ত ওইবগী মফমদদি হায়বদি—য়াম্না থুনা লোইবা (কুইনা চত্তবা) অমাংবা ফল পিদে। "স্ব ভক্তেভ্যো দৃঢ়াং ভক্তি ফলং দদাতি" অমাং-অতা লৈতবা বিবিধ সম্পৎ, রাজ্য, সম্পত্তিশিং পুত্র, পৌত্র, কলত্র, গৃহীণী, সতী ওইবী, গুণাকর অরাৎ-অপা লৈত্রবা গুণনা তিনবা (গুণ চেল্লবা) ভাক্তা পিনবিরিবা শ্রীভগবান্নি। ৩৭

হে রাজন! ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অসিগুম্বা ফংডমত্রবা বিষয়শিংদা ব্রাহ্মণগী অভকপা পোক্তে। মরমদি ব্রাহ্মণশিং অসিদি লাইগী লাই ওইরবা যজ্ঞ পতি প্রভু শ্রীকৃষ্ণগীদি থোইদোক্লা মাননীয়নি ভক্তি ময়নি খনবি। ব্রাহ্মণশিং নত্তবা অভক্ত ওইবা অতোপ্পা কনাগুম্ব-শিংবুদি থোইদোক্লা ইকাই-খুম্নদে। ৩৮

তস্য বৈ দেবদেবস্য হরে র্যজ্ঞপতেঃ প্রভোঃ।
ব্রাহ্মণাঃ প্রভবো দৈবং ন তেভ্যো বিদ্যতে পরম্॥ ৩৯
এবং স বিপ্রো ভগবৎ সুহৃৎ তদা দৃষ্ট্বা স্বভৃত্যৈ রজিতং পরাজিতম্।
তদ্ধ্যানবেগোদ্ গ্রথিতাত্ম বন্ধনঃ তদ্ধাম লেভেঽচিরতঃ সতাং-
গতিম্॥ ৪০

মণিপুরী অন্বয়ঃ—(ভগবতঃ শ্রীকৃষ্ণগী অসিগুম্বা ব্রাহ্মণ ভক্তি অসি অঙকপা ওইদে মরমদি) ব্রাহ্মণাঃ বৈ=ব্রাহ্মণশিং অসে, তস্য দেবদেবস্য=লাইগী লাই ওইরবা, যজ্ঞ পতেঃ=যজ্ঞ পতি, প্রভোঃ =মপু ওইরিবা, হরেঃ প্রভবোঃ=হরি শ্রীকৃষ্ণগীদি, মাথ্যাঃ= ইকাই-নিংঙাইনি কৃষ্ণ ভক্ত ওইখিবদগীদি, তেভ্যঃ পরং=পুম্নমক্তগী অথোই বনি ব্রাহ্মণশিংগীসু অথোইবনি, দেবং=(অতোপ্পশিংদি) লাইনি হায়না ইকাই-খুম্নবতনি, ন বিদ্যতে=মহাক্কীদি লৈত্রবনি। ভগবৎ সুহৃৎ=ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী চান্নরবা মরুপ, সঃ বিপ্রঃ=ব্রাহ্মণ অতুনা, তদা এবং=মতৌ অসুম্না, অজিতং=কনাগুম্বনা মাইথিবা পিবা ঙমত্রবা, স্বভৃত্যৈঃ=ভক্ত খিবিক্না, পরাজিতং=জয় তৌখ্রবা ভক্তগী মখা পোনবতু, দৃষ্ট্বা=উরগা, তদ্ধ্যানবেগোদ্ গ্রথিতাত্ম বন্ধনঃ =ভগবান শ্রীকৃষ্ণ ধ্যান তৌবতুনা সংসারগী অপুনবা অতু কোক্লতুনা অহঙ্কার পক্রবা মহাক্না, অচিরতঃ=মতম খজিক্তনা, সতাং গতিং= সতানা তিনবা ব্রহ্মবিদ্যাগী গতিরূপা ফংতুনা কৃষ্ণগী, তদ্ধাম=অতু-গুম্বা অথোইবা ভগবৎ পামজববু, লেভে=ফংহনবিখ্রে। ৩৯—৪০

---

হে রাজন! ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদদি অসিগুম্বা ব্রাহ্মণগী ভক্তি হায়বসি থোইদোক্না অঙকপা ওইদে। মরমদি ব্রাহ্মণশিংগীদি

এতৎ ব্রহ্মণ্য দেবস্য শ্রুত্বা ব্রহ্মণ্যতাং নরঃ।
লব্ধভাবো ভগবতি কর্ম্মবন্ধাৎ-বিমুচ্যতে ॥ ৪১

মণিপুরী অন্বয়ঃ—নরঃ = মীওইবনা, এতৎ = অসিগুম্বা উপাখ্যান অসিবু, ব্রহ্মণ্য দেবস্য = শ্রীকৃষ্ণগী, ব্রহ্মণ্য তাং = ব্রাহ্মণগী ফননবা তৌরিবা কথাবু, শ্রুত্বা = তারগা, ভগবতি = ভগবান্দা, লব্ধভাবঃ = ইবুংঙো মাবু ফংলহনা ভগবত্ ভক্তি অহনা কল্লবা, কর্ম্মবন্ধাৎ = কর্ম্মনা পুনবা অসিদগী হায়বদি সংসারগী অরাবা ঈপাক অসদগী, বিমুচ্যতে = কোকলিবনি। ৪১

---

লাইগী লাই ওইরবা যজ্ঞ পতি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগীসু মাংণীয়নি। ব্রাহ্মণশিংদগী তোঙানবা অতোপ্পা কনাগুম্বা জাতিদি ব্রাহ্মন্দগী হেল্লবসু ব্রাহ্মণ নত্রবসু ভক্তিময় ওইবা ভক্তদি পুনথোই থোইবা ওইহনা ভক্তবৎসল হায়বসি শোন্নরিবনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মরুপ ব্রাহ্মন্না মতম অসিদা মতৌ অসুম্না অতোপ্পা অমনা মাইথিবা পিবা ঙমত্রবা শ্রীভগবানবু মহাক্কী ভক্তিনা খুহুম চনবহ্ উরগা মহাক্কী ধ্যানগী পাঙ্গলন্না সংসারগী অফা-অপুন অসিদগী য়ামত্রবা মতমগী মন্থংদা কোক্তুনা অথোইবা গতি ভগবত্ পদ কমল পদারবিন্দ অহু ফংজখ্রবনি ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা। ৩৯—৪০

হে রাজন! মীওইবা হায়বসিনা অসিগুম্বা উপাখ্যান অমসুং ব্রহ্মণ্য দেব শ্রীকৃষ্ণগী ব্রহ্মণ্যতা গুণশিং অহু তারগা ভাগবত ভক্তি ফংজরহনা সংসার ঈপাক অসিদগী অফা-অপুন (লাঙ্) অসিদগী কোকপা লাম্থোকপা ঙম্লিবনি। ৪১

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দশম স্কন্ধে পৃথুকোপাখ্যানং নাম একাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥ ৮১

মন্তব্যঃ—শ্লোক ৩৬—৪১ ফাওবগী অশুপ্পা কাহিনী—

ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মশান নাইত্রবা গুণ কয়াগী কথা (রারী) থোজান থাগৎনরিবা ভক্ত বাৎসল্য কথা চিন্তা তৌরগা ভক্ত শ্রীদাম ব্রাহ্মনা কৃতজ্ঞতা ওইখরে, মহাক্না কৃষ্ণদা পুক্লিং হাপচিল্লগা হন্না হন্না প্রার্থনা তৌখরে ঐহাক মোক্ষ পামজদ্রে ঐগী কর্ম্মগী ফল মতুং ইন্না মতম অসিদা ঐবু অমুক হন্না হন্না পোক্লকখিবনি মসিদা ঐগী মপোক খুদিংমক্তা ঐ ঐগী মঙ্গল পিন-হৈবা ভগবান পরম-দয়াল্লু শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরনদা স্নেহ, প্রেম, সখ্যঃ প্রণয়, মিত্রতা অমসুং বন্ধুভাব দাস্যভাব ওইজবসি ফংহনবিয়ু। প্রতিজন্মদা শ্রদ্ধা ভক্তি প্রেম ভক্তিনা থৌগঞ্জবা সেবা মপোক খুদিং ননাইনা নিজরি।

হে কৃষ্ণ! লাইরবা ননাই লন-থুম ঐশ্বর্য্য নতিক-মগুণ করিসু পামজবা লৈখিদ্রে, ননাইনা পামজে ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা চানবিবা। ননাইনা লৈমাইদা ফম্বা, তুম্বা তৌহনা অসিগুম্বা ব্রত অসিদা পুক্লিং চংলিবা ইবুংঙো নহাকী নাম, গুণ, মহিমা, শক-শোন্দুনা অসুম জীবন লেঞ্জখরগে—"স্থণ্ডিল শায়ী তদীয় ব্রত নিষ্ঠঃ শ্রবণ কীর্ত্তনা দিষু পরমা গ্রহবান্।" হে কৃষ্ণ! ননাইবু ফংহনবিয়ু শ্রীচরণ সেবা।

(বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তি সারার্থ দর্শিণী) দা য়েংবিগনি।

অমুকস্মু প্রার্থনা তৌজরি— "মপান নাইদনা গুণগী তুংনফম ওইবিরিবা শ্রীকৃষ্ণ শ্রীচরন্দা পুক্নিংনা একান্তিক ভজন ফংজবা অমদি প্রেমী ভক্তশিংগা লোইননা মতম পুম্নমক্তা তিননজবা, সঙ্গ ওইজবা, পামজরিবা অসিতদি পিনবিয়ু ননাইদা অতৈ অমা পামজদে।"

শিবা পোকপা লৈতবা পরমেশ্বর শ্রীভগবান সর্ব্বজ্ঞনি। ভক্ত শ্রীদামনা খংগ্রে—খোইদোক হেন্দোক্লা ধন, ঐশ্বর্য্য, সম্পত্কী প্রভাবতা ময়াই কারিবা সন্মান তৌরিবা পাম্লিবা মীওইশিং অতুদি লৈখা তাবা শোইদ্রবনি। ঐশ্বর্য্যনচিংবা বিষয় পামজদে, হায়রিবা মখোইশিং অসি পামলুবা মরম্না মখোইগী ভক্তি লৈখা তানবা ওই। ভক্তগী ভক্তিদা —"যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাং তথৈব ভজাম্যহম্ মম বর্ত্মানু বর্ত্তন্তে মনুষ্যা পার্থ সর্ব্বশঃ।" অস্মুম্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখিবনি। অতু ওইরবদি লন-থুমদা ময়াই কারবা আশক্তি কদাইদা করি মাংখিগনি খন্দুনতা লৈরবদি ভগবত্ ভজন্দগী কায়তুনা থাদোক্তুনা কোমথোরকপা শোইররোই। লেংদ্রবা ভক্তগী ভক্তিদি য়াম্না চেৎপা ওইবনি। শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্ত ধ্রুব, প্রহ্লাদ, অম্বরীষ মহারাজ অসিনচিংবা মখোই পুম্নমকশিং অসি বিষয় বৈভব অসি লোইনা কখোকখিবনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু ফংজখিবনি।

ভক্ত ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা খনখি—ঐহাক্না তৌজরিবা কৃষ্ণ ভক্তি মুনবা লৈতে, মসিগীদমক্তা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদা ঐবু দি লন-থুম পিরিদে। মতম অতুদা ঐগী পত্নী (গৃহিণীগী) মনোরথ মপুং ফানবগীদমক ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ধন, ঐশ্বর্য্য দান পিবিখিবনি ঐহাক করিস্মু ঐশ্বর্য্য সম্পত্তি পামলুদে, শ্রীকৃষ্ণ ফংননবগীদমক্তি নিংজখি।

মতাং অসিদা খংবা ভম্মি অসিগুম্বা ব্রাহ্মণ শ্রীদাম, ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অথোইবা ভক্তনি অমসুং সখানি মরুপ্নি। মহাক শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিদা য়াম্না পামজবা মনাইনি, মহাক্না বিষয় ভোগপু করিস্মু পানলুবা লৈতে অস্মুম ওইনা পুম্নমক্না খংনখরে মহাক্তি দৈন্যনি। নাপন য়াওদবনি হায়বসি ফোংদোকই। তশেংবদি জ্ঞাণী অমসুং ভগবত্ ভক্তগী থম্মোইদা দীনতা পক্নুনা লৈজবনি অহঙ্কার নাপন অভিমান করিস্মু লৈত্তবনি। ভক্ত শ্রীদাম অস্মুম্না শেংলবা অমকপা মচেং অমা য়াওজ্রবা পক্রুবা ভক্ত পুরুষনি খংনরিবনি।

ওইসম্মু শাস্ত্রজ্ঞ ভগবত্ ভক্ত শ্রীদাম অস্মুম্না নিশ্চয় তৌরগা লন-থুম বিষয়দা ফংহনখি মহুদি—ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদগী পিরকপা সম্পত্তি অসিদা মিহৌরুবা পুক্নিং চংলুবা লৈখিদে। তৌইগুম্বসুং ভগবৎ সেবা অমসুং ভগবত্ ভক্তগী সেবা পুক্নিং চংবনি মসিমক শ্রীদাম ভক্তনা বিষয় ভোগতা অনাসক্ত ওইরগা অমসুং বৈরাজ্ঞ ভাব ফংহনা পুক্নিংদা ত্যাগী ওইরগা করিস্মু পাম্মদবা ভাবতা পত্নীগী মাংদা পুক্নিং নুংঙাইনবগীদমক পত্নীগা লোইননা সম্পত্তি পুম্নমক্তা সংযম তৌহনা সেবাদা পুর্ণ ওইখি।

ভক্ত ব্রাহ্মণ শ্রীদামগী অসিগুম্বা জীবনগী আচরণ অসিদগী ঐখোইদস্মু অস্মুম্না তাকপিবনি। মরম অসিনা লম্নচিংবা সম্পত্তি পুম্নমক ঐখোইগী ইন্দ্রিয়শিং পেন্নবগী নত্তনা ভগবানগী পেনবিনবা তৌগে নিংবা অসিমক শোইদনা ভগবানগী সেবাদা ভক্ত ওইবশিংগী সেবাদা কথোক্কদবনি। মরমদি—ধন সম্পত্ ইন্দ্রিয় পেননবগী উদ্দেশ্যদা ব্যবহার তৌরগা লৈখা তাবগী মরম ওইরিবনি।

মরম অসিনা ভগবত্ ভক্ত ব্রাহ্মণবু হেন্না ইকাই খুম্নগদবনি। ব্রহ্মণ্যদেব ভগবান শ্রীকৃষ্ণগীদি ব্রহ্মণ্য তানি। ভক্ত অমস্যুং জ্ঞানী হায়বসি পুম্নমক য়েংনরুবদা হেন্না পূজা তৌগদবনি. ইকাই-খুম্নফম্নি। মসিমক ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ব্রাহ্মণ শ্রীদামগী মফমদা, পেনবিখিবা আচরণনি হায়বসিস্থু খংহল্লিবনি।

কৃষ্ণ সখা ব্রাহ্মণ শ্রীদামনা মহাক্কী শেংলবা ভক্তিনা পাঙ্গল ওইদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু থুদুম চনখরে। অসিগুম্বা শ্রীভগবান অসে ভক্তগী ভক্তিগী মফমদা মনাক্তা পরাজয়নি হায়বসি য়াখরে। ভক্তগী মখা পোল্লবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি, মসিমক মহাক্কী লেংদ্রবা স্বাভাব গুণনি। শ্রীদামন মাগী গৃহদা লৈরবস্থু ক্ষণ খুদিং ভগবান শ্রীকৃষ্ণতবু নিংই। পুক্নিং চংনা ধ্যানগী শক্তিনা মহাক্কী কর্ম্মনা মশক ওইবা সংসারগী মায়া অফা-অপুন কোকথ্রবনি। য়ামদ্রবা মতমগী মন্নুংদা মুক্ত ওইবা হায়বসি পুরুষশিংগী অথোইবা লম্বীনি। শ্রীদাম ভগবৎ পাদ ফংজখরে "ভগবদ্ধাম পরম বৈকুণ্ঠ গমন করেণ" অথোইবা ধাম মফম বৈকুণ্ঠ ফংখরে। (তদ্ধাম লেভে)।

শ্রীশুকদেব গোস্বামিনা হায়খরে—শ্রীকৃষ্ণ অমস্যুং ব্রাহ্মণ শ্রীদামগী অসিগুম্বা ৱারী অসিবু পুক্নিং চংনা থাজবগা লোইননা তারবা খংলবা অসিগুম্বা ভক্ত শ্রীদামগী মতনা ব্রাহ্মণ পুম্নমকসি ভগবানগী কয়ামুক ওইবা প্রিয়নি অচানবনি, সংসারগী মশক ওইবা কর্ম্মনা পুল্লিবসিদগী মুক্ত ওইরদুনা ভগবদ্ধাম ফংলিবনি। ৩৬—৪১

মতাং অসিদা বঙ্গানুবাদগী অর্থাৎ মণিপুরীদা তৌবা ভক্ত ব্রাহ্মণ শ্রীদামগী কথা (ৱারী) লোইরে। ইতি—

# শ্রীপ্রভাস খণ্ড তৃতীয় অঞ্জলী

ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়

শ্রীকৃষ্ণাখ্যং পরম পুরুষং পীত কৌষেয় বস্ত্রং,
গোলোকেশং সজল-জলদং শ্যামলং স্মেরবক্ত্রং ।
পূর্ণব্রহ্ম শ্রুতিভি-রুদিতং-নন্দসূনুং পরেশং,
রাধা কান্তং কমল-নয়নং চিন্তয়ন্তং মনো মে ।
সর্ব্ব শ্রুতি শিরো-রত্ন সমুৎ ভাসিত মূর্ত্তয়ে ।
বেদান্তম্বুজ সূর্য্যায় তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ ॥

---

ওঁ কারগী মশক ওইবা ভগবান বাসুদেব খুরুমজৈ পরম পুরুষ ওইবা খ্বাঙদা সনা ফিগে লৈতেংবা-ও, গোলোক ধামগী অথোইবা মপু-ও, প্রাণীশিংগী মফমদা পিনরিবা অমৃত, ফুইনা হৌরক-নোংগুম্বা, মোমোন নোকমি মাইথোঙ্ ওইবা, পূর্ণব্রহ্ম-নিসু খংহনবিবা শ্রুতি নন্দ নিংথৌ মপারি লাইলক্তগী অথোইবা, রাধিকাগী চান্ন-থোইবা, নয়ন্না থম্বাল-লকা তমজবা, পুক্নিংগী নিংনফম ওইব্রিবা শ্রীকৃষ্ণ কৌবা ইবুংঙো খুরুমজরি ননাইনা চানবিয়ুকো ননাইবু । বেদ পুস্তগী কোকলেন ওইবা, শক্তম ওইনা ঙানবিবা, বেদান্ত অম্বুজনি থংহল্লিবা, সূর্য্যগীসু শক ওইবা, গুরু শক্তম ওইবিবা খুরুমজরি ননাইনা ।

শ্রীদাম কৌবা ব্রাহ্মণগী শাপ্না রাধা চহী ১০০ শ্রীকৃষ্ণ কায়নরে বৃন্দাবন থাদোক্লুনা মধুপুরদা লেংখরে । দ্বারকাগী লীলা শান্নহুনা লৈমা লিশিং ১৬০০০ থৌগন্দুনা মচা-মশু, শুথাংনা মচা ১০/১০

পোক্তুনা চাওখ্রবা দ্বারকা মহাদেশ ওইনস্তু নরলীলা শান্নখ্রে। বৃন্দাবন বাসী খুদিংমক কৃষ্ণ কায়না মৈনা অরা-মৈচাক কোক্তরে. রাধা কৌবী ইবেম্মদি শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংদ্রিবা মথৈ চাবা-থকপা তৌখিদ্রে, মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ দর্শন হেক ফংবদা প্রাণ থাগে লেপখরে, দিবা নিশি অষ্টকাল কৃষ্ণতবু থম্মোইদা (কৌজরি রাজরি ইমিংনদি উজদ্রে, কৃষ্ণ প্রেমনদি মৈ ওইরে অহিং-নুংথিল (নুমিং চুপ্পা) মৈচাক খাংজরি। শিবস্তু ওমহন্দে ব্রাবস্তু কোকপিদে, অস্তুম মতৌ ওইতুনা হুন্দোকপিরম্নবা শ্রীবৃন্দাবন্দা ইবেম্মা রাধানা কৃষ্ণতবু শোন্দুনা কায়না মৈচাক খাংজরি।

নন্দ যশোদা অনিনা, মচা কায়না মৈশানা দিবা নিশি কৃষ্ণতবু শোনখরে। নুংশিদকো ইবুংঙো, নুংশি হৈত্রবা নহাক্না ঐবু অরাবগী মৈচাকসে কোকহল্লরোই লেপ্লবরা? লাইবক ফৈদা ঐহাক্তি কৃষ্ণ নংবু ইচা ওইনা ফংজরুবা। শোনখিদো বৃন্দাবন বাসী পুম্নমক্ত, পোকওমদনা পোকপনি ফংওমদনা ফংবনি কৃষ্ণ নংবু নন্দ যশোদানা, মতৌ অস্তুন্না কপচ-কৌজবতনা অনিগী পুন্সি ওইরিদো। ইমাগী গোপাল কৃষ্ণ !! ইপাগী কহ্নয়ালাল !! কৌহুনা লেল্লকপনা চহী ১০০ (চামা) শুরক্লেনে ইবুংঙো। বৃন্দাবনগী শা-উচেক. যণ-ইরোই য়াও-হামেং জীবশিংনা মওক রাংনা থাক্সতুনা কৃষ্ণ কৌহুনা লেল্লি।

মথক্কী শরুক অধ্যায় অঞ্জলী কয়া হৌখিহুনা প্রভাস কৈথেল বর্ণন তৌখরে, ও শুবা অঞ্জলী বর্ণন তৌরক্লে। নারদ বৃন্দাবন্দা লাকপা, "পৌর্ণমাসী দেবী দ্বারাকা-ব্রজ-বাসীনাং যজ্ঞ সংবাদং।" পৌর্ণমাসী দেবীনা যজ্ঞগী পাউ পিবা মথং মথং বর্ণন তৌরকই—।

## অথ নারদঃ বৃন্দাবন পুনরাগমনং কালি স্তুতিঃ বর্ণ্যতে

(বৃন্দাবন্দা নারদা অমুক লাকপা অমস্তুং পৌর্ণমাসী দেবীনা ব্রজবাসীশিংদা যজ্ঞগী পাউ পিরবা।)

এখানে নারদ মুনি মুহূর্ত্তে ভ্রমিয়া।
ব্রজ বিনা ত্রিভূবনে নিমন্ত্রণ দিয়া॥ ১
মনে মনে ভাবে এবে উপায় কি করি।
বৃন্দাবনে নিমন্ত্রিতে নিষেধিল হরি॥ ২
যে হেতু যে করিলাম না ধরিল ক্রম।
বুঝিবা হইল মম বৃথা পরিশ্রম॥ ৩
সুমন্ত্রনা মনে মনে করিলাম যত।
চক্রির চক্রেতে পড়ে সব হৈল হত॥ ৪
ব্রহ্মার নিকট আমি করেছি স্বীকার।
কৃষ্ণ সহ সুমিলন করাব রাধার॥ ৫
এক্ষনে যদি মিলন করাতে না পারি।
বিধির নিকটে লজ্জা ঘটিবেক ভারি॥ ৬
বিশেষতঃ ব্রজে গিয়া আগে আমি তায়।
আশা দিয়া আছিয়াছি শ্রীমতী রাধায়॥ ৭

---

অসিগী তুংদা নারদ মিকুপ্তা ত্রিভুবন বার্ত্তন তৌথরে, বৃন্দাবন্দা অমুক লাক্লে করি উপায় তৌশিগে হন্না হন্না খল্লক্লে। বৃন্দাবন

বার্ত্তন তৌবস্নু শ্রীকৃষ্ণ মানা য়াখিদরে মসিদি নিয়ম চুম্বস্নু নক্রে ঐগী হোৎনরুবা অরেম্বা তারবনিদো, নিংথিনা হোৎনরুরা পুম্বা চক্রীগী চক্রদা ওয়া মাংবা তারেদা, ব্রহ্মাণী য়াথংদা ঐনা য়াহ্নুনা লাকপা থৌরমনি, কৃষ্ণগা শোইদনা রাধিকা উনহন্নি ঐনা হৌজিক উনহনবা ওমদ্রবদি বিধিগী মমাঙদা ইকাই-নিংঙাইনি ঐদি, মরু ওইনা ব্রজদা চৎলগা রাধাদা আশা পিরম্মে, রাধানা নিংজবা কায়রবদি মহাক্না শাওরবদি ব্রহ্মাণ্ডস্নু তুমলগনি, অস্নুম্না কয়া মতম থল্লগা লাকপনি ।

নারদ মুনি চিন্তা তৌহুনা মৌরক্লে শোয়দবা ওইসনু ব্রজ পাউ পিগনি বার্ত্তন য়াওদনা পুরক্লে রাধাবু প্রভাসদা, ব্রজবাসীশিংনা প্রভাসদা লাক্নবা ঐমক শোয়দনা উনগনি কৃষ্ণগা । অস্নুম নারদ থম্মোইদা চেৎনা থল্লগা বৃন্দাবন পাওনা মুনিনা চৎলকখ্রে, অদুবু ইকাইবনা মুনিদো ব্রজ চংবা ওমদরে । হন্না হন্না থল্লকই কনাবু উনসিগে । অস্নুম তৌনা লাকপনা চৎলক্লে মহাকালী মন্দিরদা, ব্রজপুর চংখোনবা লৈকোল্নি, মহুদা ওাম্মোইরি শিলা মুর্ত্তি কালিনা, মপুং ফানা ফাউরিবা থা তক্কানিথোই মক মহুনা মাবু "পৌর্ণমাসী" কৌবনি, উহন্দনা মহাক্না উগ্রচণ্ডা ওইহুনা ওাকশেল্লি গোকুলবু কৃষ্ণ য়াথং ওাকুনা ব্রজবাসী পুম্বনা য়াম্না ভক্তি তৌবনি । নুমিৎ খুদিং থা খুদিং তত্তনা পূজা কৎপনি । অস্নুম খন্না খন্না ভগবতী পৌর্ণমাসী মন্দিরদা নারদস্নু চংখ্রে খুরুমহুনা চরন্দা স্তুতি তৌজখ্রে ।

শিওরাম দাসনা অহুমশুবা অঞ্জলীগী অহানবা অধ্যায় কচ্চবা মতাং অদিদা লোইরে । ইতি

## অথ নারদং কর্তৃক কালীর স্তুতি
### (নারদনা কালীদা স্তব তৌবা)

কামদা কামাখ্যা কাম অরি কুটুম্বিনী।
কামরূপা কামেশ্বরী কামেশ বন্দিনী॥ ১
কালরাত্রি কলাবতী কুমার পালিকা।
কৌমারী কৌষিকী কালী কপালমালিকা॥ ২
খলরিপু খণ্ডিবারে খর খড়্গ করা।
খণ্ড খণ্ড করি খলে খণ্ড মুণ্ড ধরা॥ ৩
খল খল হাসিনী করিতে খলচ্ছেদ।
খগমণি খরদৃষ্টে খণ্ড মম খেদ॥ ৪

---

অপান্বা পিবী কামাখ্যা, কামগী য়েক্লবগা (মহাদেব) লোইনবী কামগী মশক ওইবী কামেশ্বরী কামগী মপুনা খুরুম্বী। জগৎ মাংনবা অমম্ব'-মশক ওইবী, কলাগী মপু ওইবী, সনামচু মানবী, খুৎলাই মপু কৌমারী, কৌষিকী, কালী, কপালমালিকা। ফত্তবা য়েক্লবা মাংহনবা থৌরবা থাঙ্ পায়বী, ফত্তববু ককগা কোক পরেং শিবী। ফত্তবা মকোক ককপা মতমদা ফাক ফাক নোকপি, পৃথিগুম্বী রাবা উাবিদুনা ঐগী রাবা কোকহল্লু। শামু' য়েক্লবা (লোংশা) তোংলিবা শামুগী খোংচৎকুম্বী, গীর্ব্বাণ, গণেশ, গৌরী গণেশ পোকপী। ষণগী মশক ওইবী ষণ য়োকপী, ষণ শেনবগী হকচাংদগী পোকপী গোকুলবু ভাক্লিবী। গোপ নিংথৌ হকচাংদগী চিন্তাগী মণি ওইরিবী, ফত্তবা চিন্তা কোকপিয়ু। শিগুনা শকচখিবা ময়েক ৫গী ছন্দ লোইরে।

## অথ নারদং প্রতি ভগবতী স্নদয়া দত্ত

(নারদগী মফমদা ভগবতীনা চানবিবা)

স্তবেতে হইয়া তুষ্টা নারদে তখন।
বলেন বরদ বর লও বাছাধন॥ ১
নারদ বলেন মাতা যদি বর দাও।
রাধাকৃষ্ণ দুজনায় মিলন করাও॥ ২
শক্তিরূপা গুণাত্মিকা সুযোগ ধরিনী।
নিরাকারে শক্তিযোগে সকার করিনী॥ ৩

---

নারদগী স্তবতা পেনবিত্তুনা দেবীনা বর নিয়ু ইবুংঙো হায়রক্লে, কালীদা হায়জরকই নারদনা—বর পিগে থনবিবা রাধাকৃষ্ণ অনিবু পুন্না লৈবা পামজে। শক্তিগী মশক ওইবী গুণ চেনবী, নিংথিবা যোগ তৌরিবী হে ইমা কালী! মওং লৈতবদসু শক্তিনা মওং লৈহনবী। লাইগী কান্নবা মতম পুম্বা থল্লিবী, যুগ যুগ থুদিংগী লাইগী যোগ তৌরিবী। দেবকী গর্ভদগী চিংথোক্লগা শঙ্কর্ষণ, রোহিণীদা থমখিবী শঙ্করী। দেব নিরঞ্জন পোকহন্দুনা দেবকীদা, জগৎকী মী-শিং কংস কিবা কনবিবা। রাধাকৃষ্ণ অনিবু পুনবা পিবিয়ু, ব্রহ্মাগী সৃষ্টি মাংলনি কিরিবা কোকহনবিয়ু। বসুদেব যজ্ঞদা লাক্লে হরি প্রভাসদা, রাধাবু পুরগা যাগ-যজ্ঞ য়াওহল্লু। নন্দগী য়ুমদসু তাকপিয়ু ইমানা, ইকাইবা মরম্না ঐ চংবা ঙমজদ্রে। কৃষ্ণ পিনি হায়না পিরম্লে আশা, কমদোনা চংগনি কৃষ্ণ পুরকপা ঙমদরে। ইকাইবা ঙাকপিবী ইকাইবা কনবিয়ু, ঙাকপি হৈবী ইমা বর 'সিদা পিনবিয়ু। থুং লোম্নরতুনা ঋষিনা হায়বা তারগা,

নংনা নিংবা থুংজরো দেবীনা হায়রক্লে। দেবীনা হায় অফবা থবক থুনা তৌগনি, রাধাগী লোইনবী ওইনা ঐস্মু চৎকনি। "রাধাকৃষ্ণ মিলন হইলে, হেরিয়া যুগল রূপ জুড়াব নয়ন, নন্দ যশোদারে আমি দিব সমাচার, তুমি যাও প্রভাসেতে ভয় নাহি আর॥" রাধাকৃষ্ণ অনিনা অমত্তা ওইবতু, অনিগী রূপ উরগা মিৎকী মহৈ য়ানগনি। নন্দযশোদা অনি ঐনা পাউ পিগনি, কিনিংঙাই লৈব্রে নং প্রভাসতা চৎখরো। অস্নুম তৌনা হায়রক্লে দেবী শঙ্করীনা, দণ্ডবৎ কৎলগা বিদায় লৌরে, নারদ প্রভাস চৎখরে, শ্রীকৃষ্ণ উনপ্রে। শিশুনা হায়জরি ব্রজগী রা তাবিয়ু ৩শুবা অঞ্জলী অধ্যায় ৩ লোইরে। ইতি

## অয়ুক্কি তুমস্বা ওম্মা হৌগৎনরক্লে—

অমম্বা চৎখিবদা ডাকুশিং নাপন তেক্লে উদয়াচলদগী নুমিৎ থোক্লক্লে। সূর্য্যদেব উবদা হরাউজরে থম্বাম্মা, থাগী মঙাল উদ্রবদা নাইথোং লাংশিল্লি থরোনা, উশাথক্তা উচেকশিং নুংশিনা থোংলি নুংশিনা শক্লি কোকিলনা কুহু কুহু হায়না ললিত রাগদা। নিংবা কাইরবা থানা মঙাল খিবিক লোইননা অস্তাচল চীং তম্মা তাখরে, ব্রজগী নুপীশিং য়ুমগী থবক তৌনপ্রে, সেবা পাম্বা মীওইশিং ঈশ্বরগী থবক থৌরাংখরে। লাইগী মন্দিরশিং মঙ্গল আরতি তৌখরে মথংদা পূজাগী পোৎলম লাংপ্রে অদুবু ব্রজবাসীশিং অমত্তা খমথিদ্রে মীৎকুপ খুদিং শ্রীকৃষ্ণবু কৌহুনা কপ্লি। পৌর্ণমাসী দেবীনা অয়ুক খুদিং লাক্তুনা কৃষ্ণগা মঙ্গল নিজরি, ঐথোইগী পুক্নিং থরাইদি কৃষ্ণনি লন-থুম শ্রীকৃষ্ণনি অতৈ অমা পাম্বা লৈতে পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা। রাধিকা দাসী বৃন্দা দেবী খুরুম্বা লাক্লম্বা উবদা দেবী হরাউজে।

বৃন্দা দেবীবু খুরগা অচিকপদা হায়রকই—ওসিদগী হৌরো মু মিং অকবা, যজ্ঞ-শীনি হায়রগা শ্রীমতী রাধিকাবু উমিংতুনা শ্রীহরি কৃষ্ণ লেংলক্লে প্রভাস যজ্ঞদা, রাধা তীর্থ স্নান চৎলগা অরা-মৈচাক পুম্বা কোক্লনি নারদনা হায়বা পাউতাকনি। কৃষ্ণ পুক্লিং খণ্ডতুনা নারদনা ঐডোন্দ। চিক্লা রাসি হায়রক্লে, শ্রীমতি রাধা পুরকপা ওমদবা ইকাইবনা থৈতুনা রাধাগী য়ুম (গৃহ) দা চংলমক্রে, তাউ সখী নহাক্লা ইবেম্মা রাধাদা পাউ পিরুরগা ঐথোই ওম্না চত্তুনা কৃষ্ণ উনশিকো, রাধিকাগা হরাওনা লোইনবী ওইতুনা ঐস্সু চংকে প্রভাস যজ্ঞদা। অমত্তগা তৌবিয়ু নন্দগী শঙ্গাইদা চংলগা যশোদাদা পাউ পিবিয়ু।

রাণী যশোদা, নন্দরাজ অরা-পুম্বা কোক্তুনা পরিবার পুম্বা পুরগা। ব্রজবাসীশিং লোইননা ঐথোই অমত্তা ওইতুনা প্রভাস যজ্ঞদা চৎপসে য়াওবিয়ু, পুণ্য ফংবা ওইরনি কৃষ্ণবুসু উবা ফংলগনি অরাবা পুম্বসু কোক্লগনি। কালী দেবীগী রাসি তাবদা বৃন্দা পুক্লিং হরাওই, ভগবতী কালী দেবীগী চরণ খুরুম্লগা থুনা-য়াওনা (চেন্দুনা) রাধিকাগী মফমদা পাউ পুন্নমক খংহল্লি। অত্নগী তুংদা নন্দগী গৃহদা থুনা চত্তুনা রাণীদা থুনা খংহল্লে, বৃন্দাগী রা তাবদা খোইরাংলবী রাণীনা নন্দ নিংথৌ খংহল্লে। নন্দ নিংথৌনা রাসি তাবদা পুমওক-ওক্লতুনা পুক্লিংদা তত্তনা খনবা হৌরক্লে। যশোদা রাণী রাবনি নন্দরাজ পুক্লিং চিংনবনি। শ্রীপ্রভাস খণ্ডগী অহুমশুবা অঞ্জলীগী মতাং অমদা শিশুরাম দাসনা হায়জবা লোইরে। ইতি

## অথ নন্দ যশোদা পরস্পরং প্রবচনং

(নন্দ যশোদা অনিনা ঙাঙনবা)

যশোদা বলেন নাথ ভাব কি কারণ।
প্রভাসে আইল যদি মম কৃষ্ণধন ॥ ১
ভেড়ীর ঘোষণা দেহ সাজাও শকট।
চল যাই প্রভাসেতে পথ সুনিকট ॥ ২
ষাটি ক্রোশ সেই সকলেতে কয়।
শকটেতে তিন দিন যাইব নিশ্চয় ॥ ৩
দুঃখের সমুদ্র হতে পাব পরিত্রান।
নিলমণি কোলে নিয়া জুরাইব প্রাণ ॥ ৪

যশোদানা হায়রে—স্বামি (মহারাজ) করি অমুক খনবিরি ? প্রভাসদা কৃষ্ণনা লাক্লব'সিদা। ভেড়ীনা পাউ চেনবিয়ু কাং (রথ) শেম-শাবিয়ুকো, লম্বী পংলাপ লাপ্তে প্রভাসদা লেংলসি। ক্রোশ হুম্ফুথক্তনি মীনা হায়নবদা কাং তোংদুনা চৎপদা নুমিৎ হুম্নিথক্লনি। "দুঃখের সমুদ্র হতে পাব পরিত্রান, নিলমণি কোলে নিয়া জুরাইব প্রাণ।" অরাব' সমুদ্র লাক্লগনি নিলমণি ইচাকৃষ্ণ পয়্রগ ইংলগনি ঐগী থরাইসি। কানদে তীর্থ-স্নান, পুণ্য-কর্ম্ম তৌবসু, ধর্ম্ম কর্ম্ম পুণ্য পুম্নমক ইচা নিলমণিগী। থিম্ববিরগনু মহারাজ হায়জরিবা য়াবিয়ু, কৃষ্ণ উহন্দুনা ঐগী থরাই কনবিয়ু।

নোল্লুকা রাণীনা অসুমা হায়জবা তারগা খুম্নকই নন্দ রাজনা —ঐনা খল্লিবসু অদুদিনে প্রিয়ে, নংনা হায়রিবা খল্লুরিবা মরমসি

রাণী নং তারোনে। অমগ'মগা মহৈ মহৈ ঙাঙনবা অতুদগী ঐস্নু তারেদো, লাক্লমগনি বসুদেব প্রভাসদা যজ্ঞগীদমক। স্বর্গ, মর্ত্ত, পাত্তাল ঙম্না বার্ত্তন তৌথরে তারে, ব্রজ-বাসীশিংবুদি নিংশিংখিব্রে মহাক্কী মপুক্তা। "এবে যদি তথা গেলে না কহে বচন, বল দেখি যশোমতী কী হবে তখন।" মতুদা চংলগা কৌবিদবা থোক্লবদি, কমদোবা হায়য়ু রাণী যশোদা করি ওইনি মতুদা ঐখোইবু।

অসুম্না নন্দগী রা রাণীনা তারগা হায়—রাফম্নি ইবুংঙো ঙক্লবা ইচা কৃষ্ণনা কৌব্রগা করি ওইনি হায়বগে। বার্ত্তন তৌদবগী রা হায়বিরিবা অতুবু, ময়ুমদা বার্ত্তন তৌবসি চংনবগে কদাইদা? বার্ত্তন তৌরক্লম্নবদি ওম্ন-তৈন থোকলোইব্রা? কৃষ্ণনা অতোপ্পনি খল্লবা থুনা থরাই থাগনি। নন্দনা হায় যশোদা রাণীদা—ঐ ঙম্না খংবনি, কৃষ্ণনা হায়খিবা রা কিরিবদি অতুনি। মথুরাদা চংপগী বিদায় তৌবা মুমিং অতুদা, তমথিনা ঐঙোন্দা হায়খিবা লৈনে রাহৈশিং। নুং গুম্মি নিপাগী জাং, অতুনা ঐনা হনবনি, রাণী নং ওইরম্লবদি খুদক্তা ঈশিংদা চোংথনি। হায়রিবসিনি রাণী যশোদা অতুনা কৃষ্ণ'নাক্তা ঐ চংলরোইদা, য়ুমদা হৃদিদা মিং উইশিন্দুনা য়েংলগে। তারগা রাণীনা হায়জে—ব্রজরাজদি জ্ঞান লৈবনিনা, হৃদিদা কৃষ্ণ য়েংলগা হৃদি ইংবা ঙম্লগনিদো। ঐদি জ্ঞান লৈতবী তোল্লবী নুপীনিনা, হৃদিদা কৃষ্ণ খঙ্গরগা রাবা শরুক্তম হেঙ্গৎকনি। জ্ঞান ধ্যান আম্মা পুক্লিংসু কৃষ্ণনি ঐগীদি, কৃষ্ণবু নত্রবা তোল্লবী ঐদি হিংদরে কাওবিনু। নন্দনা হায়—ব্রজবু থাদোক্তুনা কদাই চংকনি ব্রজ থাদোক্তুনা চংগ্রবা কৃষ্ণদি মফম কৈদসু ফংলরোইদা।

রাণী যশোদানা হায়জরকই—কৃষ্ণনা লৈরিবা মফমতু, ব্রজস্তু বৃন্দাবনস্তু মতুনি অমত্তনি খনবিয়ু। নন্দনা খুম্মি—চুম্নবা প্রমান চাব রাফম্নি অতুবু রাণী……মতুদা চৎলবদি হিংদি-হিংলরোইকো। মনাইশিংনা শংলিবা থোঙ্ হাংদোকপিদ্রবা মুংঙাইতবা মৈচাক-মক্তনা নং খুদক্তা শিগনি। কৃষ্ণগীদমক্তা অশিবগুম লৈরবনি নংদি। যশোদা রাণীনা খুম্মি—কৃষ্ণবু নত্রবদি শিজখিবনা হেন্না ফৈএ, কৃষ্ণবু ফংলবদি কর্ম্ম পুম্বা লোইরে, মতুতনা ইংলগনি যশোদাগী থরাইদি। খাম্বিরগমু হন্না হন্না ঐবু ব্রজরাজ, ননাই ইচা কৃষ্ণগীদমক্তা থরাই য়াম্না রারক্লে। হন্না হন্না ননাইবু খাম্লিবা রা অমত্তা তাজররোই, লেংত্রবস্তু নন্দরাজনা (নহাক্না) ঐদি চৎলনি শোইদনা। স্বামিগী য়াথং হিক্তোকপি মুপীদি, শিরগা নরক তাই হায়রবস্তু তাজগ্রগে। কৃষ্ণ মাগীদক্তা হিক্তোকপা অতুদি ঙমজররোই. তাজৈ শাস্ত্রগী রা ঐস্তু মাংবা অমত্তা লৈতরে হায়। মতুগী প্রমান্দি মুনি মুপীশিংহুনি, মপুরোইবগী রা তাদনা অচা-অথক (বস্তু) পুহুনা শক্লেনফমদা চত্তুনা কৎলুই কৃষ্ণদা। মত্তুদা মখোইগী পাপ অমত্তা লৈখিদে তাজৈ পুণ্যহুম ফংহুনা, লানখি মপুরোইবশিং।

"উঠ উঠ গোপরাজ নিষেধ না কর. ভেড়ীর ঘোষণা দেহ নগর ভিতর।" লেংখৎপিরে গোপরাজ, ভেড়ী খোংহুনা পাউ চেন্থোক-হনবিরো। অসি হায়রম্নগা যশোদা রাণীনা গোপাল…গোপাল… কৌহুনা খুত্তা ননী মাখন, মশম-মনা ইফা-ফা, স্বর মপী হোন্দুনা তুরোই-ঙারোই চেন্দুনা, ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা গোপাল কৃষ্ণ…। নংনা ইমাবু হুন্দোক্লগা কৈদা চৎকনি হায়বা……। লাক্লো ইমাগী

নাক্তা ননী মাখন চ্যাররোনে ইমাগী তম্পাক্তা পম্লগা অম্বত থক্লরো। যশোদা রাণীবু উরগা, নন্দনা—কহুয়ালাল···কৃষ্ণ···! কৈদনো···? নহাক উদ্রবরনে···? নমানা নংগী মৈচাক্তা অঙাওবীগুম চেল্লিবসি। অস্থুম্না রাণী যশোদা মচাগী মৈনা লৈমাই থক্তা (তুখি) রাম্থখি।

"নন্দ কহে তব সঙ্গে যাব যশোমতী, তোমার যে গতি প্রিয়ে আমার সে গতি।" উবহুনা নন্দরাজনা চেনশিল্লি যশোদা রাণীবু থেমজ্জল্লি—যশোমতী! নঙোন্দা থোক্লিবা মতু ওইরনি নন্দ ঐগীসু; রাণী রারগন্নু···কল্লগন্নুনে··· হৌজিকমক নং ঐগা লোইননা ইচাগী নাক্তা চৎলগদবনি। অস্থুম্না সান্ত্বনা তৌরম্লগা, নন্দরাজনা—কদায় উপানন্দ!! থিল্লে থিল্লে হৌজিকমক ভেড়ী খোংহুনা লৈপাক পাউ চেল্লো প্রভাস খণ্ডদা কৃষ্ণগী যজ্ঞ য়াওনবা ঐখোই পুম্বা চৎলগদবনি অস্থুম্না পাউ চেনখ্রে। শিশুনা হায়জরি মতাংসিদা ংশুবা অঞ্জলীগী মরিশুবা অধ্যায় কচ্চবা লোইরে। ইতি

---

মন্তব্যঃ—(বৃষভানু কৃত্তিকা অনিনা হংজখি) রাধা শব্দগী অর্থদ। গর্গাচার্য্যনা খুমখি—রময়াতু রকারঃ স্যাদাকার স্বাদি গোপিকা। ধকারো ধর য়াহি স্যাদাকার স্বাদি গোপিকা বিরজা নদী। (র) হায়বা ময়েক্তা রমালক্ষ্মীগী মশক ওইবীনি, (আ = ।) হায়বা অসিনা আদি গোপিকা = (ইহান হানবী গোপিকা) লীলাময়ী রাধা। ধকারনা ধরা দেবী কৌবী বসুগী লোইনবীগী মশক পৃথি = ধরা, (আ = ।) অসিনা বিরজা নদী অসিগুম্বা শক্তিশিং অসিনা থৌগনবী রাধানি। হায়বদি র = রমা, আ = আদি গোপিকা, ধ = ধরাদেবী মশক ওইবী পৃথি, আ = বিরজা নদী, অস্থুম্না লোগদবা ওই।

## অথ ব্রজবাসীগণাঃ প্রভাস গমনারম্ভঃ

(ব্রজবাসীশিংনা প্রভাসদা চৎনবা থৌরাং তৌবা)

উপানন্দ শুনি শীঘ্র নন্দের বচন।
নগর ভিতরে দেন ভেড়ীর ঘোষণ ॥ ১
আইল প্রভাসে হরি যজ্ঞ করিবারে।
ব্রজপতি যাব তথা সহ পরিবারে ॥ ২
কৃষ্ণ দেখিবারে ইচ্ছা যার থাকে মনে।
সঙ্গে চল সকলেতে ত্বরিত গমনে ॥ ৩
আর তথা বহু পুণ্য হবে উপার্জ্জণ।
গ্রহণেতে তীর্থ স্নান দেব দর্শণ ॥ ৪

---

নন্দগী য়াথং ফংহুনা উপানন্দনা লৈপাক পাউ চেনখ্রবদা কৃষ্ণ উম্নিংবনা চেল্লক্লে চিথদনা ব্রজবাসী পুম্নমক। পূণ্য য়াম্না ফংলনি, ফঙ্গনি গ্রহন নুমিত্তা তীর্থ স্নান তৌরুনি দেব দর্শণ ফংলনি খন্দুনা। মহৈ মহৈ শেন-শানথরে রথ (কাং) কয়া-কয়াগী মথক্তা ময়াইদা ফি কুপথরে। মণি-মুক্তানা থাম্লবা "ঝলর" য়ামথরে রথ (কোঙ্গাই) নি মক্রুবা ঘী, শঙ্গোম, লবনী, মাখন চানবা পোৎ কয়া মশিং থাবা লোইদ্রি। অতৈ অতৈ চানবা, থক্লবা, মথল-মথেল পৃথিবীগী মীনা চহী চুপ্পা চাবদা লোইররোইদবা অচা-অথক কয়ামুকস্থ রথ (কাং) অত্নদা হাপ্তুনা থৌরাং পুম্বা লোইথরে।

ব্রজদা ব্রজবাসী মীয়াম্না হয়াওনৈ ভেড়ী খোঞ্জেল তাবদা, প্রভাসদা চৎনবা থুনা হোৎনখরে ঙম্নমক, মী ময়াম থুংনরে নন্দগী শঙ্গাইদা। উবদা নন্দরাজ পুক্লিং হরাওহুনা, রথ থক্তা তোংনবা খংহল্লক্লি পুম্নমক্তা। তাবদা হায়নরক্লে ময়াম্না হম্না হম্না, ঐখোই প্রভাস য়ৌনবা খোংতনা চৎকনি। তাজে মফম পুম্বা পূণ্যনি তীর্থ মফমনি, রথ তোংহুনা চৎপদি হৌনদবা থৌরমনি। কৃষ্ণ উজবা ফঙ্গনি রা অসি তাবদা ঐদি, কনবা খংহেন হেনগৎলে খোংতনা চৎলনি। অসি হায়না মখোংনা চৎপা হৌখরে কয়া, অহল-লমন শিংনা রথ থক্ত তোংখরে। কৃষ্ণ উল্লিংবগী আশাদা তাউহুনা, শকুনা চৎলি রাম কৃষ্ণগী হরিনাম। কৃষ্ণ সখাশিং লোইনা মথং মকোক ওইবী রমণী (নুপী) শিং, যশোদা লৈফমদা পুম্নমক ঙম্না পুল্লরে। রাধিকাবু পোকপি কৃত্তিকা রাণীসু লোইনবী কয়াশিংগা লোইননা লাক্লে নন্দগী শঙ্গাইদা।

যশোদা রাণীসু কটোরা থম্নবা, নবনী হাপ্লগা থুনা য়াংনা পায়খৎলি। গোপাল! গোপাল!! কৌহুনা থোরক্লে যশোদাসু লোইনবী কয়া লোইননা চেনখরে। যশোদাগা লোইনবী সুবুদ্ধি, সরলা, সুমুখী, সঙ্কেতী, কমলা। মাইগৈ মরি কোইহুনা চৎলি মহিনা, অতৈ রমণী কয়াসু লাকুনা তিল্লরে। ঙক্লবা ব্রজ ভাবনি থাদোকপা ঙঃব্রবা ; মণী-মম্নাও, শা-উচেক, ঙম্না চৎলি (য়াওই) মা মাগী মরোন্দা কৃষ্ণ! কৃষ্ণ! কৌহুনা (খোংহুনা) লোইনা মক থোরক্লে। শিগুনা হায়জরি তাবিশি ঙম্নমক শ্রীমতি ইবেম্মা রাধাগী ওইরিবা মওংশি, মতাংসিদা ৩শুবা খণ্ডগী ৫শুবা অধ্যায় লোইরে।

# শ্রীরাধিকা প্রিয়সখী কথোপনম্

(শ্রীমতিগা সখীশিংগা ভাঙনবা)

যত সখীগণ আনন্দে তখন,
রাধার নিকটে গিয়া।
বলে ওগো সতী উঠ শীঘ্রগতি,
এখানে কেন বসিয়া॥ ১
ভেড়ীর নিস্বন করিয়া শ্রবণ,
বৃন্দাবনবাসী সব।
পুরুষ কি নারী চলে দিয়া ছার,
শুণ ওই কলরব॥ ২
যদি কৃষ্ণনিধি আনি দিল বিধি,
প্রভাসে তোমার তরে।
শুনিয়া এ বাণী কি ভাবে না জানি,
ভাবিয়াছে বসিয়া ঘরে॥ ৩

---

সখী ময়াম্না শ্রীমতি রাধাগী নাক্ত হুরাউ হুরাউ চংলগা হায়জরকই—সতী অথোইবী ইবেম্মা, থুনা লেংখৎপীরো করিগী ফমহুনা লৈথোকপিরি। ভেড়ী খোংলকপা তাবদা ব্রজগী ব্রজবাসী পুম্নমক, পুরুষ রমনী খাক্তনা (নুপা নুপী নাইদনা) চৎনরিবা অসিনি রাধে উবিদ্রবরা? নিল্লিবসি তাবিয়ু। কৃষ্ণ পুরক্লে প্রভাস তীর্থদা নংগী দমক বিধিনা, রা অসি তারফাও য়ুমদা ফমহুনা করি খল্লি খংজদ্রে।

মুংঙাইবা পাউনি করি খল্লিবা, তুমিন্না থুনা লেংনবস্মু তৌদরে নংগী ভাব খংদরে বংনা করি খল্লিবা? ইবেম্মা নহাকসি মহৌশানা পরাণী ভাব পুম্বা পুরিবী কৃষ্ণতা মথনবী থন্দবা থক তৌদ্রবী, অতৈ করি ভাবনো শেংনা তাকপিয়ু ননাই ওইবীশিংগী মফমদা।

বৃন্দানা হায়জরকই—বাবিরম্ভু রাধে নিংনফম ওইবা মহাকপু উনগদবা মতমসিদা, তোল্লবী ননাইনি শেংনা তাকপিয়ু শ্রীচরন্দা হায়জরি। থিম্বা তৌবিরগনু থুনা লেংখৎপিয়ুনে প্রভাস তান্না লেংলশি রাধে, শ্যামগী ওইদা লেংদনা লৈরিয়ু (ফম্বিয়ু) মিৎ পেন্না য়েংজগে। অপুনবা রূপনা শিক্ষানী দীক্ষানী অনিগী পুনবা রূপতো মুংশিজৈ……। অনিগী শ্রীচরণ সেবা তৌজগে, অনিগী ননাইশিংনি খনবিয়ু হায়জরি হন্না হন্না, হে ব্রজগী মবেম্মা! থুনা লেংখৎপিয়ুনে খাংবা ওমদ্রে থিম্বা। সিগুম্বা রাহৈনা হাযজরে সখীশিং রাধাগী মফমদা। শ্রীমতি রাধামা খুম্নকপা রাহৈশিং শকচরক্কে শিগুনা, মতাং অসিদা অহুমশুবা অণ্ডলীগী ওশুবা অধ্যায় লোমলে। ইতি

---

মন্তব্যঃ—ভগবানগী প্রকৃতি মখল ২নি। ১। পরা, ২। অপর, ইবেম্মদি মূল প্রকৃতিনি, পরা প্রকৃতিনি, জীবাত্মাসু মহাক্নি। মায়া পাল্লিবা ভূত দেহলচিংবা অসি অপরা প্রকৃতিনি।

রাধাগী তত্ত্বু রাধিকাগী তত্ত্বগা অমত্তা ওইহুনা লৌনরি, মহু নত্তে রাধা অমদি রাধিকা অমগমনি। রাধা হায়বদি রাধয়তি আরাধয়তি আরাধনা হায়বনি। (অমরোমদা মঙাল হায়বনি।) রাধিকা হায়বনা 'ধৃ ধারণ পোষনয়োঃ' ধাতুগী মথাদা অন্তার্থগী কাপ প্রত্যয় তৌরগা রাধাবু উপাজন তৌম্বিবা প্রেমিকা অমবু হায়বনি।

## অথ সখীনাং বচনং শ্রুত্বা রাধা প্রত্যুক্তিঃ

(সখীশিংগী মফমদা রাধিকানা হায়রকপা)

শুনিয়া শ্রীমতি সতী সখীর বচন।
মনোমত কথা তথা সখী প্রতি কন ॥ ১
শুনগো সজনী সবে বলি সত্য ভাষা।
আসিবেন কৃষ্ণ ব্রজে মনে ছিল আশা ॥ ২
প্রভাসেতে আশা শুনি আশা ফুরাইল।
এতদিনে বৃন্দাবনে এ বাসা উঠিল ॥ ৩
ব্রজপুরে হরি সহ করিতে বিহার।
যেমন আমার সাধ হয় অনিবার ॥ ৪

---

সখীশিংগী রাইহেশিং শ্রীমতিনা তারগা, পুক্লিংদা খজ্ঞরম্বা সখীশিংদা হায়রকই—তাবিয়ু ইতা চান্নরবী ওম্না শেংনা হায়রগে ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণ লেংলক্কনি ঐনা আশা তৌরম্মি। প্রভাসদা লাক্লে তাবদা ঐগী নিংজবা কায়রে অস্তুক কুইনা লৈজরকপা বৃন্দাবন কায়রনি। বৃন্দাবনদা শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা শান্নজগে, অসিদবু থন্দুনা লৈজরিবী ঐহাক্নি। অতোপ্পা মফমদা অতুগুম্না ওইরক্লোইনে ইতাশিং, রত্নগুম্বা মতমতু থন্দুনা ফংলরোই ঐগী মপোকসে। খল্লমুনা কৈদৌনি অরেম্বদা খল্লুবা পুন্সিনি চান্নরী, থনগদবা মরুদি শ্রীকৃষ্ণ মহাক্তনি। প্রভাস তীর্থদা কৃষ্ণ লেংলক্লে তাজবদা, ঐনা খজ্ঞবা ওম্নমক কায়বা থৌথরে সখী। মরম সিনা ওাইহাক্তং ওাইরগা, শন্দোক্না হায়জগে

তাবিয়্ মরমছু। মছুদি—আয়ানগী গৃহদা পত্নীগুম (মুপীগুম) ঐনা লৈরক্লি, মহাক্না য়াদ্রবা মসি হায়য়ু করম চৎকনি ঐ। অছুগীস্থু মথক্তা কুটিলানা হায়রক্লি ঐবু মুমিৎ চুপ্পা রাথোক্ত চাওবীনি তন্তুনা ছল কয়া তৌখিনি, কৈদৌঙৈদস্থু সুকচৎ চৎহল্লোই অসিনিদো।

তাবিয়্ চান্নবী হৌখিবা মপোক্কী আয়ানগী ব্রারীনি, হরি মাবু নিংলগা ঐবু করম ফংখিবা হায়বদো। কল্লবা তপ কয়া আয়ান্না তৌরকখিদো চানবিছুনা হরি (কৃষ্ণ) না লেংবিরক্লুনা তাকপিররে। "হৌগৎলো থুনা বর নিজরো নহাক্না তপ তৌবদা কৃষ্ণ ঐ পেল্লে। অমুক হন্না তপ তৌরগমু আয়ান, নংনা পাম্বা বর লৌজহৌরো।" শ্রীকৃষ্ণগী অমৃত্যক্সবা বাক্য তাবদা হায়জরকই আয়ান্না—"দয়া করি দীনে যদি দিবে বরদান, হইবে তোমার জায়া গৃহিনী আমার" চানবিছুনা তোল্লববু বর পিবিগে থনবিরবা নংগী গৃহিনী, ঐগী মুপী ওইজগে। অস্থুক তমথিবা রা তাবদা, দেব ভগবান শ্রীকৃষ্ণ অদো খুদক অছু মক্তদা মফম অছুদগী মাংখরে, বর ফংদ্রছুনা তপ অমুক তৌখরে। মপোক অছুমা তপ তৌছুনা শিখরে (মপুন্সি লোমখ্রে) অমুকস্থু পোক্লগা তপ তৌবা হৌখরে। অধশির খোংনা নথক থংলগা জপ তৌবা হৌখরে, মছু উবদা শ্রীহরিনা বর পিরগে থন্না লেংলক্লে। "গৃহিনী" হায়বা বর অছু নত্তবা অতৈ অমা নিখিদ্রে, আয়ানগী রাখন হোংদ্রবদা হরি শাওনা লেংখরে।

অস্থুম তৌনা আয়ান হন্না হন্না কন্না তপ তৌরকপা মপোক তরেৎ হৌখরেদো। মপোক তরেৎ মক্তা অতৈ অমমুক নিজখিদ্রে, করি অমুক তৌনি, ভক্তনা ওম্বা হরিনি মতাংনা য়াদবনা বর পিখি।

অসুম্না শ্রীহরিনা তাকপিখি—নংনা নিজরিবা অহু থুংজরো। নথংগী মপোক্তা ঐগী গৃহিণী ফংনবগীদমক নপুংসক ওইনা নংনা গোকুলদা পোকনি। "জন্মান্তরে পাবে তুমি গৃহিণী আমার. নপুংসক হয়ে তুমি গোকুলে জন্মিবে" ঐগী গৃহিণীনা মতুদা নহাক্কী গৃহিণী ওইগনি। শ্রীহরিগী বাক্য (রা) তাবদা নোক্লকই আয়ান। খংদতুনা হরিনা নপুংসক ওইহল্লে, তাবিয়ু হরি, জগৎকী মমানি মহাক্তি। রমণী ওইনা মহাক (রাধা) খঞ্জদে পুরিংদা ঐগী রাইহেদা "গৃহিণী" হায়না পনবদি, মপোক 'সিমা লক্ষ্মীবু পুন্দুনা থনজগে, অসি খন্না ঐহাক্না পঞ্জখিবা রাইহেনি প্রভু। খংবিদতুনা শ্রীহরিনা ওন্নুনা থোকহনবিরে ঐহাকপু। থোকখিবা থোকখরে তৌখিবা তৌখরে, নংগী শ্রীচরন্দা অমত্তঙ্গা নিজগে হে দয়াময়! ঐগী য়ুমদা ইবেম্মা লেংদনা লৈহনবিয়ু, ঐনা য়াব-নত্তনা ঙমহনবিনু চংখিবা।

আয়ানগী রাদা ইকাইহুদা হরিনা—"ওইরসনু নংগী অপাম্বহু" অসুম্না বর পিরম্নগা আয়ান্দা। প্রভুনা ঐঙোন্দা হায়ররে (তম্নরে) পরকীয়া প্রেমদা নুংঙাইজবা রমণী (নুপী) না, খংদরিনে প্রিয়ে কৈদৌঙৈদা নহাক্তি। মরম অসিনা ঐনা খল্লে পুক্লিংদা, মীগী নুংঙাইনবা (মনিং থুংনবা) নুমিৎ খরদং লৈরু। রা অসি তাবদা ঐনা ঙক্কুনা হৌগৎলি, হায়জে—করিগী অহুম্না তাকপিরি ননাইবু ইবুংঙো। "কি দোষ দেখিয়া কহ এমন বচন, তব পদে দোষ আমি নাহি কদাচন" করি ইরান উহুনা (লৈহুনা) ননাইবু অসুম্না তাকপিরি, নহাক্কী শ্রীচরন্দা অমুক্তা লাঞ্জখিদ্রি। পুক্লিং খংবা ভগবান পুক্লিং খংলিনি হৌনদে পামজদে ঐঙোন্দা অসুম্না খংহনবা,

জগোই শ্যরীশিংগী প্রেমদি অতোপ্পনা খুতুম চনবনি মহুন্না ননাইদি নচ্চদে, সতীগী থোইদোকপা প্রেমহুদি খুতুম চনবনি মপুরোইববু। গণিকাগী পুক্লিংদি খুতুম চল্লি অতোপ্পনা, সতী ওইবী রমণীশিংদাদি নুংঙাইজদে। তত্ব পুম্বা খংবিরিবনা, করম্না ননাইদা তাকপিরি।

হরিনা খংহল্লকই—অতোপ্পশিংগা নত্তে মর্ত্তধাম পৃথীদা চত্তুনা ঐখোই অনি পোকল্লুনি, পরনারী নহাক্না, অতোপ্পনা ঐহাকা। ঐখোই অনি চিক্না উনগনি তুমিন্না, পরকীয়া প্রেম নুংঙাইবা লেপ্পা ফংলনি। নহাক্কী পুতী অহুনা ক্লীব লিঙ্গ ওইগনি, নংগী সতী ধর্ম্মদা কাইবা লৈরম্লোই। মতুংদা শন্দোক্না খংহল্লক্লে হরিনা, করম্না প্রভুনা আয়ান্দা বর পিবিখিবা। কৃষ্ণগী বরনা পুন্দুনা লৈবী ননাই ঐহাক্কি, আয়ানগী ব্রা নত্তনা চৎপা য়াদ্রি। অসিতা খনবদা অশিবঙ্গম লৈজরনি, আয়ান্দগী করম্না বিদায় লৌগনি ননাইনা।

অসুম্না ইবেম্মা রাধানা শন্দোক্না হায়রকপা ব্রাহৈ কয়া তাবদা বৃন্দা দেবীনা হায়রক্কই—ইতা নংগী মায়ানা ব্রহ্মা ফাও শুম্মৎলিবনি, আয়ানবু শুম্মৎপা করিগী দি লুনা থোকপগে। হায়বিরিবা অহুনা নুংগী ভাব খংজরে, আয়ানগী মায়াদা খরদি শুম্মৎলে।

রাধানা হায়রকই—তপস্যা তৌহুনা ঐগীদমক মীহুনা মপোক তরেৎ মাংখরে (হৌথরেদো)। মাগীদমক পুক্লিংদা মায়া লৈগনি, মাবু শুম্মৎপা মায়াহু হৌনদ্রে মপোক্তুদা। অহুনদি চান্নবী, ফরে ঐনা খনবসি, আয়ানগী মশাদা দিব্যজ্ঞান পিরগা অয়াবা লৌরগে, অহুগা ঐ প্রভাসদা চৎকনি। শিশুনা হায়জরি মখা ব্রারী তাবিসি মতাংসিদা অহুমশুবা অঞ্জলীগী তরেৎশুবা অধ্যায় লোমলে। ইতি

## অথ আত্মানং প্রতি শ্রীমতি জ্ঞান প্রদত্তং

(আয়ানগী মশাদা শ্রীমতিনা জ্ঞান পিরবা)

দ্বি প্রহর দিবাভাগে      সূর্য্য সঙ্গম রাগে
সতেজে স্বতেজ করেন দান।
প্রফুল্ল নলিণীদল      ভিন্ন সবে সচঞ্চল
উত্তাপেতে উত্তাপিত প্রাণ ॥ ১
মারীচিকা করি দৃষ্ট      মৃগগণ হয়ে হৃষ্ট
তৃষ্ণায় ত্বরিতে সবে ধায়।
নীরে না দেখিতে পায় নিরাশা হইয়া তায়
ভুমে পড়ে সম্বিত হারায় ॥ ২

---

নুমিৎ থোরককপদগী য়ুথক অনি মতমনি নুমিৎ উনিংবশিংদা মঙান পিবা হৌরক্কে ফুগাইবা (শাৎকাইরবা) থরো নত্তনা, তয়াং-তশোই অতৈনা, মৈশানা চাকপদি হৌরক্কে! * মারীচিকা উবদা ঈথেৌলাংবা শজিশিং গুম্না চেনশিল্লি হরাওনা, ঈশিং উবা ফংদবনা নিংবা গুম্না কাইতুনা জ্ঞান মাংনা তুথখি লৈমায়দা। কনাগুম্বা জীবশিংনা ঈচেন মচা উবদা থৌরাংবনা চৎনিংই ঈশিং নাক্তা। চাক্লবা লৈঙোইনি নেতুনা চৎকদরা মপান্দা, কনা মতিক লৈবগে? মশা পানবা উচেকশিং নুংশা মৈশানা ফুবদা, উশা থক্তা তোংলগা, উনানা কুপ্নি মশাবু তুম্লি, উইশিল্লি মিৎ নামনা, মিৎ অমনা পাংই।

---

* লৈঙোইদা নুংশানা য়ৈবদা ইলং-লংনা উবহুবু মারীচিকা কৌই।

লম্বীদা চৎপা মী শিংনা চৎপা ঙমদবনা উখাদা ফমত্নুনা লৈনরি তমথিরবা (য়াক্লবা) নুংশানি চোকথরে ন্নারে হকচাংদা, নিংশিংলি ঈশিং. অইংবা নুংশিং। সাধুগী আশ্রমদা অতিথি চৎলি চানবা আশাদা হুইশিংনা মতুং মতুংদা ইন্নরি, য়ুম্বানবগী গৃহ (য়ুম) শিংদা থুনা থোংনবা থোৱাং হোৎনরি, লাম্বনা ন্নারি অহন-অঙাং পুন্নমক। শঞ্জেনবুংদা ষম্বীশিং শজিক চাবা পেন্দরে ঈখৌ লাংত্নুনা খোংলক্লি. শঞ্জেল্লম্বা মীশিংসু শঞ্জেল্লম্বা থাদোক্তুনা ঙম্না উখোংদা ফম্নরে। নুংশানা কৃষ্ণদা কর্ম্ম পুম্বা শিন্নরে * কোক্তা খুৎ হাপ্লগা ফম্নরে, শঞ্জেন লৌবুক্তা কনানা চানবগা ঈশিংগা পুরক্লি তপ্পা চৎলি কনানা য়ুমদা। অতোনবা জাৎ মখৈদি য়াক্লবা নুংশা য়েবদা কনা' তপথবা ঙমদরে. শঞ্জেনবুংদা আয়ান্দো নুংশা মৈশানা ফুবদা লাম্বনা শ্বর হোনবা ঙম্নক্রে। শঞ্জেনবা তোক্তুনা চানিংবগী আশাদা হাথু হাথু হল্লক্লে য়ুম তম্না, নুংশানা য়েবদা হুম্মাং তপ তপ তাত্নুনা য়োরক্লে। থোঙ্গান্দা খুৎ-শা শেংলগা নুংশা-মপি হোন্দুনা লৈমাইদা তুমখরে, ঈশিংতবু খৌরাংবনা চিন কংখরে ন্না ঙাংবা থোকখিদ্রে ন্নাখিবনা। আয়ানগী মতৌদা শ্রীমতিনা খংলে. লেংলক্লে অইংবা ঈশিং পুত্নুনা খুত্তা হুমাই পায়রগা হুমত্নুনা আয়ানবু ইংহল্লে। কয়াদা লাইবক ফগ্রবা আয়াল্লো। ব্রহ্মানচিংবনা চরণবু তত্তুনা ধ্যান তৌনরি শ্রীহরি ভাব লৌত্নুনা, তপ (তপস্যা) গী পাঙ্গল ধন্যনি আয়ানগী ফল ধন্যনি 'সিগুম্বী রাধানা আয়ানগী গৃহিণী ফংত্নুনা। শ্রীমতি মাইথোং উবদা আয়ান ন্নাবা কোকখরে, শান্তি ফংত্নুনা পোথাখ্রে। অসিদা শিগুরাম্না লিজ্জবা তগুবা অঞ্জলীগী ৮গুবা অধ্যায় লোইরে। ইতি

---

* কৃষ্ণদা কর্ম্ম পুম্বা শিন্নরে = আত্ম-সমর্পণ তৌই

## শ্রীমতি রাধা অন্ন ব্যঞ্জনং পক্ত্বা ভোজনং কৃত্বা আয়ানং দিব্য জ্ঞান দত্তং

(শ্রীমতি রাধানা লুক হৌরগা আয়ান্দা পিজবা, অমস্তুং দিব্য জ্ঞান পিবা)

আদ্যাশক্তি ময়ী মায়া রাধা ঠাকুরাণী।
যাহার মায়ার মুগ্ধ বিধি শূলপাণি ॥ ১
সৃজন পালন নাশ মায়াতে যাহার।
হইতেছে বারম্বার জগৎ সংসার ॥ ২
বুঝিতে তাহার মায়া সাধ্য আছে কার।
আয়ানে ভুলাতে মায়া করেন বিস্তার ॥ ৩

---

মায়াগী শক্তি হৌরকফম ওইবী রাধিকানি, ইবেম্মগী মায়াদা বিধি শিব শুগ্ধংপিনি। শেম্বা-ভাকপা মাংহনবা মাগী মায়ানা, ওইরি সংসারদা হন্না হন্না অওনবা। মাগী মায়া খং-ঙম্বা কনা মতিক লৈ, আয়ানবু কাউহনগে' মায়া শন্দোক্লে। আয়ানগী মশাদা হুমাই হুপ্লি রাধিকানা রারি, রারবী অমগী মতৌগুম রাধা। কনাগুম্বা অমনা থিনা তৌরকপগুম্না, মোংতাই সুদাইনবীনি শ্রীমতি ইবেম্মদো। ওইনবীগী রাখন্দা শিবগুম লৈরবীনি, মাইথোং থম্বান্দা পিতনা শিন্থরি। রূপ অতু উবদা আয়ান য়াম্না রারক্লে, ঙক্কুনা থুনা শ্রীমতি রাধাদা হংলকই—হায়য়ু ইবেম্মা করিগী অতুম্না (খল্লি) রারি, নংগী নতৌ উবদা থম্মোই কাইখরে ঐদি। করি মরম্না মোংতাই-সুদাইনবনা করিগী তত্তনা মিত্তা পিরাং শিন্থরিবা? জগৎনা খংনরি

সতী ওইবী নহাক্তি, নংবু থিনা ঙাংনবা হায়বা মাগী মপোক কৈস্মু কান্নরোই। "পঞ্চম মঙ্গল তার রন্ধ্রগত শনি, কে দিল অনলে হাত কে ধরিল ফনি।" হায়রকপা মীচু, মঙ্গলনা পঞ্চমদা লৈরবনি, মচিন্দা শনি তোংলবনিকো। লিনগী মকোক পায়বী, মৈবু থুংনা পায়রিবা মী অতু কনানো হায়য়ু? শেংনা তম্মু মাইথিবা পিবা মীওই কনানো? হৌজিমক থাংনা মনাতোন ককলুরগে।

আয়ানগী রা তাবদা, শ্রীমতি রাধানা থল্লকই—কনানস্মু রাধা ঐঙোন্দা ফত্ত-রা হায়থিদে, তাবিয়ু ইবুংঙো দণ্ড তৌবিরোই কনাবু অতুনা ঐগী পুক্লিং' অরাবা পুন্নমক হায়জগে, (থংহজগে) শোইদনা নহাক্কী নফমদা। সতীনা রাবদি মপুরোইবদা হায়গনি, মপুরোইবা নত্তনা সতীগী অরাবা কোকপিগনি, কনা অমা লৈরোই। অরাবা হন্দোকপিথো অহানবদা ইবুংঙো, স্নান পূজা তৌরগা প্রসাদি ফংবিথো। অতুদগী নুংঙাইনা ফম্বিয়ু (পোথাবিয়ু) ইংনা আসন্দা, অচিকপদা পুক্লিংগী লৈবা রা পুম্বা হায়জগে অসি হায়রগা লেংথরে অস্নান স্নান তৌনবা, রাধা মশামক চাকশংদা চংথরে।

থল্লকই শ্রীমতি রাধানা……লৈমিন্নবা কুইরক্লে, ঐনা চাক থোংলগা পিজহ্রি নোংমতস্মু। জটিলানা ঐবু য়াম্মা নুংশিবি চানবি থবক অমত্তা তৌ হায়বা লৈখিদে। "অদ্য আমি নিজ হাতে করিব রন্ধন, সুধাস্বাদে সবাকারে করাব ভোজন।" ঙসিদি ঐহাক্কী ইথুংমক্লা থোংলগে, অমৃতগুম হাউবা নিংথিনা পিজরগে। রারক্লবা আয়ানগী রাব কোকহল্লগে, মপোক অসিমা কোকহনগে লাম্বা থৌরাংবা। অতুগা মঙোন্দা দিব্য জ্ঞান পিরগা, মথন-মথা তাক্লগা বিদায় লৌরগে। অস্নুম্মা শ্রীমতি রাধানা থল্লগা মনেম জটিলাগী

মফমদা চংজৈ (হায়জৈ) নোল্লুক্ল—অসুক কুইবা মতম অসি লুক হৌবিরকপনি, ঙসিদি ঐ হৌজগে অমুক্তদি হাবিয়ু। মতম কুইনা ৱারকপা অমুক কয়া ৱাখিনি, চাক থোংবগী থবক (ৱাধা ঐভোন্দা পিনবিরে।) শিন্নবিরো নমৌদা।

নমৌ ৱাধাগী ৱা তারগা জটিলানা খুম্লকই—পুক্লিং হুরবী মুর্ত্তিনি ইমৌদি থাজগুন ঙাজবা মাইথোং ফজবীনি। থম্বালবু ঙমজনা নেংলবী মাইথোংনি হকচাংনি, চঞ্চল ওইবনা নংগী নঙাল্লি ৱাধিকা। লুক হৌবগী থবক্তি য়াম্না ৱানি ইবেম্মা, মৈশা লাংলগ মোৎখিগনি ইশাদা। য়ুমদা ফম্লগা য়ুমগী ফজবা হেলহল্লু, হিংলিবা মখৈদি ঐনা থোং থাক্কনিদা। য়ুম 'সিবু ঙালহনবা ঐগী গৃহ লক্ষ্মীনি, ইনৌ ইবেম্মা থোং-থাকপগী থবক তৌরুনুদা।

শ্রীমতি ৱাধানা হায়জরকই জটিলাদা—নুপী-অঙাং মমৌশিংবু তশ্বিত্রবা থবক্তা ইকাইনি নোংমদি নুপীরক্তা। "স্নেহ করি প্রতিদিন যদি নাহি দাও, মধ্যে মধ্যে আমা দিয়া আপনি রান্ধাও।" নমৌবু নুশিবিতুনা নিতিগী নত্রবসু, মরক মরক্তা হেক হেক হৌহনবিয়ু। ঙসি 'সিদি ঐহাক্না লুক হৌজগে থঞ্জরি, য়াথং পিনবিয়ু নমৌদা চাক থোংজরুনবা। অস্নুম্না ৱাধাগী ৱা তাবদা হরাওবনা খম-থেংখরে। "রান্ধ গিয়া বলি তবে আদে করিল, জটিলার আজ্ঞা নিয়া শ্রীমতি তখন, রন্ধন গৃহেতে গিয়া করেন রন্ধন।" থোংজুরো থোংলুরো হায়তুনা য়াথং পিখরে। জটিলাদগী য়াথং লৌরগা খুদক্তা শ্রীমতি, চাকশংদা চংতুনা লুক (চাক থোংবা) হৌখরে। ইবেম্মগী মনাইশিং পোৎ-চৈ লানশিল্লি শেমজিল্লি, লক্ষ্মীনা চাক-শংদা লৈবা উবদা

তু চুংই। মতম ইচং-চংদনা মথেন ১০৮ নি ইরাই-লায়না লোইখ্রে। থোং-থাকপগী (রস) মনম্না ইমুং শিন-থুংখরে, স্নান তৌরে আয়ান, থুনা-য়াংনা কারক্লে। মথেন কয়া তোপ্প-তোপ্পা শেম্লগা লুক (চাক) পুথোরক্লে রাধিকানা আয়ানগী মমাংদা। অমৃতগুম নিংথিজরবা মথেনশিং চাবদা অঙকপা মহাও ফাওরক্লে আয়ান। অসুক হাওবা মথেনদি পোকপদগী চ,দরি, চাবদি লাইরি মশকপু উখি,দ্রি ঐবু। 'কিঞ্চিত ভক্ষনে নিবারিল ক্ষুধা, স্বর্গলক্ষ্মী আসি বুঝি দিয়া গেল সুধ' খরদং চাবদা লাম্লম্বসু কোকখ্রে, স্বর্গলক্ষ্মী লাক্নুনা পিরম্ব,নি অমৃত। মায়ানা কুপ্পনা থংবা ঙমদরি, গৃহনীগী মশক্তা কনাগুম্বা নুপীরা?

অসুম্না মপুক্তা মণ্ডন মণ্ডন থল্লে আয়ান্না চাবা তোক্নুনা থুনা আচমন তৌখরে। রাধিকানা হৌবা প্রসাদি ফংবদা, মপোক্তুগী কোকখরে অরাম-থৌরাংবা। অসুম্না তৌবাসি মাদি (আয়ান্দি) করিসু থংদরি, আচমন তৌরগা আসন্দা ফমখ্রে। চিন-খা শেংলগা আয়ান পোখাতুনা রাখন তৌরক্লে শ্রীমতি রাধিকাগী মরমদা। শোমদনা ইবেম্মনা থুনা য়াংনা থৌরাংতুনা, জটিলা অমদি কুটিলা অনিমক পিজরে। দাসীশিংনা চিংবা কোনুংদা লৈবশিং, ঙম্নমক পিজরে কৌতুনা শ্রীমতি রাধানা। ঙম্নমক পিজরগা ইবেম্মদি চাদরি মায়ানা কুপ্পনা কনানসু থংখিদে। জটিলা, কুটিলা অনিনদি রাধা য়াওবগুম থন্দুনা, পুম্না চাবগী নুংঙাইজরি। পুম্নমক অসুম্না রাধানা কাউহল্লগা শ্রীহরিগী চাম্নরবী রাধানা, রা হায়গে থল্লক্লে আয়ানগী মফমদা। চাবগী নুংঙাইবনা (পেনবনা) শুম্মতুনা আয়ান্দি য়ুম অতৃদা ফমতুনা পোখারি নুংঙাইনা।

পুক্লিং হুরবা সঙ্গাইনি মী চিক্লবা মতমনি, লেংশিনখরে শ্রীমতি আয়ানগী নাক্তা চংবদা উরে আয়ান্না। রাধিকাবু উবদা মুংঙাই-খিবা অতুদি শিংথাবদা ঙম্নরোই। অতিয়াদা থোকপা থাজবু থিকনেম্বনা ফংবগুম্মি, থোং-তেকপনা চীংজাও কাগুম্মি (লানগুম্মি)। লোম্থোক্তবনা রা ঙাংবা ঙম্বগুম্মি, মিত্তাংবনা উবগুম্মি, না-পংবনা মুংশিনা তাবগুম্মি। লাইরবনা লন ফংবদা তৌবগুম মতৌ ওই, আয়ান্না মুংঙাইবা অতুগুম ওইখরে। অতুবু আয়ান্না শ্রীমতি মতৌ উবদা, হংলকই—"কহ কহ কমলিণী দুঃখ বিবরণ, কি দুখে তোমার চক্ষে বারি বরিষণ।" হায়য়ু হায়য়ুনে ইবেম্মা করিগীনো রারিবা, করিগীনো মিত্তগী পিরাং শিম্থবগী মরম্না ?

আয়ানগী রাহংদা শ্রীমতিগী শক্তম রাবা হেন্না উৎলক্লে, হায়গে খনবা হায়রক্তা, মিৎলু পিরাংদি লেপ্তনা, অম্সুম্না ঙাইহাক উৎলগা, শ্রীমতি রাধানা আয়ানবু লানবিগে তৌবিরি। শন্দোক্লগা মায়াবু অমুক চিংশিনখ্রে, রাহে অমা ফাওবা ঙাংলকপা তৌদরে। খুৎ ওইনা আয়ানগী মশা শোকপদা, মায়া-পুবী রাধিকা মায়া-মোহ চিংশিনখ্রে। "যেই মাত্র রাধা সতী করিল স্পর্শন, আয়ানের দেহে হৈল জ্ঞাবের দর্পন।" সতী রাধানা হেক শোকলুবতদা, আয়ানগী মশাদা দিব্য-জ্ঞান থোরক্লে। দিব্য-জ্ঞান্না দিব্য-দেহ দিব্য-চক্ষু ফংলে, রাধিকাগী দেহদা ব্রহ্মাণ্ড উরক্লে। আকাশ পাতাল চীং, পৃথি, সমুদ্র, লিন, মী, লাই-হিংচাবা, গন্ধর্ব্ব, খেচর, জীব-জন্তু ঈশিং-তুংফম, তুরেন অমসুং বন বিধিনা শেম্নম্বা লৈরিবা পুম্নমক। পুম্না উরক্লে বিধিসু রাধিকা মশাসু, অহিং মুংথিন লৈরম্লে লম-হুই

অশিবা তোংতুনা। কালী তারা অমদি মহাবিদ্যা তারা, উবদা আয়ান মুংব্রংন্নরে কিবনা। মথংদা শক্তিশিং চামা-চামা উবক্লে, রাধিকাগী দেহদা মুংঙাইনা শান্নরি। অমুকস্মু উরক্লে আনন্দ মূর্তি ন জগৎ শেম্বগী কারণ ওইবীনি। শ্রীকৃষ্ণগী ওইদা ফমতুনা (ঙান্দুনা) ফজবী শ্রীমতি রাধিকানা নোক্তুনা য়োংশিল্লি সৃষ্টি পুম্ব য়েংতুনা। "হাসিয়া গ্রাসহে সৃষ্টি দৃষ্টিপাত করি, পুনরপি উদগারিয়া করয়ে পত্তন।" অমুক উৎথোকই মথং মথং থোরকই, হন্না হন্না অসুন্না সৃষ্টি হোংবা উহল্লি। জগৎ সংসার অসি য়োৎপা মতমদা, মশামক থুপ্খি শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গদা। অমুক হন্না মশাবু থোরক্লগা রাধানা, ঙাম্নোইরি কৃষ্ণগী ওইদা নিংথিরবা শক্তমদা। সত্ব রজঃ তম গুণ ফোংলগা মশাদা, গুণ অহুম অতুগী লাই অহুম উহল্লি। অমুক্না ফজবা অমুক্না অকিবা রূপনি অমুক্না সাকার অমুক্না নিরাকার ওই।

শ্রীমতি রাধিকাগী অসুম্বা রূপ অসি উবদা, আয়ানগী হৃদিদা কিবা থেংখরে (পোকখরে)। কিবগী রাবনা জ্ঞান পুম্বা মাংখরে, আয়ান তাখরে রাম্বতুনা লৈমাইদা। উরগা শ্রীমতি রাধানা রূপ পুম্বা চিংশিনখ্রে, মুখ (চিন) দা ঈশিং ইল্লগা পায়তুনা থাঙ্গৎলে। "পুনর্ব্বার জ্ঞান পায়ে আয়ান উঠিয়া, শ্রীমতিরে স্তুতি কয়ে প্রণত হইয়া।" জ্ঞান তারক্লতুনা হৌগৎলগা আয়ান্না, থুরুমতুনা স্তুতি তৌরক্লে রাধাদা। মতাং অসিদা অহুমশুবা অঞ্জলীগী ৯শুবা অং লোমলে। শিশুরাম দাসনা মখা অমুক তারকপা তাবিসি। ইতি

---

মন্তব্যঃ—জটিলা যশোদাগী অপোকপিনি নন্দ মহারাজগী শ্বশুরীনি আয়ান শ্রীকৃষ্ণগী মামনি (যশোদাগীনা মোৎপানি)।

## অথ আয়ানঃ রাধিকায়াম্ স্তুতিঃ

(আয়ান্না রাধাদা স্তব তৌবা)

পুর্ণ ব্রহ্মময়ী রাধা শ্রীকৃষ্ণের অঙ্গ আধা,
জ্ঞান চক্ষে হেরিয়া আয়ান।
যতেক প্রভাব তাঁর জানিয়া সুতত্ত্ব সার,
আনন্দে হইল ভাসমান ॥ ১
দুরে গেল মায়া মোহ চক্ষেতে আনন্দ লোহ *
বিন্দু বিন্দু স্রাবিতে লাগিল।
অবনি লোটায়ে কায় প্রণমি রাধার পায়,
করযুড়ি স্তুতি আরম্ভিল ॥ ২

---

পুর্ণ ব্রহ্ম রাধিকানি কৃষ্ণদেহ তংখাইনি, জ্ঞানগী মিৎনা উরগা আয়ান্না মাগী (রাধাগী) তৌবা ওস্বা তত্ত্ব মচি খংবদা, নুংঙাইবদা তাওখরে। লাপ্পা চৎখ্রে মায়া মোহ উজবদা নুংঙাইবদগী তন্তনা চেন্থরক্লে পি অতৎপা লৈতনা। লৈমাইদা ওন-থোইনা শ্রীমতিগী চরণদা খুরুম্মি, মখুৎ অনি লোন্নন স্তুতি হৌরক্লে। মচি লৈতবা সংসার নংনা মচিগী মচিনি, তোল্লবশিংবু লানবিবা পরম ব্রহ্মনি। অকুপ্পস্থু অচৌবস্থু নংনা ওন্না মরু ওই, শক্তিগী হৌরকফম অরেপ্পনি। শকওং-শদা ফজবী সতী, লক্ষ্মী, সরস্বতী, ব্রহ্মা-শিব-ইন্দ্রগী গৃহিণী, পুরুষ বিদ্যা অথোইবা কালদা মহাকালনি কনানা খংগনি ইবেম্মগী মায়া শক্তম। নহাক্কী নওণ ময়াম্বু করম্না হায়নি চিন অমনা, চিন *

লোহ * = রক্ত। চিন * = ব্রহ্মা মহাদেব।

মরি মঙানা হায়বা ঙমন্ত্রিবনি, কোক লিশিং পানবগী চিন লিশিংনা হায়বদা ঙমখিদ্রবা নহাক্কী নগুন্নি। নংগী নগুণ থাবদা ঙমখিদবা ঙাক্কনি পুন্নমক করম্না নহাকপু ঐনা থাগনি. পুন্নমক্কী মপু শ্রীহরিনি তৌবতদি নহাক্কনি ; মাংবা. য়োকপা, কনবা নহাক্কি। জগৎ 'সিগী মমানি কনাগীস্নু নত্তে নংদি. হায়নৈ করিগুম্বদা হিমালয় চীংগী মচা পার্ব্বতী. জনক্কী মচা জানকী. রামগী সীতা ওইরদুনা হিংচা শাগে মাংহনবীখি। হৌজিক্লা বৃষ ভানুগী মচানি, শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা রাস কয়া শান্নরিবী নংনা ঐগী থম্মোই শেংহনবিরে আয়ানগী গৃহিণী হায়না খংহনবিরে পৃথিদা অসিস্নু নহাকী নগুন্নি। পৃথি পুম্বা মাংহনগে হরি অবতার তৌবদা নংনা মাগী তেংবাংলিবী রাধানি, গোকুলদা লাক্লগা নিংজবা থুংহনবী ভক্তনা পামজবা ফংহনবীনি।

কৃষ্ণগী চান্নবীনি জীবশিংগী লান্নফম্নি লাইবক থিবা পংলবা ঐনি, নংগী তত্ত্ব খংদবনা মায়ানা কুপখিদুনা ঐগী নুপী. গৃহিণী ওত্তনা খল্লুবা। ঐগী ইরান অসিগী করি দণ্ড পিরনি ঐনা খংবা ঙমদে অরোইবদা. খংদবগী ইরান্নি ঙাকপিয়ু হে রাধে! সংসার ঈপাক লানবিয়ু অতৈ অমা পামজদে, সংসারনা পুল্লিবা লাঙ. কোকপিয়ু।

স্তব তৌরে অস্নুন্না পৃথি শোক্লা (লৈমাইদা তাদুনা) হন্না হন্না থুরুম্মি। "প্রণাম করয়ে পুনঃ পুনঃ, স্তবে তুষ্টা রাধারাণী আয়ানে কহেন বাণী।" স্তবতা পেল্লে শ্রীমতি রাধিকা আয়ান্দা হায়রক্লে। শ্রীপ্রভাস খণ্ডগী অহুমশুবা অঞ্জলীগী ১০শুবা অধ্যায় শিশুরাম দাসনা হায়জবা লোইরে মখা অমুক তাবিসি সাধুশিং। ইতি

শ্রীমতি রাধিকানা আয়ান্দা হায়রকই—

তপন্থী মহাশয় কিনিংঙাই লৈতে, ঐগী রা খরদং অারিরো হৌজিক্কি। নংগী তপস্যা তৌজমন ওইহে য়ামে অদুবা দিব্যচক্ষুনা উরে উগদবা পুন্নমক ঙসি। ঐগী তশেংবা রূপ উবা ফংলে নহাক্না, রানা হোৎনবনস্সু উবা ফংদে জ্ঞানীশিংনা। সংসারগী অয়াবা পুম্বা মাংলে নহাক্কি, জীবন-মুক্ত ওইবনা অরাবা কোক্লেদে। অমুক কিরগনু লাল্লগনি সংস্যর ঈপাক, অরেপ্পনি রাধা ঐগী রা থাজরো মহাশয়। থংলেদনা নহাক্না ঐগী তত্ত্ব পুন্নমক, বিদায় পিরো ঐবু হৌজিক্কি নহাক্না। শ্রীদামনা শাপ তৌরকপা চহী ১০০ লোইরে ঐগী, নংগী গৃহদা অমুক লৈবা য়াররোই। যজ্ঞ তৌনি হায়ক্লিন্দুনা হরি প্রভাসদা লেংলক্লে, ব্রজবাসী পুম্বস্সু চৎখরে মফমতুদা। ব্রজ-মণ্ডল অসিদা লেমহৌবা শিংদুসু, ওন্নমক পুরগা চৎলগনি ঐহাক্না। জটিলা, কুটিলাসু ঐগা লোইনদুনা, থিন্দনা চৎলগনি গোলোক্তা লৈরুগনি। হৌজিক্না প্রভাসদা চৎলগা ইবুংঙো (শ্রীকৃষ্ণ) উননি, মতুংদা ওন্না পুতুনা লৈকম গোলোক্তা চৎকনি। "তুমিও এ দেহ অন্তে গোলোক যাইবে, মম বরে কৃষ্ণ পদে সাযুজ্য পাইবে।" নংনা মৃত্যু ওইরগা মশা (শিরগা) গোলোক্তা চৎকনি, ঐগী বরদগী কৃষ্ণগী শ্রীচরন্দা তিনগনি। নহাক্কী নপুন্সি খরদং লৈরি অরেম্বা, অতুনা নহাক্তি লোইনবা য়াররোই। নংগীদমক্তা থল্লুবনা ঐহাক্না থুনা লুক হৌদুনা পিজবনি নঙোন্দা। (লুক অদু হারুবনা নহাক) চাক চারুবনা লাম্ব-খৌরাংবা কোরুনি, হিংলিব-মথৈ কৈদৌনুংদা লাল্লরেহি। অরা-অনা, লাম্ব-খৌরাংবা, রাবা লৈররোই, নহাক্কী

নশাদা মুংঙাইবসু হেঙ্গৎলনি। রা অসি কনাদসু তাকলুরনু……, গোবর্দ্ধনগী লোক-মুংদা চত্নুনা লৈরুরো। থুনা পিরো বিদায় ঐবু তপথবা (থিম্নুবা) য়াদরে কৃষ্ণ নাক্তা চৎলগে। মমাংগী বরনা নংগী নাক্তা লৈবনি ঐনা, ওমদে ঐনা চৎপা নংগী রা তাদনা।

শ্রীমতিনা অসুম্না হায়রকপা মতমদা, হায়জে আয়াম্না খুৎ অনি লোননা—ইবেম্মনা থৌদাবা জগৎমা ইনবনি, থৌদাগদবা নঙোন্দা কনাসু লৈত্রবনি। নিংলকপা মফমদা থুনা চৎপি লক্ষ্মীনি, ঐবু চানবিবনা গৃহ (য়ুম) সিদা লৈবিবনি দেবী নহাক্তি। লেংদনা লৈবিদে কনাগীসু গৃহদা, লেংদনা থমদোবা কনা মতিক লৈবগে? চানবিহুনা ঐবু তাকপিনবা নহাক্কী নাক্তা লৈজবনি মমাংগী বরনা। ঐনা বিদায় পিত্রগা চৎপা ওমত্রবী ঐনা হায়জবা অমতংদি য়াবিয়ু। য়াবিগনি হায়না রাশকপিয়ু হান্না, অতুওদা য়াজগে তাকপি-হৈবী।

রাধানা হায়রকই—করিনো খল্লিবা অয়াবা ওইরগা নিংজবা থুংগনি। আয়াম্না হায়জে—নহাক্তি জগৎকী মাতানি (মমানি), চংজববু লানবিবা তোল্লববু কনবিবনি। ব্রহ্মানচিংবগী ধ্যান্না নংগী চরণ ফংঙমদে, চানবিহুনা ঐগী য়ুমদা লৈবিরম্বনি। নংগী মায়ানা ঐগী জ্ঞান মাংহুনা, নুপীগুম খনবনা থিনা কয়া তৌখিবা। খংদবনা ঐহাক্না গুম্মৎ-ময়ায় কাহুনা, নত্ত-রাহৈ কয়া-কয়ানা অপমান কয়া তৌথরে। অসিগুম্বা পাপ্প ইশাসি কুপখরে (থনখরে), পুক্কিং লৈতাখিদরে করি থোক্লনি শিরগা? যমনা লাক্লগা রায়েল্লকপা মতমদা, ঐ করি ওইরনি খনবা ওমখিদে। করম্বা নরক্তা তাহনগনি ঐবু, অসিতগী কিবনা নিকত্রে ইশাসি। মরমসিনা দেবী হায়জরি

অমত্তং ; ঐগী থরাই হকচাংনা কায়নবা মতম ঐগী হন্না য়েংবদা কনা উরক্রুব কাল ; কফ বাত পিত্তন ঈহৌরক্লবা কাল ইবুংঙো ইবেন্মা অনিগী নাম "হরে কৃষ্ণ" হায়বা ঈাহৈ অনিসি শোনবা ঙমজবা মতমদা, পুশিনবিহুন ননাইবু শ্রীচরণ সেবা ফংহনবিয়ু……। অতৈ অমা পামজদে চরণগী সেবা নত্তনা। পাপ পূণ্য থিবিগন্নু কোকপিয়ু ননাইগী দোষ। শ্রীচরণ নাক্তা লৈজবা অসিতনি ননাইনা নিজরি। যমন থিবদ উদনবা ঐহাকপু। চানবিহুনা অসিদং য়াবিরবা নংনা য়াজগনি ঐস্নু তাকপিবা ইবেন্মনা।

ইবেন্ম রাধানা আয়ানগী ব্রা তাবদ—কৈদৌনা থল্লুরিবনো ? মতিক লৈতে যমনা নংবু লাক্লবা। গৃহিণী (নুপী) গী ভাবতা ঐনা লৈরম্লবা য়ুমসিদা, মথৌ কৈস্নু লৈতরে যম কৌবা মহাক্কী। নংগী রাহৈনা চৈহৎথিবা ঐহাকপু, নহাক্কী নশাদা পাপ লৈতে অমত্তা। গৃহস্থ আশ্রমগী হৌনবি ধর্ম্মনি, মতম থুদিংদা মহুবু ঐনা পেল্লি। মহুগীদমক্তা নংনা কিবা তৌরুনু, যমনা ঙম্নরোই দণ্ড পিবা নংবু। হৌজিক্তি নহাক্না নবুক্তা থনবহু, থুংহন্নি নংগী ননাক্তা লাক্লগা নংগী মৃত্যু ওইরমদাই অপাম্বদো। য়াবিরক্লবদা অস্নুম্না শ্রীমতি রাধানা, নুংঙাইবদা থেংথরে আয়ান মহাক অদো। শ্রীমতি রাধিকাগী চরন্দা থুকুম্লে, রাধাদগী বিদায় লৌরগা। গোবর্দ্ধন ওম্না চৎনবগী দমক্তা, জটিলাগী নাক্তা লাক্লুনা হায়ররে—তাবিয়ু ইমা হায়জরি নচানা, মঙ্গলগী থবক পাংথোকচরগে নচানা। গোবর্দ্ধন্দা লৈজরগা ইথৌহু তৌজক্লরগে. মুমিং থরনিদং য়ুমসিদা লাকচথিরোই। প্রভাসদা লেংহুনা স্নান তৌবিনিংলবদি। নিং-তম্না নুংঙাইনা চৎপিয়ু ইমানা।

কুটিলাগা লোয়নন। ইমানা লেংলরা, নমৌ মথন্তা বৈন্দৌবা চৌনরে অতুনা ইমা (মাত্রা) নচানা হায়জব'সিদা তাবিয়ু (য়ারিয়ু)। নমৌ অমসুং কুটিলা অনি পুতুনা। ব্রজবাসীশিং পুতুনা অহুমা লেংবিয়ু প্রভাস তম্না ; শ্যা-ষণ, য়ুম-কৈ, ননাইশিংদা শিন্নরম্মগা।

অসি হায়তুনা মসাগী চরনদা খুরুম্নে অমমম, আশীর্বাদ পিরম্নে মনা জটিলানা, মুঙ্গাইনা অয়ান গোর্দ্ধনদা চৎখরে। প্রভাস স্নান তৌবগী রা অসি তাবদা, হরাওবনা থম থেংখরে জটিলা অদো কুটিলা কৌতুনা রা-পুম্বা হায়রকই। মতাং অসিদা শিভুরাম দাসনা শ্রীপ্রভাস খণ্ডগী অহুমশুবা অঞ্জলীগী ১ শুবা অধ্যায় লোইরে। মতাং অমদা কুটিলানা খুম্লকপা মথা অমুক তাবিয়ু মীয়াম্না। ইতি

রাণী যশোদা, কৃত্তিকা, জটিলাগী নাক্তা লাকপা

"কাঙ্গালের কথা আগে কভু ভাল নাহি লাগে, মিঠা হয় হলে পরে বাসি।" অতোনবা ঐগী রাদি ফনা থকে হাৰ্দ্দি, অকবনা কোন্নদি ফত্তবনা। ঐগী রা লৌদবনা য়া কম্না থোকপিরবা, মতু কম্নক হায়বিগে? কুটিলাগী রা অসি তাবদা জটিলা, নাগী মপুক্তা মওন মওন থম্লকে……। করম্না তৌশিনবা লামবা হংদরে থানবদা, ইমৌ রাধাবু পুরগা কোম্না করি-করম থোম্লগরনো……?

অশোমদা যশোদাগী ভাব (পুল্লিং) খংতুনা, কৃষ্ণতবু উমিংতুনা ওম্না চেন্নরক্লে ; জটিলা, কুটিলা, রাধা, মথোই অহুমদি মলাক্লে। অনুমদা খংলতুনা কৃত্তিকা পুরগা, রাধাবু পুনম্না থুনা চৎখক্লে। রাধা পোকপি রাণী কৃত্তিকা পুতুনা রাণী যশোদা জটিলাগী কৈকমজা লাক্লে ; মথোই অনি উবদা জটিলানা তকাম-তরাম্না কৌশিল্লি—

লেংশিনবিয়ু লেংশিনবিয়ু আসন অশোমদা, জটিলানা হায়জরকই। রাণী যশোদানা—"কি কারণে করিতেছ এত বিলম্বন, প্রভাতেতে বার্ত্তা পেয়ে ভেড়ীর ঘোষণে এখন বসিয়া কেন আছ নিকেতনে।" করি মরম লৈতুনা অস্নুক থেংবনো ? ভেড়ী খোংতুনা অয়ুক্তা পাউ চেনখরে, হৌজিক ফাওবা শঙ্গাইদা (য়ুমদা) করিগী লৈথোকপিরি ? তপথবসি উবদা কৌগে হায়না ঐখোই অনি লাকপনি, খরা থুনা লোইশ নবিরো। নচা-নমৌ লোইননা নহাক্কী মী পুন্নমক, পুম্নপ পুম্নগী চৎমিন্ননি ওন্নমক প্রভাসদা।

জটিলানা হায়রকই—খঞ্জবস্নু মতুনি, অহুবু পুক্লিংদা খনবা অমত্তং মলৈরি। ইচা-ইমৌ অনিদি ওম্না নাহা মক্তনিদো, লম্বী লমশাংদা পুতুনা করম্না চৎকনি। অতুগীস্নু মথক্তা ইংলবী ইমৌনি মাবু লম্বীদা পুতুনা চৎপসি ঐ চিংনজে। মথক্তা থমম্নগস্নু করম্না ঐবু চৎকনি, অতুনা পুক্লিংদা ইতৎ-তত্তনা খঞ্জরিবনি।

যশোদানা হায়রকই—থল্লিবছু খংজরে ইচা-ইমৌ পুবিখরো ব্রাররোই অমত্তা। লোইনা লোইননা উনা উনা থমগনি, মীয়াম-লক্তা লৈগনি করিস্নু কিনিংঙাই লৈতে। রাণী কৃত্তিকানা হায়রকই —লেপ্তুবা অকিববু করিগী খনবিরি ? ব্রজ য়ুম খুদিংদা অরৈবা মী মথৈদি, নহা অহন থাক্তনা ওম্না চৎলগনি। নংগা ঐগা লোইননা চৎপদা করিগী চিংনরি, করিস্নু থোক্লরোই খুদোং থিবা অমত্তা। থোইদোক্লা সতী মহাক য়াওবনা ; য়ুম, বন, ঈশিংদা কিনিংঙাই লৈতরে। ব্রজ অসিদা সতী ওইবী ইচাগুম, হায়য়ু তাসি জটিলা কনাদা কদাইদা লৈবগে ? মথুন লিশিং হোবা পাত্রদা ঈশিং

শোক্লকপিনি, মত্থুদা চিংনরিবা অহনি ব্লারিবদি। চিংনবা থাদোক্লো হায়জবা য়াবিয়ু, চচ্চগে ঐহাক ইচা পুত্থনা। অস্থুম্না হায়রবদা ব্লাধা পোকপি কৃত্তিকানা, তাবদা জটিলা খল্লকই পুক্লিংদা। কুটিলা কৌত্থনা হায়রকই জটিলানা—য়ুমদা লৈহৌববুদি প্রভাসদা চৎপনা ফরে হায়না। কুটিলানা থুম্লকই—চৎকদবমক্লি পুত্থনা, ওন্ননা থোক্লগা হন্না হন্না ব্লাদনবা। ঐনা হায়বা ব্লাশিং ইত্থনা থম্মুনে ফক্লাংদা, নমৌবু পুত্থনা চংলগা থোকদবা থৌদোকশিং। "তুমি গো বধুর শোকে মরিবে ত্বরিত, তব শোকে মম মৃত্যু জানিবে নিশ্চিত।" নমৌগী ব্লাবদা থুনা শিগনি নহাকসু, নংগী ব্লাবদা থুনা শিগনি ঐহাকসু। হন্না হন্না কয়ারক তাক্লুনা লৈখিনি, ব্রজগী য়ুমসি খংলে কাইরনি মাংলনি। অথংবত্থ তৌবিয়ু হায়বা ইঙ্গগনি তাকপিবত্থ তৌজনি নয়াথং।

জটিলানা হায়রকই—তমগ্রবদি থোকনি, অহাংবা লমত্থুদা অহুমদং করম্না লৈনি? ইমৌবু কৌরগা হায়খরো নহাক্লা ফজনা, প্রভাসদা চৎলসিনে সখীশিংগা লোইননা। "তুমিও সঙ্গেতে চল প্রাণের নন্দিনী।" ইমাগী ইবেম্মা চৎমিন্নসি কৈদৌরবগে কুটিলা নহাকসু, বিধিনা তমখিবা থোকহনগনি মানা। অস্থুম্না কুটিলাদা য়াথং পিরগা, ভগবতী দেবীবু নিংশিংলক্লে, যাত্রা তৌরে জটিলা। কৃত্তিকাগা লোইননা থোরক্লে যশোদা, ব্লাধাগীদমক্তা ময়াম্না লেপ্লি লম্বীদা। ব্লাধাবু কৌরগা য়াথং পিরে কুটিলা, মমাগী নাক্তা পরপ-পরপ (থুনা) চৎখরে। শিগুনা হায়জরি মখা ব্লারী তাবিসি প্রভাস খণ্ডদা অহুমগুবা অঞ্জলীগী ১২শুবা অধ্যায় লোইজরে। ইতি

## অথ শ্রীমতি প্রভাস যাত্রা কথালাপং

(প্রভাসদা শ্রীমতি চৎপা, লম্বীদা ব্রজভুমিগা রারী শাবা)

জটিলার অনুমতি কুটিলার মুখে।
পাইয়া আনন্দে সতী ভাসিলেন সুখে ॥ ১
কৃষ্ণচন্দ্রে ভেটীবারে করিল গমন।
প্রফুল্ল হইল দুটী কুমুদ নয়ন ॥ ২
করিলেন স্নুভ যাত্রা স্মরিয়া শ্রীহরি।
চলিলেন চন্দ্রমুখী গৃহ পরিহরি ॥ ৩
হেনকালে ব্রজভুমি করিয়া রোদন।
নারীরূপে উঠি ধরে রাধার চরণ ॥ ৪

---

জটিলাগী য়াথং কুটিলাদগী ফংবদা, মুংঙাইবদা তাউখ্রে শ্রীমতি রাধিকা। কৃষ্ণচন্দ্র দর্শন (উনবা) লেংথোক্লক্লে রাধা, থরোগুম্বা নয়ন ফুগাইবা হৌরক্লে। শামুনা চৎপগুম কাঙ্ঙগী থোংথাংদা, হরি নিংশিংলদুনা যাত্রা তৌরক্লে রাধিকা, শঙ্গাই থাদোক্লুনা চৎলে ইবেম্মা রাধা। অসিগুম্বা মতমদা কপ্পুনা ব্রজভুমি, নুপীগী (শক্তম) রূপতা রাধাগী চরণ (খোং) শোক্লরে, চরণ অনি পায়রগ লৈমাইদা ওন্দুনা, কপ্পুনা ব্রজভুমিনা হঙ্গৎলি চরন্দা। "কহগো করুণাময়ী এ কি ব্যবহার, কি দোষে আমারে তুমি কর পরিহার।" তাকপিয়ুনে চানবী হৈবী করি মতৌ কৌবগে? করি ইরান্না থাদোকপিবা ননাইবু। নহাক্কী চরন্দা লানখিবা করি লৈবগে?

চংজহ্না লৈবীবু দোষ লৈতনা থাদোকপিবা চানবী হৈবী মিংলেন ব্লাথোক ওইগনিনে। শ্রীমতি নহাক নক্তনা ঐদি কনাবুস্ত্র খংজদে, নংগী চরন্না শোকপদা লাইবক ফবী ওইজরি। নংগী গুণনা হরিনা নিংথিবা শক্তম লৌতুনা, নহাক্না লোইননা শান্নবিরি ব্রজ-বৃন্দাবনদা। অতুনা ব্রজ অসিবু লাইশিংনা নিংনরি, জগৎ লানবিবা নংগী রেনু মক্তনি। বিধি বিষ্ণু শিব মিৎ লিশিং অনন্তনা ব্রজগী উফুনবু মতম পুম্বা পান্নরি। নহাক্না লৈবিবনা শ্রীহরিস্তু লেংলকথিনি, ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা হন্না ঐগী ইথক্তা শান্নখিনি। ব্রজ-বৃন্দাবন কুইনা শেংহুনতা লৈরনি, খঞ্জবসি কাইহল্লগা মফম কদাইদা লেংলিবগে? "ব্রজের ঈশ্বরী তুমি ব্রজ ছাড়ি যাও, চরণ আশ্রিতা তুমি কাহারে বিলাও।" ব্রজগী মবেম্মা ব্রজ থাদোক্তনা চৎলগা, চরন্দা চংজবীবু কনাদা শিন্নবিরম্বগে? নহাক্না লেংথ্রবা ব্রজগী ইজ্জৎ মাংলগনি, নহাক লৈত্রবা মফম শ্মশান (মোংফম) গুম ওইরনি। অসি হায়না কপ্তুনা ব্রজভুমিনা চরণ অনি কোন্দুনা......। মতৌ অতু উবদা চানবিরক্লে শ্রীমতিনা। ব্রজভুমিনা নিংবা ইন্দুনা, তাকপিরকই—হন্ন-হন্না শুম কপ্লনু পুক্নিং তপথরোনে হে ব্রজভুমি! কিরগনু থাদোক্লরোই কৈদৌনুংদা নহাকপু। শ্রীবৃন্দাবন মফমসি গোলোকুম ঐগী বৃন্দাবন মান্নগনি মাংঙরোই, ইকায়-খুম্নবা মফমসি রাধানা। নিতিগী ভক্তনা অহিংদা শ্রীহরিগা লোইননা, লেপ্তনা লাক্তুনা ঐহাক্না। ব্রহ্মাণ ব্রজবু নিংহুনতা লৈবিনি, নহাক্কী উফুন্না শেংহুনতা লৈরগনি। ভক্তিগা লোইননা নংগী উফুল তৈবা মী, যমগী ব্লায়েন হন্না তৌবা ঙম্লরোই। উফুন মরিক অমত্তং কোক্তা হাপ্লবা, পাপ পুম্বা মশাগী ঙম্নমক কোক্কনি। পাপ পুম্বা কোক্লগা

ভক্তী পোক্কনি. নুমিৎনা থোক্লগা অমম্বনা মাঙ্বগুম। ব্রজদা লাক্লুনা লৈরবা মী অদু, যমগা উনবা কৈদৌউদা তৌররোই। ব্রজদা অমুক্তং লাক্লয়বা মী অদু, শিরবা মতমদা কৃষ্ণদাস্য ফঙ্গনি। বৃন্দ বনগী বন্দা পরিক্রমা তৌগ্রবা চৎলুহ্রা মাগুম্বা সাধুদি ত্রিভুবনদা লৈররোই। মৃত্যুগী মতমদা বৃন্দাবন্ন পুন্থ্রবা, বিষ্ণুধাম য়োতুনা *সালোক্য ফঙ্গনি। নংগী উফুলবু চেকশিন্না লোজরগা, তত্তুনা ধারণ তৌরনি বৈষ্ণবশিংনা। লাইবক (নাতোন মথক) ফাওবা চন্দন থিন্দুনা, ত্রিভুবন শেংলগনি নংগী উফুলনা। অতুনা হে ব্রজভূমি! রাব-পুম্বা থাদোক্লো, নংবু ঐনা থাদোক্লোই ঐগা তিন্নতুনা লৈরগনি। "এত বলি ব্রজেশ্বরী ব্রজে সাম্ভাইয়া, মিলিয়া সখীর সঙ্গে বাহিরে আসিয়া।" অস্নুন্না ব্রজেশ্বরীনা ব্রজ থেমজিল্লগা, সখীশিং লোইনুনা থোরক্লে মপান্দা। শ্রীমতিগী রাদা থাজরে ব্রজভূমি, মী দেহ (মীওইবগী শকুম) থাদোক্লে পৃথীদা তিনখরে।

শ্রীমতিগী রাহৈসি হায়জরি ব্যাসনা, বৃন্দাবন অসি গোলোক-গুম্বনি খংজিল্লু। "ইহাতে বিশুদ্ধ যার না হইবে মন, অবশ্য হইব তার নরকে পতন।" মসিদা মপুক শেংদ্রবা মীওইদি লেপ্পমক নরক তাগনি কাউগন্নু। মতাং অসিদা শিশুরাম দাসনা, শ্রীপ্রভাস খণ্ডগী অহমগুবা অঞ্জলীগী ১৩শুবা অধ্যায় হায়জবা লোইরে।

---

*সালোক্য হায়বদি শ্রীহরি ইবুংঙো মাগী থামদা লৈজবা ফংববু কৌই, মসি মুক্তি মখল অমনি।

## অথ রাধিকা গৃহ ত্যাগং কৃত্বা পথিমধ্যে গমনম্

(রাধিকানা য়ুম থাদোক্লম্লগা লম্বীদা চৎপা)

ব্রজ সান্তাইয়া সখীতে মিলিয়া
বাহিল রাই।
কি কহিব রূপ অতি অপরূপ
তুলনা দিবার নাই॥ ১
নাই কোন বেশ আলোচিত কেশ
তব বেশে দেশ আলা।
হেরি হর জ্ঞান ত্যজিয়া বিমান
নামিলা বিদ্যুৎমালা॥ ২

---

ব্রজভূমিবু থেমজিল্লগা সখীশিংগা লোইননা চৎপা হৌরে শ্রীমতি রাধা, করম্না শিংথানি অমুক্তা ওইখিত্রিবা রূপনি, চাংদম-নিংঙাই লৈত্রবী রাধিকানি। ফিজেৎ লৈতেং য়াওব্রবী শম্নাংনা ইফা ফা, শক্তমতনা লময়োনা ফজবী শ্রীমতিবু উবদা জ্ঞান মাংহ্না দোলায় থাদোক্লম্লগ নোংথাংনা কুমথরকই আকাশতগী। লেংদবী নোংথাংগুম্বনি মঙান্দা তাউবীনি, অমম্বা মাংহনবী ইবেম্মা রাধানি মাইথোং থম্বাল ঙমজবীনি খোইমুনা পামজবীনি; খোইমুশিংবু ঙকহনবী ইবেম্মনি। রাধাগী যজ্ঞবশিংবু করম্না থাশিগে লেপ্পা ঙমদবা মক্তনি, ফজবা ইংবা মাইথোংনা তথক্না য়েংলকপা মিৎয়েং খোইমু নোংইন খৎনরি। চাংদম্নরি·····ফুগাইনা শাংপী থম্বান্নি

হায়রি খোইমূনা লৈকাদা. নোংইন্না হায়রি······থাজনিনে থাজ ! শিগুনা হায়জরি পুক্সিং হরাউনা কৃষ্ণ ফানবা লংহুনি । বিধি মানা শেম্বদা কয়া নিংথিনা শেম্লকপা, জগৎনা হায়নরিনে পোমশাৎনবী থম্বান্নি । "নয়নে তরল কজ্জল গরল অক্ষিত মোহন ইষু" তথকপা মিত্তানি কাজন্না তনৌবী রাধানি, জগৎ শুম্নাৎনবা তেঞ্জিন্নি মাগী । শিগুম মিৎচি অনিনা পুম্না পুনখিবী হরি পুক্সিং শুম্নৎলিবী রাধানি, গজেন্দ্র (শামু নিংথৌ) বু ওমজবী নিংথিরবী খোংথাংনি রাধিকাদো । খোংনা নৌনা উহনবী ইবেম্মনি জগত্তা । "সঙ্গে সঙ্গে চলে সখীগণ বলে পদে বা দংশয়ে অলি ।" চরণ অনিনা থাংলকপা ফুগাইরবা থম্বাম্নি কাউহুনা হায়রি খোইমুনা । লোইননা চৎলিবী সখীশিংনা হায়জরকই—শোইররোই ইবেম্মা খোইমুনা চিক্কনি চরন্দা ।

খোইমু শোম্থরে থম্বৌ নাপন মাংখরে চরণ থম্বালবু উজবদা । নিতম্ব সুগুরু (তুংয়াং নিংহু) ফজবী খুকউ শামু নাতান্নি, ময়াই চেংতক তৌবীনি । যোগীশিংনা পূজা তৌনফম চন্দন্তুনা থাম্লবা নিংথিজবা চরন্নি. অপাম্বা পুম্বা থাহুনা ভক্তিতবু পামহুনা মাবু নিংনরি ভক্তশিংনা । উবদা চন্দ্র (থা) না লাক্লগা থম্বালগী লৈকাদা ফম্লগা পুক্সিং চংন নিংলরি. মতৌ অসি উবদা নুমিৎ (সূর্যাদেব) না থম্বালগা লোইননা অচিকপদা কল্লক মৈশা থাংখরে । "হায় কিবা পদ্মে রাধা পাদ পদ্মে ভক্ত ভৃঙ্গে মধু খায় ।" করম্বা থম্বাল মখম্রো রাধাগী চরণ থম্বালসে লৈহী চুম্লিবা ভক্ত খোইমু ? খল্লুবদা থম্মোইদা সংসার কিবা মাংখরে । মতাংসিদা শ্রীপ্রভাস খণ্ডগী অহুমশুবা অঞ্জলীগী ১৪শুবা অধ্যায়, শিশুরামা লিজ্জনা লাইরে ।

## শ্রীমতি রাধা বৃন্দাসখী কথোপকথনম্

(শ্রীমতিগা বৃন্দাসখীগা ভাউনবা)

দেখিয়া রাধার গতি বৃন্দা সহচরী।
কহিতে লাগিল কিছু করযোর করি ॥ ১
শুন শুন ঠাকুরাণী হইয়া সুস্থির।
বহুদূর হবে সেই প্রভাসের তীর ॥ ২
কোমল শরীর তব কোমল চরণ।
কেমনে দুরন্ত পথে করিবে গমন ॥ ৩
দারুণ কঠিন মাটি বাজিবেক পায়।
কি রূপেতে চন্দ্রমুখী চলিবে ইহায় ॥ ৪

---

রাধানা চৎপা (লৈংবা) উবদা বৃন্দা সহচরীনা খুৎ লোন্ননা শ্রীচরন্দা হঙ্গৎলি—তপথবিয়ু ইবেম্মা অমুক্তদি তাবিয়ু. প্রভাস য়োবসি য়াম্না লাপ্পা লম্বীনি। থোৎলবা হকচাংনি মেংলবা চরন্নি, ফংখিদ্রবা লম্বীদা করম্না চৎকনি? অকনবা লৈপাক্কি শ্রীচরন্দা শোক্কনি. কমদৌনা মতুদা ইবেম্মনা লেংগনি? তিঅং কুশ-তুম্বৌনা মশিং নাইদে লম্বীতুদা লৈরিবা, চৎপা মতমদা থিঙ্গাইগনি চরন্দো। নুংশাগী মৈশানা য়ৈবদা (ফুবদা) মাইথোং হুম্মাং শিন্থরি. সনাবু ঙমজবা শ্রীঅঙ্গনি লোইরে। ননাই ওইবীনা হঙ্গৎচরী শ্রীচরন্দা, রথ দোলাই তোংতুনা লেংবিসি। রাধিকানা হায়রকই—শ্রীকৃষ্ণ দর্শণ তৌবা চৎপদা হৌনদেদা মতুদি। শাস্ত্র পুস্থনা হায়রি মতুগী তত্ব তারো, অরাবা থাংদ্রবদি কৃষ্ণ ফংবা মরেদ্রে। আগম-নিগম

শাস্ত্রগী তত্ত্ব কয়া তাবদা, আশ্রম তম্না বন্দা চৎলি মুনি কয়া। ঈশিং, নুংশিৎ, উহৈনা চিঞ্জাক ওইরগা ; চাদে থক্তেদো হরি মাবু নিংজবদা। য়াম্না রাবা খাংলগা শ্রীকৃষ্ণ ফংবনি, হায়নৈ অতুনা নিংজবগী লনদি শ্রীকৃষ্ণনি। অতুনা ইতা ঐগী থম্মোইদা খঞ্জরি, কৃষ্ণগী দর্শণ চৎপদা রথ দেলাই তোংতুনা চচ্চরোই। কৃষ্ণগী নাম নিংশিংতুনা খোংনা চৎলগনি, লম্বীদা শিরবস্থু কৃষ্ণ ফঙ্গনি শোইদনা মথংদদি। অরাবা কোক্নবা উপায় অমস্থু লৈরিনে, তাবিয়ু ইতা মতুস্থু হায়রগে। "তোমরা অমারে সবে করি সংবেষ্ঠণ, ভক্তি ভাবে কৃষ্ণ নাম কর উচ্চারন।" নখোই ময়াম্না ঐবু কোইশিন-বিরগা, ভক্তি তৌনা শোনবিয়ু কৃষ্ণ নাম অতুতা। শ্রীকৃষ্ণগী নাম অমৃত, মতু পেন্না তাজরগা, খুদোং থিবা কয়াবু লাইনা লানগনি। চৎলো চৎলো চান্নবী মরু ওইবা রানি, শ্রীকৃষ্ণগী নাম অতুতনা ময়াম পুন্নমক্কী অরাবা পুম্বা ইরাই-লাইনা কোক্নিকো।

তস্থুন্না হায়রগা শ্রীহরিগী নাম শোন্দুনা, সখীশিংগা লোইননা চৎলে রাধিকা নুংঙাইনা। "ব্রজ-বাসীগণ আছে দাড়াইয়া যথা, অবিলম্বে বিধুমুখী চলিলেন তথা।" ব্রজ-বাসীশিংনা লেপ্লিবা মফমদা, থিনবা তৌদনা চৎখরে ইবেম্মা রাধিকা। রাধাবু উবদা ওম্না হরাউরি মশিং নাইদন রমণী শুনা তিল্লরে। "দক্ষিণে ললিতা আগে কুণ্ডলতা, বামে বিশাখিকা, মধ্যে চলে রাধিকা মন্দ মন্দ-গামিণি।" চৎলক্লে রাধিকা, য়েত্তা ললিতা, মাংদা কুণ্ডলতা, ওইদা বিশাখা ময়াইদা শামুগী খোংথাংদা কাঙ্গগী শাজৎকুম রাধিকা লৈররে। জটিলা, কুটিলা, যশোদা রাণী, কৃত্তিকা, সরস্বতী অমস্থুং মুখরা নচিংবী ওম্না লাক্নুনা পুল্লরে ময়ামসি উবদা হরাউরি ইবেম্মা।

মথং মথং ব্রজগী অরৈবা মী পুম্বা, লাক্কুনা তিল্লরে মফম অমত্তুদা। মতু উবদা ব্রজ লিংথৌ নন্দনা ওন্নমত্তা শিখরে চৎনবা য়াথং। "শ্রীদাম সুদামে ডাকি কহিলেন পরে; যার যেই গোবৎসাদি লহ সঙ্গে করে।" শ্রীদাম সুদাম কৌহুনা হায়রকই — মাগী ষন্নী-ষন্নাউ ওন্নমক পুবিয়ু। কৃষ্ণনা য়োক্লস্থা ষণ ময়াম, ওন্নমক চেকশিন্না তৌহুনা ওন্না পুবিয়ু। শা-উচেক্কচিংবা লৈরিবা পুন্নমক, মখোইগী পুরিংদা কৃষ্ণ উননিংলিবা। ওন্না পাউ শিহুনা চচ্চসনু লোইনমক। শিত্তনা হায়জরি উবদা অন্নাবা কোক্কনি। মতাং অসিদা শ্রীপ্রভাস খণ্ডগী অহুমশুবা অঞ্জলীগী ১৪ শুবা অধ্যায় তমজবা লোইরে। ইতি

## ব্রজ-বাসীশিংগা লোইননা শা-ষণ. উচেকশিংনা চৎপা—

নন্দগী য়াথং ফংব্রদা চেল্লকই ওন্না হরাউনা কৃষ্ণগী দর্শণ পান্নশিং অওকপা ভাব-মক্তনি শিংথাবদা ন্নারবনি; তুজুং-পিন্নাংনা শিন্থরি মিত্তা। পুক্রিং ওপ্লবা শ্রীদামনা হুদিদা শ্রীকৃষ্ণ থম্নগা সখা পুন্নগা লোইননা, কৌরক্লে ষন্নী-ষন্নাউ খুদিংমক মমিং পন-পন্দুনা নুংশিবা খোঞ্জেন হৌনা····· ধবলী, শ্যামলী, লাকও! লাকও! লাকও ওন্না লাকও সুকালী, পিউলী, সুবলী, বলী, চেল্লক্লো ওন্নমক শুভচলী, অমলী, বিকলী। সুরূপী, সুরূচী, রমা, লাও! লাও!! অনুপমা প্রিয়তমা, সদা, শুভঙ্করী, লাওনে! লাওনে!! সুরমতী, সরলা, সুলতাবতী, মধুমতী, চমরী, ভমরী নখোই ওন্নমক।

অস্থুন্না রাখালশিংনা মমিং চাম-চানা কৌবা কয়ান্নক থাগনি মশিং নাইদে শ্রীকৃষ্ণগী ষণ মশিং থিবা ওমদ্রবনি করন্না থাগনি। রাখালশিংনা কৌবদা থন্নায় য়াওনা চেল্লকই, কৃষ্ণবু কৌহুনা হন্না

হম্বা খোংহুনা, মমাউ চেল্লক্লে মম্বী মচা মাংলম্বী মম্বীগুম মিংলুদা পিরাং শিন্থক্লি। মথংদা শা-উচেকশিংনা কৃষ্ণ প্রেমদা লুপ্লবা মশিং খংদনা লোইনক্লি ; চোংঙা, তেনবা লৈরি খিবিক্লা নোংথক্লা পরেং শারক্লি তুংদা রাহোং চেল্লক্লি। চৎলি নোংইন কোকিলশিং খোইমু লাবা অমোমশিং, গুণ গুণ খোংহুনা, কৃষ্ণগী গুণ শকুনা, শ্রীকৃষ্ণবু উনিংবা য়োংশিংনা হরিগী মিংলেন শোন্দুনা চেন-চোংহুনা লোইনা য়ৌরক্লে। "এইরূপে বৃন্দাবনে যথা ছিল যত জনে কৃষ্ণ দর্শনে করি আশা।" মতৌ অসুম তৌহুনা ব্রজগী মী পুম্নমক কৃষ্ণগী দর্শণ পাম্বশিংনা, শ্রীকৃষ্ণগী রূপ হৃদিদা-থম কৃষ্ণগী গুণ শকুনা ঙম্না চৎলে প্রভাসদা। য়াংনা থুনা চৎলি ঙম্নমক, তুরেল কয়া উপবনবু তুং-ওইননা থনম্মি। শিশুরাম দাসনা শ্রীপ্রভাস খণ্ডগী অহুমশুবা অঞ্জলীগী ১৫শুবা অধ্যায় ওমজবা মতাং অসিদা লোমলে। মথা অমুক লমখাংদা নুমিৎ তাবগী মতাং ঙম্নমক তাবিসি হায়জরক্কে।

## ব্রজ-বাসীশিংনা কিরকপদা নন্দনা কিবা কনবিবা—

"স্বনাথ সহিত জানি দিবার গমন, অনাথ পথিক যত ভয়ে ভীত মন।" মবুংঙোগা লোইননা মঙান (লোইনবা নুমিৎ) চংখ্রে অস্তাচলদা অকিবা ফাওরক্লে লম্বী চৎপা কয়ানা। অশোংবা মফম থাদোক্তুনা য়ুমদা লৈনিংবা মতমনি বনগী শা-কৈ চিংনদনা থোকপা মতমনি। লনহুইনা খোংবা হৌরক্লে ; শজি-লাব, অমোমনা বন ময়োন্দা চৎখরে। নুমিৎনা তাখিবদা থম্বাল মাইথোং লাংশিল্লি, মহু উবদা থরোনা মোমোন তৌরক্লি। উচেক খরনা উনা মরক্তা, খরা অমনা মহুমদা মাগী মাগী লৈনখরে। মমশিল্লক্রবা উবদা ...

নিংথৌনা, উপানন্দবু কৌরগা হায়রকই—য়েংঙু য়েংঙু ঙসিসে সুমিৎ তারক্লে ঐখোই পুম্নমক ঙসি মফমসিদা লৈরশি। অহানবদা রথ দোলাইনা ওন্না কোইশিল্লু, ষব্বী-ষন্নাউ ওন্না ময়াইদা লৈহল্লু। মনুংদা মুপী-নহা নহা-অহল ওন্না নিয়ন চুন্না চেকশিন্না ওন্না লৈহল্লু। থোংশংবা মী খল্লগা, রথ নাক্তা লৈহল্লু খুৎলাই পায়দুনা শংহল্লু। অতুগা লাক্লিবা শা-উচেক লোইনা য়ান্না চেকশিন্না ওন্না থমগদবনি, জীব অমত্তা অরা-অনা ফংদনবা, নহাক্না উপায় অসি তৌবিরো। রাখল লৈবা নন্দনা অসুম্না হায়বদা, শেমখরে উপানন্দনা ময়াম্বু কন্নবা থৌরাং। নন্দনা পাম্বা মওংদা মফমদু শেমগ্রে ওন্না লৈতানা মফম অদুদা লৈথরে। মুমিংনা তাগ্রবদা অহিং কৌবী লাইরেম্বী থোরক্লে, অদুদগী তাবিয়ু শিশুনা হায়জরি. শ্রীপ্রভাস খণ্ডগী ৩শুবা অঞ্জলীগী ১৬শুবা অধ্যায় লিজবা মতাংসিদা লোইরে। ইতি

## অহিংদা ব্রজ-বাসীশিংনা কিবদা শ্রীমতিনা থেম্নকপা—

"সন্ধ্যার হইলে অস্ত রজনী তখন, শাসীতে ধরণী শীঘ্র করিল মনন।" সন্ধ্যা লোইখরে অহিং ওইরক্লে, পৃথিদা লৈবা জীব ওন্না কিহল্লগে খল্লক্লে। শুক্লা-মন্নবী (অহিং লাইরেম্বী) অসুম অসুন্না চাওথোরক্লে, অমম্বগী মুর্ত্তি উবদা তপথখিদ্রে ব্রজবাসী কনাসু। অহিংগী খোংলোই হুরানবা, শাহিং-চাবা জীবশিং ওন্না থোরক্লে হরাউ হরাউনা। অনম্বা অহিং পামজবা বনগী জীবশিং, শুক্লা-মম্বদা চেম্থোরক্লে মপান্দা। শুক্লা-মন্নবী লাইরেম্বীনা পৃথিবীবু উন্নগা, অহিংগী খোল্লাওনা শৈশকপা হৌরক্লে।

শুক্র-মঙ্গবা অহিংগী অনিশুবা য়ুথক্কি, কিন্তুনা ব্রজবাসী অৱা-ৱাখন তৌরক্লে। মাইকৈ মরি বননি, নাক্ত খুঙ্গং লৈতবা, অঙকপা ফংনা খোংলক্লে বনগী জীব কয়ানা। মশিং লৈতে বনগী শা মমিং করম্না থাগনি, মা মাগী মরোন্দা মখৌ পোংলি। ইৱোই শামু-গঙা অনিনা থংনবা অসুম অসুম্না হেল্লক্কি, শামু উবদা নোংশানা হৌনা হৌনা ঙংলি। "মানুষ্যের গন্ধ পেয়ে কাননে অন্তরে, লম্ফে ঝম্ফে ধায় ব্যাঘ্র মহাদম্ভ ভরে।" মীগী মনম ফংবদা অশোংবা বন্দা, চোং-ফনবা তৌরি নাপন তৌবা শা-কৈশিংনা। অসিগুম্বা হৌরবা য়াক্লবা তমথি-মথোন তাবদা তুমিন লৈ গোপশিং, হন্দক্তি শিরনি! ময়াম্না হায়নরি। অসুম অসুম্না মঙ্গকপনা কনা উবা ফংনখিদ্রে, চেম্প্লোক্লবা লম্বীসু অমত্তা লৈত্রে উদরে। ব্রজ-রমণীশিংনা খুংকা-খুংকা শম্নরি পায়নরি, পুরুষ ওইবশিংসু থাদোক্লদে অমগা-অমগা। চিংনবা পুম্বা ৱাবনা কুপখরে। কিবা হেনখিবনা পুম্নমক নিকখ্রে, শ্রীকৃষ্ণ নাম গুণ নিংশিংলগা ঙম্না কপ্পা হৌরক্লে।

শ্রীদামনা কপ্তুনা হায়জরকই—কাহ্নাই! নহাকপু কৈদনো? নংদি মক্ষমসিদা ঙসিদি লৈতরেদো, কনানা ঐখোইবু কনবিরগনি? "বাম হাতে ধরি তুমি গিরি গোবর্দ্ধন, রক্ষা করিয়াছ ভাই সবার জীবন।" খুং ওইগী খুদোম্তনা গোবর্দ্ধন থাঙ্গংলগা ময়ামগী থৱাই কনবিবনি। চাক্লবা লাম্মৈবু য়োংশিল্লগা গোপশিংবু কনবিথিবনি নন্দ ৱাজা লিন্না চিকপদা কনথিবনি। বরুণগী য়ুমদগী শিগ্রবা মী পুরকপনি ঙসিদি শাগী খয়াত্তা শিবা উররোইদ্রে নহাক্লা? থৱাইগী গোপাল! ভাই কাহ্নাই। নংবু কৈদনো? শিবা তারে লম্বীসিদা

গোপ, গোপী ওম্নমক। নন্দ রাজ, উপানন্দ কপুনা লৈমাইদা ওনখ্রে উপায় লৈত্রে···শিবা তাই অসুম্না পুম্নমক্না হায়নরিয়ে। যশোদানা হায়—অকিবদি লৈতে অছুবু···রাবা অমত্তংদি পুংক্লিংদা ফাউরিদা। থম্মোইদা তাশোন্না থিনবগুম রানা লৈরিদো, ঐগী ইচা গোপাল! উবা ফংলরোইদবা অসিনি। ইমাগী গোপাল! ইচাগী মাইথোং থা মানবদা ননি ইনবা ফংলরোইদ্রা? নুংশিরবা নরাক্তে তানিংবা মোমোন নোকপা মাইথোং উনিংবা (য়েংনিংবা) ফংলরোইদ্রনে? ইমাবু রাবদা ঐগী থম্মোইসি কায়রেদা ইমাগী গোপাল কৃষ্ণ······! অসি হায়না হায়না যশোদা রাণীনা লৈমাইদা ওন্দুনা লৈখরেদো।

গোপাল কৃষ্ণ! হায়তুনা তত্তনা কৌরক্লে ময়ামমক। সখীশিং রাবনা কিবা হেনখিতুনা, রাণীবু কোইশিন্দুনা ওম্না কপনখরে।

বৃন্দা সখীনা হায়রকই—শিবগীদি রাদেদা, রারিবদি অসিনি··· কৃষ্ণ কায়নবা। থঞ্জরম্মি রাধাবু কৃষ্ণগী ওইদা ডালহনগে, অনিগী ফজবা (নিংথিজবা) রূপ ইমিৎ পেন্না যেংজগে। অসুম্না থঞ্জরম্বা থিথি মানা রাহল্লেদো, রাক্তে অসি হায়রম্নগা বৃন্দা সখী রান্থতুনা লৈখরে। অসুম্না ব্রজবাসী, গোপ, গোপী লৈরিবা ওম্নমক রান্থখ্রে রাধা নত্তনা। ইবেম্মনা উপায় থিতুনা মণ্ডন মণ্ডন খল্লক্লে······। "শ্রীকৃষ্ণে রক্ষিত এই ব্রজ পরিবার, এক্ষণে ইহারা হই রক্ষিত আমার।" শ্রীকৃষ্ণনা ডাকলম্বা ব্রজগী পরিবারনি হৌজিক পুম্নমক ঐনা ডাকপা তাবনি। রাধা ঐগী ইমাংদা কনঃ অমত্তং শিরবা, ঐবু কৃষ্ণনা থাদোকনি শোইদনা। মাগী চান্নবা কায়নবগী রাবনা ঐবু রাক্তে কয়ানা চৈরগনি হায়রিনা তত্তনা। অতুনা ময়ামসি ঐনা উপায়

তৌবা তাই, য়ারিদগী অসিদা অৱাবসি কোক্ৰবা। মতৌ অসুম্না মওন মওন থম্লগা, মঙান পুথোক্তুনা অমম্বা কোকহল্লে রাধানা। রাধাগী দেহ হকচাংনা অসুম অসুম ওাল্লকপনা; সূর্য্য, চন্দ্র, (নুমিৎ থা) মৈ-দগীসু হেন্না ওাল্লক্লে। অঙকপা মঙাম্লি করম্না থাস্নিগে? অসুম্না খল্লিবগে ওানবা সুম হেন্নক্লে। বন, উপবন, চীং, তুরেন, ওম্না ওানখরে, মম্লবা মাংখরে ময়াম্না পেনখরে অকিবা কোকখরে। মৈশুম্না লংবহু জীবশিংনা উবদা, বন থাদোক্লম্নগা ওম্না চেনখরে শা-কৈশিং পুম্ব। থাশুম্না খন্দুনা নোংইন কৌবী চেক্লাসু, অতিয়া থাদোক্লগা চেনশিল্লি রাধাগী নাক্তা। শিংথাবা ওমদ্রবা ইবেম্মগী তেজনি (মঙাম্লি), মশাগী মঙান্দা শ্রীমতি রাধিকা মথম্তা শুন্দ্ধংচৈ। শ্রীপ্রভাস খণ্ডগী অহুমশুবা অঞ্জলীগী ১৭শুবা অধ্যায় শিশুরাম দাসনা হায়জবা লোইরে মথা অমুক তাবসি সাধুশিং। ইতি

মশাগী মঙান্দা শুদ্ধৎতুনা রাধানা কৃষ্ণ কায়নবগী রাবা—

"নিজ তেজে বিধুমুখী হইয়া বিমল, রাসের রজনী মনে হইল স্মরণ।" মশাগী তেজ (মঙান) বু ওম্ন-তৈনা খন্দুনা, রাসগী অহিং-শুম নিংশিংবা হৌরক্লে। অহুশুম্নবা অহিংদু উবদা, শ্রীমতি রাধা অঙাঙবীগী মওংশুম ওইখরে। পুণিমাশুম ওাল্লবী রাধাগী মঙাম্লি, বসন্ত ঋতুগী নামিবা নুংশিৎ; অহিংদা য়ারক্লে অহিং মপুগী রাখন্দা মবুংঙো য়াংপনা লুকথখরে শ্রীমতিগী মাইথোং অদো। কায়নবগী অরাবা থাম্বা ওম্নক্লে ডাইহাক জ্ঞান তাই ডাইহাক জ্ঞান মাংই। ডাইহাক অমুক ফম্মি ডাইহাক অমুক চৎলি, কৃষ্ণ নিংশিংলগা রানা হায়রকই—"কোথা হা কৃষ্ণ কৃপাময় কমল লোচন, বারেক দাসীরে

আসি দেয়ো দর্শণ।" চানবি হৈরবা হে কৃষ্ণ! নহাকপু কৈদনো? ননাইবু অমুক্তদি দর্শণ পিনবিয়ু। নিংথিজবা ফজরবা শ্রীরূপ অদো ইমিৎ পেম্না য়েংজরগা পেঞ্জরগে ঙম্না থাদোক্লগা মুংঙাইবগী পিরাংদা তাউজগে। অমৃত ঙমজবা ইবুংঙোগী বাক্য রাহৈ মুংশিবদো পেম্না শোঞ্জরগা মুংঙাইবা ফংজগে হে কৃষ্ণ! অহিংমু অসিনি সখীশিংমু অসিনি, রাধা ঐমু লৈজরে ঙম্নমকমু লেংদরে। হে শ্যাম! কাহ্লাই করিগীদি লেংবিরক্তে? কৃষ্ণ নংগী শ্রীচরন্দা দোষ অমত্তা লৈজথিদ্রি খঙ্গে। হে কৃষ্ণ প্রাণনাথ! অমুক্তদি দর্শণ পিনবিরগা কোকহনবিয়ু খাংঙমদ্রবা থায়না মৈ-চাকসি। কৃষ্ণ ময়াম (সঙ্গু) শুইরগা, রাসদা লৈবিবদা সখীশিংনা শ্রীচরণ সেবা তৌজগে। ইকোক্তা থবাক্তা, হকচাংদা চরণ থমবিয়ু তেল্লবীগী অরাবা কোকহনবিরো হে কৃষ্ণ!

য়েংবিয়ু নহাক্কী চান্নরবা মরূপশিংসে······লম্বীদা লাক্লগা ঙম্না রান্থখরে কিবনা। নহাক্কী মাতা-পিতা, ব্রজবাসী, ঙম্নমক পুম্না তমথিরবা শা-কৈ কিবদা ঙম্না জ্ঞান মাংলবশিং। ব্রজগী মরি-মতা কয়া লৈমাইদা থল্লিবসে, য়েংহুনা লৈবা ঙমজদ্রে ময়ামগী অরাবসে। "দেখা দেহ এক বার করে কৃপা দান, সবা কার দুঃখ হরি কর অবসান।" চানবিহুনা অমুক্তা দর্শণ পিনবিয়ু, ময়ামগী অরাবা অমুক্তদি কোকহনবিয়ুগবা হরি দিন-নাথ। অহুম্না রাধানা শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিংহুনা বিলাপ কয়া তৌরক্লে। অসিগী তুংদা ইবেম্মা অমুক তশথরকপদা, ব্রজবাসী পুম্বা জ্ঞান তারক্লে। ঙম্নমক হৌগংলি ইঙক-ঙক্না মাইকৈ মরিদা য়েংলকই। শিগুনা তমজবা প্রঃ খণ্ডগী অহুমশুবা অঞ্জলীগী ১৮শুবা অধ্যায় মতাংসিদা লোইরে। ইতি

## অথ রাধা নির্ভয়ে ব্রজবাসীগণা প্রভাসাভিগমনাঃ

(রাধানা কিবা ফহল্লহুনা ব্রজ-বাসীশিংনা প্রভাসদা চৎপা)

জানিয়া রাধার প্রভা ব্রজবাসী যত।
স্তুতি করে রাধা পদে হইয়া প্রণত॥ ১
তাহা দেখি রাধাসতী ঈষৎ হাসিয়া।
ভুলাইল সকলের মায়া বিস্তারিয়া॥ ২
ছুরে গেল পুর্ব্ব ভাব হইল স্বভাব।
কৃষ্ণ দর্শণ আশে বাড়ে মন ভাব॥ ৩

---

ব্রজ-বাসীশিংনা ইবেম্মগী মঙান্নি খংহুনা শ্রীমতি রাধাদা স্তুতি তৌবা হৌরক্লে। মহু উবদা রাধানা মোমোন নোক্লগা, ময়াম্বু কাউহল্লে মায়া শন্দোক্লগা। কিরম্বা অহু কোক্তুনা হান্নগী ভাবতা হঞ্জল্লে, কৃষ্ণ উনিংলকপা স্বুম স্বুম হেঙ্গৎলে। থা শিথরকপগী ১৩নি পানবনি, নোংচুপ মাইকৈদা থা লৈবা হৌখ্রে। অহিং লোইদোবা দণ্ড তরুক্তা মঙাইরে, অহুদগী হৌগৎলে ঙম্মা চৎপা হৌখরে। হরে রাম হরে কৃষ্ণ ইবুংঙোগী নাম মহৈ মহৈ শোন্দুনা, প্রভাস তম্মা চৎনরক্লে ঙম্মক। শ্রীকৃষ্ণগী রূপ থম্লগা ঙম্মক্কী হৃদিদা, কৃষ্ণ নত্তুনা অতৈ অমা (হায়নখিদ্রে) নিংনখিদ্রে। হা কৃষ্ণ ইবুংঙো! কৈদোঙৈ উগবা? করম্না প্রভাসদা য়ৌরগা কৃষ্ণগী নাক্তা থুংগবা? অস্থুম তৌনা হরি নাম লেপ্তুনা শোন্দুনা, লম্বী-লমখাংদস্থু পোখাবা লৈখিদ্রে। শক্তিগী হৌরকফম রাধানা শক্তি পিখরে পোখাখিদ্রে,

কনাসু অহিং মুংথিল নাইদনা চৎনখরে। শ্রীকৃষ্ণগী ভাবতা অসুম্না ঙম্না লুপ্পুনা চুপ্পমিং ছুমনিদা প্রভাস য়ৌখরে। অয়ুক্কী অনিশুবা য়ুথক্তা, ঙক্না সূর্য্য গ্রহণ তৌরক্লে। কনানা গ্রহণ য়েংলি কনানা কৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা অসুম্না চৎলি। শ্রীহরিগী লৈফমদা লাকুনা পুম্নমক থুংলরে। "দেখিয়া অপূর্ব্ব পুরী সবে চমকিত, বৃন্দাবন সম বন দেখে সন্নিহিত।" ফজরবা (নিংথিজরবা) কোনুং উবদা ঙক্লি ব্রজ-বাসীশিংনা, বৃন্দাবনগী বনগা মান্নবসু উরক্লে। অদুপুম্বা য়েংনিংবা কনা অমত্তা য়াউনখিদ্রে, শ্রীকৃষ্ণতা মথল্লি করম্বা কান্দা ফঙবা? ময়াম্না হায়নরি—কোনুংদা হরি (কৃষ্ণ) লৈরমগনি বিধিনা ফংহল্লে চৎলো চৎলসি য়েংলুরসি ঐখোই।

মতৌ অসুম্না ব্রজ-বাসীশিংনা কোনুংদা ঙম্না চংশিল্লি, সনথোং ঙাক্লিবা দ্বারীনা ময়াসু চংহনদ্রে। ময়াসু উবদা দ্বারীশিংনা তথি-তথিনা ঙরং-ঙরং ঙংলদুনা; টা পায়বা, য়োংশুক পায়বা, চৈতুপ পায়বা কয়ানা পরেং পরেংনা হৌগৎলক্লে। মতাংসিদা শিশুরাম দাসনা শ্রীপ্রভাস খণ্ডগী অষ্টমগুবা অঞ্জলীগী ১৯শুবা অঃ সাধুশিংগী মফমদা হায়জবা লোইরে, থোঙানগী থোদোক মথা তাবিয়ু। ইতি

দ্বারীশিংনা লাক্লিবা ব্রজ-বাসীশিংবু থিংদুনা খম্বা—

য়াম্না চাউরবা কোনুংনি মাইকৈ মরি সনথোংনি, লাম্নীগী য়ুম কয়া-কয়ানি লৈরিবা। শুক্তা থৌরবা থাংশাংনি অকিবা মুঙিমফমনি মখোইননি তত্তুনা চংবা থিংলিবা। মাইকৈ শুনা হক্কং-হন্দা চৎলি কৈগী মিংয়েং য়েংদুনা, শুক্তোক্কপা মিংয়েংদা লাউরবা মিতু উবদা থরায় থাগদোই ঙম্না, থরায় মাংলগম্না খনবসু মাওরক্লে মীমামলাক্না

নাপন তৌব। ব্লাহৈগা লোইননা চেনশিল্লকই। মখোংনা লৈমাই নিকহল্লি, মখোন অদু তাবদা ব্লান্থদুনা জ্ঞান মাংবা, তুবা কয়ানি। উতুপ পায়বা, চক্র পায়বা কাংবু কয়াসু লৈরম্মি তমথিবা মওংদা লেপ্তুনা। দ্বারী (থোং-শংবা) কালিগুম্না মুথ্রবা মকোক্না ময়াইদা কাং-থক্তা ফমদুনা ঙাক্লিবনি। মীনুংশি লৈত্রবা দ্বারী ঙাক্তনি নাপন ংৌদুনা চৈরকপা নিল্লিবা মখোন। খন্থদে থুনা শাউগনবা ঙাক্তনি মহুদনি ব্রজ-বাসীশিংনা কিরিবস্থু, কিবদগী মশাদু নিকখরে অমুকস্থু নুংঙাইতবগী পিরাং শিন্থরি পুম্নক। অস্থুম্না মাইকৈ মরি, থোং মরি কনামত্তা চংহন্দ্রে ঙম্না থরায় ব্লানরক্লে, করম্বা সনথোংদা করম্বা মীওঈ লৈবা মহুগী ব্লা তাবিয়ু অমুক শন্দোক্না হায়জগে।

অহানবা খাগী সনথোংদা মরি-মতা লোইননা উপানন্দ, নন্দ, যশোদা রাণী, ব্রাহৈ রাতা হৈশিংবা পুকচেন ফজবা শ্রীদাম লৈখরে, সুবন্নচিংবা সখাশিং, ষষ্টী-ষন্নাউ লোইননা ঙম্না নোংপোক থোংদা লৈখরে। শ্রীকৃষ্ণ মাবুতা থল্লবা মীওইশিংনা নোংচুপ থংবা থোংদা লৈখরে। ব্রজগী মবেম্মা শ্রীমতি রাধা, শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং তঙ্গাই প্রেমতনা হরিবু শুম্নৎপিনা, সখীশিংগা লোইননা অরাং সনথোংদা থরায় ব্লানা লৈখরে। শ্রীপ্রভাস খণ্ডগী অহুমশুবা অঞ্জলীগী ১৯শুবা অধ্যায় শিশুরাম দাসনা লিজবা মতাং অসিদা লোইরে। ইতি

মতাংসিদা অহুমশুবা অঞ্জলী লোইরে।



—: সম্পূর্ণম্ :—